ꯁꯤꯖ ꯂꯥꯏꯑꯣꯢꯕꯤ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯍꯥꯔꯥꯁ ꯫

# শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস।





দাঃ যামিনী দেবী

# শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস

## ( SHIJA LAIOIBI AND MAHARAS )

দা: যামিনী দেবী

## SIJA LAIOIBI AMASUNG MAHARAS :

An Analytical study on the culture of Manipur
By Dr. Jamini Devi in Manipuri,
Published by Raipravina Brothers, Sagolband, [illegible]
Imphal.



*1st Published* : December, 2005
*No. of copies* : 1100

*Laser Typeset & Printed at* : Saraswati Offset Printers, Sega Road, Thouda Bhabok, Leikai, Imphal – 795 001

*Available at* : (i) The Manipuri Sahitya Parishad Paona Bazar, Imphal
(ii) Author's House.

*Cover Sketch* : Shri Thoidingjam Tombi Singh

*Price* : **74 /-**

---

Published with the financial Assistance from the Central Institute of Indian Languages (Ministry of Human Resource Development, Department of Secondary and Higher Education, Govt. of India), Manasagangotri, Mysore 570 006 Vide sanction Letter No. F 51-12(1) 2003-04/MANI/GRNT dated 21st July 2005 under the Scheme of Grant in Aid.

**SIJA LAIOIBI AMASUNG MAHARAS :**

An Analytical study on the culture of Manipur
By Dr. Jamini Devi in Manipuri,
Published by Raipravina Brothers, Sagolband Tera Bazar,
Imphal.




| | | |
|---|---|---|
| *অহানবা ফোঙবা* | ঃ | দিসেম্বর, ২০০৫ ই |
| *কোপী মশিং* | ঃ | ১১০০ |
| *নম্ফম* | ঃ | সরস্বতী ওফসেট প্রিনটর্স, সেগা রোড, থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল । |
| ফংফম | ঃ | (ক) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ অফিস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল। (খ) অইবীগী য়ুম । |
| *মখুম লাই য়েকপা* | ঃ | শ্রী থোইদিংজম তোম্বী সিংহ |
| ***মমল*** | ঃ | **লুপা ৭৪ /-** |

---

লাইরিক অসি সেন্ট্রেল ইন্সষ্টিটিউট অফ ইন্দিয়ান লেঙগুয়েজ (মিনিষ্ট্রি অফ হিউমেন রিসোর্স দিভলপমেন্ট, দিপার্টমেন্ট অফ সেকেণ্ডরী অমসুং হায়ার এডুকেসন, গোর্ভনমেন্ট অফ ইন্দিয়া) মনসা গঙ্গোত্রি, মহিশুব - ৫৭০ ০০৬ কী মতেংনা ফোংজবনি । Vide sanction Letter No. F 51-12(1) 2003-04/MANI/GRNT dated 21st July 2005 under the Scheme of Grant in Aid.

# কচ্চবা

*শিজ লাইওইশ্রবী ইবেনথৌ*
*ইবেম্মা বিম্বাবতীগী মফমদা*
*কচ্চরি লাইরিক আসি নশুনা*

যামিনী দেবী

# লাইরিকসিগী মরমদা ৱাহৈ খরদং

শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস হায়বা লাইরিক অমা যামিনীনা হন্দক পুথোরকপসি য়ম্মা নুংঙাই। মহারাস জগোইবু অহানবা ওইনা শ্রীগোবিন্দদা কৎপদা রাসেশ্বরীগী শক্তম লাংখিবী, রাসেশ্বরী পালা হৌদোকলম্বী শিজ লাইওইবীগী মরমদা ইবা মপুংফাবা লাইরিক অমতা ঙসি ফাওবদা লৈত্রি।

যামিনীনা রাসেশ্বরী পালাগা লোয়নদুনা, সেক্রেটরী ওইনা থৌ পুদুনা চেঞ্জরক্লিবসি কুইরবনি। খৃ: কুম ১৯৬৩ দা ঐনা মাবু রাসেশ্বরী পালাগী ঈশৈ তম্বীখি। মহাক্না কুপ্না থিজিন্দুনা শিজ লাইওইবীগী, রাসেশ্বরী পালাগী মতাংদা ইদুনা লাইরিক অমা পুথোরকপা অসিনা অৱাৎপা অমদি মেনশিল্লগনি।

কলিযুগতদি নাম সংকীর্ত্তন্না অথোইবা যজ্ঞনি হায়না শাস্ত্রদা হায়রি। কলিগী মহাযজ্ঞ ওইরবা সংকীর্ত্তন অসি মণিপুরদা মৈদিংঙু ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তগী লৈরক্লবসু রাজর্ষি ভাগ্যাচন্দ্রনা মশামক্না সংকীর্ত্তনগী পূং থোন্দুনা সংকীর্ত্তনদা শরুক য়াদুনা মসিবু য়াম্না অৱাংবা থাক্তা থম্বীরমই।

নট সংকীর্ত্তনগী মনুংদা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তনসি নুপীগীনি। জগোই রাসকী নমুনাদা পাঙথোকপনি। জগোই রাসতা তৌবগুম নুপা পালা সংকীর্ত্তননা হান্না শক্লগা, রাসেশ্বরী পালানা অমুক শক্লগা নুপা পালানা অমুক খোম্বনি। রাসেশ্বরী পালাগী অহৌবা নদিয়া রাগ হায়বসি য়াম্না মগুণ লৈবা রাগনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ওঝা, পণ্ডিতশিংগী মতেংনা পালা অসিগীদমক শেম্বনি। অতৈ সংকীর্ত্তনদা শীজিন্নদে। মণিপুরগী ইহান হানবা নুপীগী সংকীর্ত্তন পালা অসিগী রাগ, শৈশক শৈদা অসি মশক কায়হন্দনা থম্নবা

ইথোকলগা লাইরিক ওইনা ফোংদোকপগী তঙাইফদবা লৈবদু যামিনীনা পাঙথোকপা ঙমলে। লাইরিক অসি মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী পূকৈদা ঙানদুনা লৈহৌরগনি। মাগী হোৎনজমনগীদমক অইবী অসিদা শ্রীরাধা গোবিন্দনা কৃপা পীবিবা ওইসনু।

আর্শীবাদ

পদ্মশ্রী শ্রী কোংব্রাইলাৎপম ইবোমচা শর্ম্মা

( অভিরাম শাবা )

*লৈতেংলবা* ঃ সঙ্গিত রত্না (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ) ইম্ফালনা ১৯৭০ দা পীবা ।

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ, ১৯৭৫ ।

শ্রীগোবিন্দজি জয়পত্র (শ্রীগোবিন্দজি টেম্পল বোর্দনা খৃ: ১৯৭৫ দা পীবা)।

সঙ্গিত নাটক একাদেমি এৱার্দ, ১৯৮১ ।

তাং ১/১/২০০২

ক্বাকৈথেল, ময়ায় কোইবী, ইম্ফাল

# SIJA LAIOIBI AMASUNG MAHARAS

A foreword by

R.K. Singhajit Singh

I have gone through the manuscript of **Sija Laioibi amasung Maharas** by Dr. Jamini Devi. It deals with an extremely significant period of Manipuri culture and religion. One of the most loved and important character of the time was the princess Bimbabati, later known as Sija Laioibi, who played an unusual and significant role in it. It also reflects the general ambience of the time, which saw unprecedented developments, giving birth to some of the greatest performing arts in the history of Manipur.

Surprisingly no one has written a book or done a serious study on Sija Lairoibi or Sija Laioibi. The present book is therefore significant and will fill the gap left unnoticed for more than two hundred years. This will also generate interest in the princess and the various religious and cultural developments of her time. The image of Raseshwari in the Govindji temple made in her likeness in gold proves her importance in the cultural and religious scene of that time

In a work of this kind when one has to depend on inadequate references in chronicles and history books, with few material evidences and varying oral traditions there are bound to be practical problems. The Cheithararol Kumbaba or the Manipuri royal chronicle records more about the

male progenies of the kings and much less about the princesses which limits this books as a source of information. Such problems have been there through the ages as in the case of William Shakespeare, Kalidas or Jayadeva about whom very little is known. As time wentby their larger than life image got modified to suit people's perception at different times and climes and they themselves became subjects of creative imagination. Jamini has tried to be judicious in her presentation giving credence to all the different evidences and inherited collective memories.

We have been unjust to the princess who devoted her whole life to the service of Govindji and whose standing as a great saint is no less than Mira Bai of Rajasthan.

The chapters on Maharas and Sankirtan throw more light on the subject as the princess was the first artiste to play the role of Radha in the first ever Maha Ras of Manipur and also the first to start a women's Sankirtana called Raseshwari Pala. Without this there would not have been women's Sankritana in Manipur. The book also portrays the formative years of these arts, which finally became indispensable parts of Manipuri religious life creating an unusual social patronage to assure their survival for all time to come, the like of which is not to be found anywhere else.

The discussions on the arts themselves and related aesthetics however is a very specialized field needing much deeper understanding and reflection. This part deals with a very unusual cultural phenomenon demanding a new look at aesthetics in general, Vaishnavite aesthetics and Manipuri sensibilities in particular. Aesthetics can be both universal and not universal depending on various factors like time,

place and purpose. Even the sensibilities of the Manipuris themselves are not the same as compared to what it was two hundred years back while the basic identity and indigenous character remains uncharged despitechanges. Changes are not necessarily good or bad. There always have been desirable and acceptable changes, which made for tremendous development in any culture, including that of Manipur.

In Manipur the arts and religion have helped each other to accelerate their growth and implant a deep rooted sentimental devotion based on Bhakti Without Vaishnavism the performing arts of the land would not have developed to such an extent acquiring an unusually high degree of perfection and sophistication with a continuing chain reaction aimed towards further betterment. Without the arts the religion too would have not reached the innermost core of the people's hearts and sensibilities so completely. So much so that to the Manipuri mind a religous ceremony means basically the Sankirtana. There however has always been an underlying tussle between art and religion, each one trying to get the upper hand. Art naturally wants to express itself freely to extend and excel in many ways riding on the aesthetic imagination of the artiste while demands of rituals and faith with its inflexible ideas try to apply its strict rules which may often inhibit the freedom of the artiste.

In the case of Manipur the problem is very complex as the arts in the traditional context are inextricably woven into the religious fabric of the people. There can be contradicting forces and values of rituals, symbolism, aesthetics, sensibilities and beliefs making it difficult to

strike the right balance at the right time. One might even do unintended harm to one part or another in the zeal to overplay any side. The dialogue between the arts and rituals will continue without any definite answer. The prevailing public taste and desire at a given time has always been the accepted norm for the period. The book will certainly of great value to both the devout Vaishnava of Manipur and general readers as well as those interested in Manipuri culture and civilization. I hope it will be received generously by the discerning public.


Padmashree Rajkumar Singhajit Singh D.Lit.(Hon.)
Dancer, Choreographer and Scholar,

Reciepient of - *Kalidas Sanman; Sangeet Natak Akademi Award; Nritya Churamani, Madras; Delhi Sahitya Kala Parishad Award; Fellow, Manipur State Akademi Award; Manipuri Sahitya Parishad Award - Nritya Bhusan.*

54 - Bharati Artist Colony

Vikas Marg - Delhi - 92

# ৱামাঙ য়ানবা

মণিপুরগী মিংচৎপু মালেম শিনথুংনা শন্দোকলিবা মহারাস জগোইনা অহানবা ওইনা শান্নবদা শ্রীমতি রাধিকাগী শক্তম লৌখিবীদু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচা ইবেম্মা শিজ লাইওইবীনি। রাসেশ্বরী পালা হায়না খঙনবা, মণিপুরগী ইহান হানবা নুপীগী সংকীর্ত্তন পালা লিংখৎলম্বসু মচাইবেম্মা অসিননি. মহাক্না জগোই ঈশৈগী কলাদা চঙখোন্না হৈবনা মহারাস জগোইদা মায় পাক্না শরুক য়াবা ঙমখি। মহাক্না রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তনগী ঈশৈ হন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তোয়না ফঙজখি। অসিগী মথক্তা শিজ লাইওইবীদি ঈশ্বরগী মফমদা শ্রদ্ধা ভক্তি লৈবীনি, অধ্যাত্মিক পূর্ন্স লেনখিবী মণিপুর ইমাগী তাঙলবী মমোমনি।

মালেম অসিদা মশক মতৌ চঙখোনবী, ইনাক কৈরাক খুনবী, মথৌনা মরৌশিং ৱাৎতবী নুপী কয়া অমা লৈ। অদুবু ঈশ্বরগী, অধ্যাত্মিকী লমদা চঙশিন্দুনা মপুন্সি কখোকপা, কলা সংস্কৃতিগী লমদা শিংথাবা য়াবা খুদোল তম্বা নুপীগী মশিংদি য়ামদে। অসিগুম্বা মশিং য়ামদবী, কলা সংস্কৃতি, অধ্যাত্মিকী মায়কৈদা শক্তিক থবাগুম মঙাল লৈরম্বী মণিপুরগী নুপী লক্তগী অথোইবী শিজ লাইওইবীগী মরমদা ইবা মরিক চুম্বা লাইরিকত্তি লৈত্রি।

ঈশ্বরবু মীওই কয়ানা মানা মানা পামজবা মওংদা নিংজে। কনা অমনা ইবুংঙো মাবু মরুপ ওইনা, কনা অমনা মচা ওইনা, কনানা মপুরোইবা ওইনা নীংজবা য়াওই। মানা মানা নিংজরিবদুনা অয়ৌবী থাক য়ৌরবদা কৃপা ফংবদি শোইদ্রবানে। ভগবান কৃষ্ণ-গিরীধারীবু মপুরোইবা ওইনা নীংজদুনা রাজষ্ঠানগী মিরাবাইনা কৃপা ফংখিবগুম মণিপুরগী শিজ লাইওইবীসু শ্রীগোবিন্দবু নীংজদুনা কৃপা ফংজখি। মখোয়দসু নত্তে খৃষ্টগী অঙনবা শতাব্দীদা দক্ষিনাত্যগী কৃত্তমালা

তুরেল মপান্দা পেরি অরাবাংগী হমুংদ: পোকখিবী অগ্তাল কৌবী নুপীমচা অমনা ভগবান রাঙ্গনথপু মপৃবে ইবনি হায়না নীংজখি। মাগী ভক্তিনা, সেবানা ভগবান রঙ্গনাথ জাগ্রৎ ওইখি। মমা মপানা অঙ্গালবু ভগবান রঙ্গনাথতা লুহোংবীদুনা মবুংঙোগী সেবা ফংজখি। মতৌ অসুম্না যুগ যুগ খুদিংদ শতাব্দী কয়াদা ঈশ্বরগী মফমদা চঙজদুনা মপূল্সি কখোক্লুনা কৃপা ফংখিবী নুপীজা কয়া লৈখি। তরানিপালশুবা শতাব্দীদনি মণিপুরগী শিজ লাইওইবীনা শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংজখিবসি।

মণিপুরগী শীংথানিঙাই ওইবী নুপীলক্তগী অথোইবী শিজলাইওইবীগী মরমদ ইদুনা লাইরিক অমত্তা পুথোকচনিংবদি কুইরে। অব্বাবদি নিংথৌগী মচানুপীসিগী পূল্সি ব্বারীগী মতাংদা থিজিনবদা মাগী পোকপগী চহী. মহাক্না নবদ্বীপধামদা শ্রীঅনুপ্রভুগা লেঙশিনবা, মহাক্না পূল্সিগী অরোইবা য়াহিপ তানখিবগী শক তারিখ খঙবা ঙমদে। নিংথৌগী মচা মশুশিংগী পোকপা, শিবা, মখোয়না পাংথোকলম্বা মশক নাইবা থৌরমশিংদি চৈথারোল কুম্বাবদা হেক হেক চনাশিনবনি। অদুবু শিজ লাইওইবীগী মতাংদদি কুম্বাবদগী করিসু ফংবা ঙমদে। মসিগী মরম আসে কাত্তা মহারাজনা মীরমদ লান চেন্দুনা লৈখিবা, লান থোকপা মরমনা শক ১৬৯২ অমসুং ১৬৯৩ সিদা লৈবাক্কী মরু ওইবা থৌদোক, নিংথৌকোলদা থোকপা থৌদোক ব্বাথোক পুম্বা চৈথারোল কুম্বাবদা চনখৎলমদ্রবরা হায়না খঞ্জে। হায়রিবা চহি অনিগী মতম অসিদা চৈথারোল কুম্বাবদা চনখৎলম্বা ব্বাফমশিংদি - "মকেং খাংলাপুগী কুমদি শক ১৬৯২ অসিদা ইবুংশিজ নন্দনা অব্বা য়াওনা লাক্তনা কৈবিরামবু তুসারোকতা হাৎনৈএ। মনাও ইবুংঙো কুকিলাবু লৈবাক ঙাকহল্লমদুনা মহাক্তি অব্বাদা চঙখিয়ে। নিংথি মপালদগী হল্লক্তুনা অব্বানা মৈতৈ খোমগে লাকপবু মৈতৈ লান ৭০০ হাৎএ।"

"মাইস্নাম পুরেংগী কুমাদে শক ১৬৯৩ অসিদা পানা ৫না নোংমৈ কামরন ৫ হৈএ। লাংখোংহাও কবুই অনৌবা খুন ২ সুং নায়এ" হায়বা অসিত্তনি কুম্বাবদা চনখৎলল্লিবা।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী ধারগী বংশাবলী (Geneology) হৌরকফমগী মতাংদা ফোঙবা অদুদা নিংথৌমচা নুপাশিংগীদি য়াওই অদুগা নিংথৌমচা নুপীশিংগীদি য়াওদে। লাইরিক অসিদা ঐনা বিম্বাবতী (শিজলাইওবী) গী পোকপগী চহি অসি খৃ:১৭৭১ হায়না থমজরিবসি মহাক্না জগোই রাসতা রাসেশ্বরীগী শক্তম লাংখিবদু মশাগী চহী ৮ শুবদনি হায়বদুদগী পারগা হায়জবনি। **চৈথারোল কুম্বাবদা** হায়রি - "মাইবম চক্রপানিগী কুমদি শক ১৭০১ ... পোইনুগী ১১ নি ঈরাইদা কাঞ্চিপুরগী রাসমণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌএ। নুমিৎ ৫ নি রাস শান্নেএ।" হায়রিবা ব্রাফম অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা মাগী পোকপগী চহীসি লেপচবনি।

Dr. Suniti Kumar Chatterjee নদি মহাকনা পোকপসি ১৭৮০ নি হায় - মসিগী মতাংদা Quote তৌজরি - Maharaj Kumari Bimbavati of Manipur (C 1780) thus deserves to have her own niche of honour in the hall of Indian devotion and mysticism and culture and art. Bimbavati is now quite aptly described as the Mirabai of Manipur.

Kirata Janakrti - Suniti Kumar Chatterjee,

The Asiatic Society, 1974 P. 154

**চৈথারোল কুম্বাবনা** রাস কৎখিবগী পীরিবা শক ১৭০১ হায়রিবসি খৃ: ১৭৭৯- ৮০ নি। সুনিতীকুমার চটর্জীনা হায়রিবা খৃ: ১৭৮০ হায়বসিদা বীম্বাবতীনা পোকপা ওইরবদি মহাক্না চহি ৮ শুবদা রাস জগোই য়াওই হায়রিবসিগদি তৈনরে।

শিজ লাইওইবীনা শ্রী অনুপ্রভূগা শ্রীধামনবদ্বীপতা লেঙশিনবসি ময়াম্বুং ইবুংঙো চৌরজিৎনা পুশিন্দুনা চংখিবনি হায়নবা য়াওই। Francis Hamilton না ইবা Account of Assam হায়বা মাগী লাইরিক্তগী খণ্ডবদি কার্ত্তা মহারাজনা গঙ্গা চৎপদা মচানুপা অহুম, মচানুপী অহুম লোয়নৈ, ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধরমানিক্য অনীশুবদা লুহোংদুনা মচানুপী হরিসেশ্বরী থাজরমই হায়বসিনি। শিজ লাইওইবীসু মচানুপী অহুমদুগী মনুংদা অমা

ওইগনি। "চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা" লাইরিক্তগী শিজ লাইওইবীগী মরমদা থোইদোকপা খণ্ডবা ঙমদ্রবসু শ্রী ব্রজমোহনদাসনা সম্পাদন তৌদুনা অনুপ্রভূ লিংখৎপগী মরমদা ইদুনা ফোঙবা লাইরিক্তদি অসুম্না ইরি - ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মচা ইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রবু লৈবাক ঙাকহল্লন্নগা অনুপ্রভূ পুদুনা মচা ইবেম্মা শিজ লাইওইবীগা নবদ্বীপতা চঙই। মতম অদুদা নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রনা গৌরাঙ্গবু লাইনি হায়বা য়ারমদে। অদুনা গৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি ফোংনা লাৎপা য়াদদুনা কোমদা লোত্তুনা থমলগা সেবা তৌনরমই। অদুবু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনদি নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রবু শীংনদুনা অনুপ্রভূবু ফোংনা লাৎলি। মতুংদদি কৃষ্ণচন্দ্রনা ভাগ্যচন্দ্র নিংথৌদা খাজনা থিহন্দনা লম কৎতুনা গৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি নবদ্বীপতা ফোংনা লাৎপা য়াহনখি। মতম খর অসুম্না অনুপ্রভূগী সেবা চৎলন্নগা রাজর্ষিনা মুর্শীদাবাদকী শ্রীপাটক্ষেতরীদা লেংখি।

অতোপ্পা ৱাফম অমনা শ্রীঅশাংবম মীনকেতন সিংহনা ইবা "অনুপ্রভু" হায়বা ৱারেং (রাসেশ্বরী পালা এনুয়েল Vol. III No. I,1986) অদুদগী খণ্ডবদি " অনুপ্রভূগী মূর্ত্তিদি আদ্বৈত নিত্যাই শাখিবগী লেমহৌবা থৈবোং মতুপ অদুনা নিরূপণ তৌরগা মচাইবেম্মনা নবদ্বীপতা লেঙশিল্লি। মতমদুদা নবদ্বীপতা শাক্তগী প্রভাব কন্না লৈবনা নবদ্বীপচন্দ্রমক লৈনুংদা কোম তৌরগা মালঞ্চপাড়াদা পীতাম্বর গোস্বামীনা সেবা চৎলমই। অনুপ্রভূসু পীতাম্বর গোস্বামীদা শিন্নরন্নগা ময়াম পূন্না মুর্শীদাবাদতা শ্রী পাট ক্ষেত্রদা চৎলে। ইকুই কুইদনা রাজর্ষিনা মফমদুদা অরোইবা য়াহিপ তানখ্রবদা ময়াম পূম্নমক নবদ্বীপ ধামদা হল্লকলে। মহারাজকুমার চৌরজিৎনা কৃষ্ণনগরগী মহারাজ গিরিশচন্দ্র রায় বাহাদুরদা হায়নদুনা অনুপ্রভূ ফোংনা লাৎখি। খৃ: ১৮১৫ দা অনুপ্রভূগী হৌজিক মন্দির লৈরিবা মফম অসি মহারাজ গিরিশচন্দ্রনা কৎখিবনি।"

অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌবা অসিদা তোঙান তোঙানবা মোত লৈ। আদ্বৈত নিরূপণ তৌবগী মমাঙদনি হায়বসু য়াওই, মতুংদনি হায়বসু য়াওই। নবদ্বীপতা শ্রীঅনুপ্রভূ লাৎপা হৌবসি কৃষ্ণচন্দ্র রায়গী মতমদরা নৎত্রগা গিরিশচন্দ্র রায়গী মতমদরা হায়বসিগী মতাংদা থিজিনবা অমা চঙই। মতাংসিদা ঐনা

থিজিনজবদা ফংবদি কৃষ্ণচন্দ্র রায়গী মতমসি (১৭১০-১৭৮৩) নি হায়বসিনি। হায়রিবা ৱাফম অসি ভারত কোষ- দ্বিতীয় খণ্ড বঙ্গীয়, সাহিত্য পরিষদ, কলিকাতানা খৃ: ১৯৬৬ তা ফোঙবা লাইরিক অসিদগী খঙবা ঙমই। মরম অদুনা কৃষ্ণচন্দ্র রায়গা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা উনখিদ্রে হায়বসিনি।

শ্রীলাইশ্রম মঙ্গি সিংহনা ইবা 'মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ" দগী খঙবদি মচাইবেম্মনা হায়জবা মতুংইন্না অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌবসি শোক ১৭১৬ কী ফাইরেল থাগী পুর্ণিমা শগোলশেল নুমিৎকী অয়ুক্কী পূং ১০ তাবা মতমদা অভিষেক তৌই। চৌরজিৎ থাদুনা নবদ্বীপ্তা অনুপ্রভূগী মন্দির, নিংথৌনা লৈনবা সঙ্গাই শাহল্লুরে। তুংদা ভাগ্যচন্দ্রনা লেঙবদা ভাগ্যবতীনা অনুপ্রভূ মন্দিরদা ইবুংঙো লেংশিন্দুনা সেবা ওই। শ্রীনবদ্বীবতা শিজনা প্রভূগী সেবা চৎতুনা চহী কয়া লৈ। মতমদুদা নবদ্বীপতা শাক্তগী অকনবা প্রভাব লৈবা মতমনি। কৃষ্ণচন্দ্র রায়না হিন্দুগী লাইমখৈ মাঙহন তাকহল্লবদা কিদুনা অনুপ্রভূগা নবদ্বীপচন্দ্রগা অনীমক কোম তৌদুনা লোন্না সেবা তৌখ্রে। মতম খরগী তুংদা চৌরজিৎ মহারাজনা দর্শণ তৌবা লাকপদা তৌরল্লিবা মতৌদু উবদা নুংঙাইত্রদুনা নিংথৌ কৃষ্ণচন্দ্রগা (গীরিশ্চন্দ্র ?) ৱারী শান্নরগা অনুপ্রভূবু ফোংনা লাৎখি হায়রি।

অসিদগী ওইথোকপদি অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌবা তুংদা কার্ত্তা মহারাজনা তীর্থ চৎপদা নবদ্বীপতা পুশিন্দুনা লাৎলি অসিনি। রাজর্ষিনা মুর্শীদাবাদতা থুপখ্রবদা শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূ সেবা চৎতুনা লৈহৌখি। চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইববা তুংদা অনুপ্রভূগী দর্শন লাকই, গীরিশ্চন্দ্র রায়গা উন্নৈ। গীরিশ্চন্দ্র রায়না শ্রীঅনুপ্রভূগী খাজনা থিদবা লম অসি কৎলি। অনুপ্রভূ ফোঙনা লাৎপা হৌখি।

চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্নদি চীংথংখোম্বা মহারাজনা গঙ্গা চঙবা অসি শকাব্দ ১৭১৭ গী ফাইরেনগী ২০নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতনি। অদুগা বিজয় পঞ্চালিদনা শক ১৭১৭ কী ৱাকচিংগী কুননি পানবদনি হায়রি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মুর্শীদাবাদতা থুপখিবসি কুম্বাবগী মতুং ইন্না শকাব্দ

১৭২০ গী মেরাগী ৩নি পানবদনি। কুম্বাবগী মত অসিদা য়ুম্ফম ওইরগা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তীর্থদা লেঙবা হৌবদগীনা অরোয়বা য়াহিপ তানখিবা মতম অসি থা ৯গী মনুংদা থোকখিবনি। মসিগী মনুংদা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর) দা শ্রীআদ্বৈত প্রভূ নিরূপণ তৌরগা সেবা চৎতুনা থা ৩ লৈরগা ত্রিপুরা য়ৌই। ত্রিপুরাদা অমুক মতম খরা লৈদুনা মফমদুগী নিংথৌদা মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরী থাজদুনা লুহোং খোঙদোংবা পাঙথোকলমই। মদুদা মতম খর, লম্বী চৎপদা মতম খরা অমুক চঙবা তাবনিনা মতম কয়াম শাংনা কার্ত্তা মহারাজনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূ সেবা চৎলম্বগে হায়বসি থিজিনবা অমা দরকার লৈ।

পণ্ডিত মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহনা ইবা "শ্রী শ্রী গোবিন্দাশ্রম" দদি হায়রি নবদ্বীপতগী মুর্শীদাবাদকী শ্রী পাট ক্ষেত্রদা য়ৌবা নুমিৎ ৮ নি শুবদা হকচাং থাদোকখি হায়রি। অদু ওইরগদি কার্ত্তা মহারাজনা তেনখ্রবা মতমদুদা করম্না হৌজিক হৌজিকমক মুর্শীদাবাদকী জিয়াগঞ্জদা লৈরিবা গোবিন্দ মন্দির, নাট্য মন্দির অমদি অতৈ অতৈ কলচরগী ওইবা নীংশিংনিংঙাই ওইবা পোৎলম কয়া লৈরিবসি করম্বা মতমদা শারম্বনো হায়বগী থিগৎপা অমসু দরকার ওইরি। পোৎলমশিং অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মাগী দিক্ষা পীবা গুরুদা প্রনামিকা কৎপা ওইনা মুর্শীদাবাদকী মফম অদুদা শারম্বনি হায়নৈ। মসিগী লংলা লংজিন অমদি মফম অদুদা য়ুংদুনা লৈরিবা ক্ষুন্তি অদুনা পীরি। গঙ্গানারায়ন চক্রবর্ত্তী ঠাকুরনা মঙোন্দা দীক্ষা পীবা নুমিৎ অদুমক্তদা ক্ষুন্তি অমা পীরমই হায়বসি চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চঙবা হায়বা রাজকুমার সনাহল সিংহনা সম্পাদন তৌবা লাইরিক্কী ৱাহৌদোকতগী খঙবা ঙমই। হায়রিবা ক্ষুন্তি অদুদা ইরিবদি শকাব্দ ১৬৮২ রাস পূর্ণিমা অসিনি।

ক্ষুন্তি অদুবু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রমক্কি হায়বগী ভাবনাদা সংকীর্ত্তনগা লোয়ননা খৃ: ১৯৯৮ দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী চহি ২০০ শুবা নীংশিং পালনগী শরুক অমা ওইনা পদ্মশ্রী রতন থিয়ামনা লুচিংদুনা মুর্শীদাবাদতগী নবদ্বীপ ধাম ফাওবা পুদুনা লৈশু কৎলবা তুংদা হান্নগী মফম অদুদা অমুক থিল্লুই।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মুর্শীদাবাদকী মফম অদুদা থনম্বা সংস্কৃতিগী মচাকশিং কয়াসু ঐ ইশামক্লসু উবা ফংলকখি। মদু খৃ: ১৯৮৯ দা বড় গোবিন্দগী মন্দির লৈরিবা মফমদুদা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বর ৬০ না কলচরেল ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোকপা চৎলুবদনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লৈখিদবগী চহী ১৯১ শুবা নীংশিং পালনগী শরুক অমা মুর্শীদাবাদকী জিয়াগঞ্জদা পাঙথোকপা মতাংদনি। খোঙচৎ অদুদা ঐহাকনা ছোট গোবিন্দ বাড়ীগী কুল পুরোহিত মহিমা রঞ্জন গোস্বামীগা উন্নদুনা ব্বারী শাবদগী বড় গোবিন্দ বাড়ীদা লৈরিবা ভাগ্যচন্দ্রনা থনম্বা কলচরেল আরটিফেক্টশিংগী মরমদা খরগসু খঙবা ঙমলকখি।

ক্ষুন্তিদা ইরিবা শক ১৬৮২ রাস পুর্ণিমা হায়বসি খৃ: ১৭৬০ গী মেরা থাগী ব্বাফুকপা পুর্ণিমা নুমিৎনি। অসিদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপী খিবিক্কী মরক্তা রাসকী নায়িকা রাসেশ্বরী রাধীকাগা লোয়ননা মহারাস শান্নখিবা নুমিৎ অসিবু হিন্দুশিংনা রাস পুর্ণিমা হায়না পালন তৌনৈ।

মসিদগী ওইবা য়াবদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মুর্শীদাবাদতা অহানবা চৎপসি শক ১৬৮২ দনি হায়বসিনি। ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ফম্বাল কাবসি অনীরকনি। শক ১৬৮১ দা ফম্বাল কারগা শক ১৬৮৩ ফাওবা (খৃ: ১৭৫৯-১৭৬১) পাল্লি। অনীরকশুবা ওইনা খৃ: ১৭৬৩-১৭৯৮ ফাওবা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবনি।

শ্রীঅনুপ্রভূ নিরূপণগী মতাং অসিদসু তোঙান তোঙান্না মত পীবা থেংনৈ। **মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ,** সম্পাদক শ্রী লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, লাইরিক অসিগী লামায় ১০ দা অসুম্না ইরি - (নিংথৌগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতী) ভাগ্যবতীনা মপাবুং মহারাজদা হায়জে - গৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি শাবীয়ু ঐগীদমক। কুচু ঙৌহনবীয়ু ওইথংবা পাদনা ভঙ্গি ওইহনবীয়ু। অদু পুরগা নবদ্বীপতা সেবা তৌজরুগে। পাবুংনা থোনবিবা অনুপামা হায়বা মীংদগী খর লৌরগা অনু প্রভূ কৌবিয়ু। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা সাপম লোখোন কৌদুনা সনা য়াথং পীরগা অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌই।

শক ১৭১৬ তা কাইনাগী থৈবোংগী মকক অমদগী নিরূপণ তৌবা গৌরাঙ্গ মূর্ত্তিবু অনুপ্রভূ কৌখিবগী মতাংসিদা অতোপ্পা মোত অমনা রাজকুমার কমলজিৎ সিংহনা 'রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র' মিংথোনবা আরটিকল ত্রিপুরাদা ফোংবা মরূপ কৌবা চেফোংদা অসুম্না হায়রি - শ্রীগোবিন্দগী (অনুমতি) য়াথংদগী মহাপ্রভূ শ্রীবিগ্রহ শাখিবগী মরম্না দেবপিয়া বিম্বাবতীনা অনুমহাপ্রভূ মিংথোন থোনখিবনি হায়। শক ১৭১৬ কী ফাইরেন থাগী পুর্ণিমা শগোলশেল নুমিৎকী অয়ুক পূং ১০ তাবদা অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌই অসিনি। নিংথৌরোল কুন্বাবদগী খঙবদি শক ১৭১৯ দা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূ স্থাপনা তৌই অসিনি। **চৈথারোল কুম্বাবদদি** অনুপ্রভূগী ৱাফম থেংনদে। বিজয় পঞ্চালিদনা অসুম্না - শক ১৭১৭ ৱাকচিংগী ২০নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা নিংথৌনা নবদ্বীপ যাত্রা তৌই। মী ১,৩০০ দগী হেন্না থৌগল তৌই। বিষ্ণুপুর লমাংদোং য়ৌই। বিম্বাবতী ভাগ্যবতীনচিংবী মচাইবেম্মা কয়া, মহারানী কয়া থৌগল তৌরকই।

শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপ ধামদা অনুপ্রভূ সেবা ফংবসি মপাবুং ইবুংঙো রাজর্ষিনা তীর্থ লেঙবা অসিগী মমাঙদনি হায়বা মত অমসু লৈ মদুদি শিজ লাইওইবীনা মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দগী সেবা ফংলম্বদগী মীওই খরনা নত্ত নত্তবা মীংচৎ থিবা ৱা কয়া শন্দোরকলবদা মানা মপাবুং ইবুংঙোদা অনুপ্রভূ নিরূপণ তৌবীনবা হায়জে। অনুপ্রভূ নিরূপণ লোইরবদা নিংথৌনা মচাইবুংঙো চৌরজিৎ থাদুনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূগী মন্দির শাহল্লুরগা শিজ লাইওইবীবু অনুপ্রভূগা লোয়ননা চৌরজিৎনা পুদুনা চঙখিবা অসিনি। মসিগীদমক চপ চাবা প্রমান ফংদে।

ৱাফম অমনা খৃ: ১৯৯৯ দা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লৈখিদরবগী চহী ২০০ শুবা নীংশিং পালনগী শরুক অমা ওইনা ত্রিপুরাদা লৈরিবা মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীনা সেবা চৎলম্বা রাধামাধবকী মান্দবতা রাসেশ্বরী পালানা সংকীর্ত্তন শকলুই। মদুগী খোঙচৎ অদুদা ঐহাক্লা রাধামাধবজীবু সেবা চৎলিবা শ্রীশিজগুরুমযুম রাধাগোবিন্দ শর্ম্মাগা (ময়াম্নদি ভট্টাচার্য্য শর্ম্মা হায়না খঙনবা) ৱারী শাবদা মহাক্লা অসুম্না ফোঙদোকলকই- "ঐনা সেবা ফংজরিবা

রাধামাধবসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীনা মপাবুং মহারাজদগী নিজহৌবনি। মচাইবেম্মনা মপাবুংদা "ইচেমসি শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা শ্রী অনুপ্রভূগী সেবা ফংজবা অদুগুম্না, ঐসু মফম অসিদা শ্রী রাধামাধবগী সেবা ফংজহৌরগে। মসি হায়বদা মপাবুং ইবুংঙোনা য়াবিদুনা মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীনা ত্রিপুরাদা রাধামাধবকী সেবা ফংজহৌবনি। রাধামাধবনা ঙাম্থোইরিবা মফম অসিবু রাধানগর হায়না মিংথোন্দুনা মফম অসিদা চহি ২০০ হেন্না ইবুংঙোসিনা কৃপা পীবিরি।"

অসিগুম্বা ৱাফমশিং অসি লৈবনা শ্রীঅনুপ্রভূনা নবদ্বীপত' লেংশিনবগী চপ চাবা মতম অসিসু থিজিনগদবা লৈরি।

অসুম্না শ্রীমতি রাধিকাগী মূর্ত্তি শাবা অসিগী মতাংদসু মোত খেন্নবা লৈ। মী খরগী মত মতুং ইন্নদি রাধিকাগী মূর্ত্তি শাবা অসি মহারাস জগোই কৎলমদাইদনি। ইবেম্মগী মূর্ত্তিগী অঙ্গরাগ কংদবদগী বিম্বাবতীনা মহুৎ শিন্দুনা রাস কৎপনি অসুম্না হায়।

অতোপ্পা মত অমগী মতুং ইন্নদি জগোই রাস কৎপা লোইরগা বিম্বাবতীগী শক্তম লৌদুনা শাবনি হায় - "The present image of Raseswari of Govindaji temple was made in gold in the likeness of Sija Laiobi" RK Singhajit - Rajarshi Bhagyachandra and his legacy-Bhagyachandra Dance festival 1-5 Nov. 1989 souvenir - Dept. of Art and Culture, Manipur. অতোপ্পা মোত অমনা : "মচাইবেম্মনা শ্রী ধাম পাংখ্রবা তুংদা মচাইবেম্মা শিজগী শক্তম্বু মূর্ত্তি ওইনা লিংখৎলি" (বিরমঙ্গোল "লৈমরোল" সম্পাদন তৌদুনা ফোংবা কুমারী খাইদেম প্রমোদিনী দেবী, লামাই ১১৬)।

অসুম্না তোঙান তোঙানবা মত লৈ। অদুবু রাধিকাগী নিরূপণ তৌবগী শক তারিখতি চপ চাবা খঙবা ঙমদে, থিজিনবা ৱাৎপনা ওইবা তাই।

শিজ লাইওইবীগী পুন্সি লোমখিবগী মতাংদা খরনা অসুম্না হায়নৈ - মচাইবেম্মনা বৃন্দাবনদা তীর্থ লেঙই। মদুদা নোংমা মীওই খরনা মহাকপু

রাধাকুণ্ডগী খোঙনাং মখোঙ অমদা উরমই। অদুগী তুংদা মাগী মফম খণ্ডখিদ্রে। অসুম্না হায়নবা লৈ "লাইওইখিবা মীশিংগী পুন্সি পোলোইদি অসুম্না হেক হেক তৌই। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা সমুদ্রদা লুপথখি হায়। খরনা হায় পুরীগী জগবন্ধুগী লাইশং মনুংদা চণ্ডখিবদগী থিবা ফংখিদ্রে"। শিজ লাইওইবীগী পুন্সিদসু অসুম্না থোকখিবরা ?

অতোপ্পা মত অমগী মতুং ইন্নদি শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূগী সেবা চৎতুনা লৈরম্লগা মফমদুদা পূন্সি লোইখি অসিনি। অদুবু মহাক্না লৈখিদবগী শক, তারিখ, মফম চপ চাবা খণ্ডবা ঙমদে।

অদুম ওইনমক লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা মীওই কয়াগা উনদুনা খণ্ডনিংবা কয়া হৎজরুই, তান্নজরুই। শিজ লাইওইবীগী মরমদা ইবা আরটিকল, মণিপুরগী ইতিহাস, চৈথারোল কুম্বাবনচিংবা লাইরিক খর পাজরগা, অখণ্ড অহৈনা তাকপিরকপা খিবিক নীংশিংজদুনা, লাকশিনজদুনা লাইরিক অসি ইজবনি। শিজ লাওইবীগী পুন্সিগা নকশিন্ননা য়েংবদা মরী লৈনবা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী মচাকশিং- শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ, মণিপুরদা মূর্ত্তি শাবগী কলা, শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি শাখিবা কাইনাগী থৈবোং, মহারাস জগোই, রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন, জলকেলি পালা সংকীর্ত্তননচিংবগী মরমদসু লাইরিক অসিদা ইজরি।

লাইরিক অসি ইনিংবগী ইথিল অসি রাসেশ্বরী গোবিন্দগী কৃপানা পীবিবনি। খৃঃ কুম ১৯৭২ দগী হৌনা চহী খুদিংগী ওইনা শ্রী গোবিন্দগী অভিষেক অমসুং মহারাস জগোই হৌদোকপা নীংশিং থৌরম ওইনা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন থৌগল তৌবদা ঐহাকসু শরুক য়াজরকই। মাণ্ডব ময়ায়দা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা ভদ্রচক্রদা লেঙথোকপিদুনা থৌগল ফংহনবীবা, মহাক্কী গুনবু শকচ শোঞ্জবা ফংবা অসিদগী লাইরিক অসি ইনিংবা পোকহনবীখি। ঐনা শিজ লাইওইবীগী মরমদা ইদুনা আকাশবানী, ইম্ফালদা ব্রোদ কাষ্ট তৌখরে। খবরগী কলমদসু আরটিকল ওইনা ইজখরে। লাইরিক ওইনা ইথোকপদি ইঙম ঙমদদুনা লাকখি।

লাইরিক অসি ইতিহাস নত্তে, নোভেল নত্তে, কল্পনাদগী পুথোকপসু নত্তে। অফংবা দোকুমেন্টশিং খর নৈনরগা, অখঙ অহৈশিংনা পীবিরকপা মতশিং লৌশিনজরগা, মদুবু কুপ্না নৈনজরগা ইদুনা পুথোকচবনি। লাইরিক অসিদা পীরিবা শক, তারিখ অমসুং ফোঙদোকলিবা ৱাফমশিংদা অশোয় অঙাম য়াওরবদি, মদু তাকপিরকপদা তরাম্না লৌশিনজরগা চুমথোকচগনি। লাইরিক অসি ইবদি খৃ: কুম ২০০১ দা ইবা লোয়জরবনি ফোংদোকপা ঙমদদুনা লৈরকপনি। হন্দক সেন্ট্রেল ইনষ্টিটিউট ওফ লেঙ্গুয়েজ, মহিশুরনা শেলগী মতেং খর পীবিরকপদগী খর অমুক হাপতোক হাপচিন তৌরগা হন্দক্কী খৃ: কুম ২০০৫ দা ফোংজরি।

শিজ লাইওইবীগী মিংলেন য়ামই - লক্ষ্মীপ্রিয়া, বিম্বাবতী, শিজ লাইরোইবী, শিজ লাইওংবী, শিজ লাইনিংবী, শিজ লম্বোইবী, অনুপামা, ভাগ্যবতীনচিংবা। লাইরিক অসিদদি শিজ লাইওইবী হায়না থমজরি। মসিগী মরম অসি শ্রী মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবগী মত অসি পামজবদগীনি। মহাক্না হায়বীরমই - "শিজ লাইরোইবী হায়বসি মৈতৈলোন্দা ফজদবা ৱাহৈনি। শ্রীকৃষ্ণবু লোইবগুম, শা ঙা লোইবগী ৱাখলগুম ফাওহল্লি। মপাবুং মহারাজনা মাবু শ্রীগোবিন্দদা কৎখ্রবনি - লাইদা ওংখ্রবনি অদুনা শিজ লাইওংবী হায়গদবনি" হায়বা ৱাফম অসি থমজরগা অমুক্কসু খর থৈদোকচরগা মচা ইবেম্মগী মিংলেন অসি শিজ লাইওইবী হায়না থমজরি।

লাইরিক অসিদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী, শিজ লাইওইবীগী ফোটো হাপচনিংই। অদুবু মদুদি লৈতবনিনা শ্রী রাজকুমার চন্দ্রজিৎ স্না সিংহ (আর কে সি এস) না য়েকপা চিত্র খরনা মহুৎ শিন্দুনা হাপচরি। মহাক্না য়েকপা লাইশিং হাপ্পগী অয়াবা পীবিরকপগীদমক সনখ্যাবু থাগৎচরি। ঐনা উন্নজরুবা, হংজরুবদা মত পীবিরকখিবা পুকচেল চাউরবা, চাউরবী অখঙ অহৈ গুরুজনশিংগী মফমদা শিংবা ঙমলরোইদবা লম্মন তোনশিনজরে। লাইরিক অসিদা হাপচরিবা এপ্লীক ৱার্কসকী; য়াঙদৌবা য়াঙদৌবীগী

ফোটোশিংবু পিবিরকখিবা শ্রীমতি সোবিতা দেবী ক্যুরেটর মণিপুর স্টেট মিউজিয়ম অমসুং জগোইরাসকী, তোঙান তোঙানবা মফমদা লাৎলিবা দেবতাশিংগী ফোটো পীবিরকখিবা শ্রীথৌদাম জীবন কুমার, দি আই পি আরগী দাইরেক্তর, রাজকুমার তোম্বীস্না সিংহ, অসেম সুদরসন সিংহ, এস. ব্রজকিশ্বর শর্ম্মা, রা: কু: রাধামোহন সিংহগী মফমদসু থাগৎপা ফোংদোকচরি।

লাইরিক অসি ফগৎনবগী মতাংদা সজেসন কয়া পীরকখিবা অরিবম চিত্রেস্বর শর্ম্মা, ডা: নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ, চোংথাম সমরেন্দ্র সিংহ, প্রো: পিসি থৌদাম, বি এস রাজকুমারবু থাগৎচরি। লাইরিক অসিবু পাবীদুনা লাইরিক্কী মরমদা ৱাহৈ খরদং হিংলিঙৈদা ইবীরম্বা ঐজ্ঞা পাবুং ৺অভিরাম শাবা লাইরিক অসিগী ফোরৱার্ড ইবীবা রা: কু: সিংহজিৎ সিংহগী মফমদসু তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

লাইরিক অসি ইবদা তোঙান তোঙানবা লাইরিকশিংদগী Quote তৌবা য়াহনবীবা অইবশিং মওং অমদা নৎত্রে অমদা মতেং পাংবীরকখিবা পূম্নমকপুসু থাগৎচরি ।

অইবী

# য়াওরিবশিং

১। অহানবা পন্দুপ- শিজ লাইওইবী পোকপা- পারীপুরী, অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি- শ্রীগোবিন্দগী অভিষেকতা রাধা ওইনা শরুক য়াবা- মাগী পুন্সিদা অহোংবা লাকপা- লৈশাবী মপুং ফারকপা।

২। অনীশুবা পন্দুপ- শ্রী কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রগী শমলপ্পা পুন্সি ৱারী- কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদা শামু ফাবগী ৱারী।

৩। অহুমশুবা পন্দুপ- শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি শাখিবা কাইনাগী থৈবোং পাম্বীগী ৱারী- থৈবোং পাম্বীদগী শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবা- কাইনাগী থৈবোংনা শাখিবা মূর্ত্তিশিং - বিজয় গোবিন্দগী হৈক্রু হিদোংবা কুম্মৈ, বিজয় গোবিন্দগী হলঙ্কার (লাই কৈথেল কাবা), নিত্যানন্দ প্রভূগী চেঙ হোঙবা - মূর্ত্তি কলাগী চেন্থরক্লিবা ঈচেল - শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা লোয়ননা রাজর্ষিনা মণিপুরগী কলা কৃষ্টিদা ইনোৎ হাপকৎলকপা - শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা- সনা কোনুংগী লোয়শঙশিং - মণিপুরীগী মতম পুংজা ওনবগী মওং।

৪। মবীশুবা পন্দুপ- মহারাস জগোইগী হৌরকফম - রাসকী নুংগী ওইবা ৱাফম- মণিপুরগী জগোই রাসকী নীতি নিয়ম- মণিপুরদা সংকীর্ত্তণগী পরম্পরা শেমগৎলকপা - রাসমণ্ডলী শেমগৎপা - জগোই রাসকী পুবর্ব রঙ্গ - রাস কৎপগী হৌনবী মথং মনাও - রাসকী ফিজেৎ লৈতেং - রাসকী পোৎলোই ফিজোলগী নুংগী ওইবা অর্থ- মণিপুরগী ফিরিবী কলা (এপ্লিক ৱার্ক) - ফিরিবী লোয়শঙ।

৫। মণ্ডাশুবা পন্দুপ - শিজ লাইওইবীনা রাসেশ্বরী পালা লিংখৎপা রাসেশ্বরী পালাগী তোপ তোপ্পা শক্তম - পালাগী রাগ, ঈশৈ - নিংথৌরোলশিংগী রচনা - রাসেশ্বরী পালাগী হোংলকলিবা শক্তম - জলকেলি পালা - জলকেলি পালাগী শক্তম - জলকেলি নিংঙোল পালাগী ঈশৈ - জলকেলি মৌ পালাগী ঈশৈ।

৬। তরুকশুবা পন্দুপ - শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা শ্রীঅনুপ্রভূগা লোয়ননা লেংশিনবা - নবদ্বীপকী ফিভম - মুর্শীদাবাদতা চৎপা - মফমদুদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী অরোইবা য়াহিপ - শিজ লাইওইবীগী অরোইবা পূন্সি।

৭। ৱারোইশিল্লকপা।

# অহানবা পন্দুপ

**মহৌশা** লাইরেম্বীগী লৈকোন্নুং, কলা সংস্কৃতি চংখোনবা লম, মণিপুর সনা লৈবাক্তা খৃষ্ট কুম ১৭৭১ দা মমোম লাংলেন অমা ফংজখি। মহাক্কী মিংলেন্দি লক্ষ্মীপ্রিয়ানি। তুংদা ময়াম্না মহাকপু মিংলেন কয়া অমসু থোনখি - বিম্বাবতী, অনুরূপা, শিজ লাইওইবীনচিংবা।

শিজ লাইওইবীবু পোকপা পম্বৌদি মণিপুরগী নিংথৌরেল রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনি (খৃ: ১৭৫৯- ১৭৬১, ১৭৬৩- ১৭৯৮) । চীংঙাখম চনু দেবহুতিনা পলেম অপোকপীনি। বিম্বাবতীগা পোকমিন্নবা ময়াম্বুংদি হেমচন্দ্র সিংহ অমসুং চৌরজিৎ সিংহ (১৮০৩- ১৮১৩) অনীনি। [১]

নিংথৌ মচানুপী অসি নিংথৌকোন্দা, মবুং মপুবা মরক্তা মীনাই মীশলশিং লৈমা নিংথৌনা শেন্নদুনা নাওয়োক নাওকোন্দুনা খুদোল লৈতাদনা চাউরকপনি। অদুবু কেথোক মৌথোকপগী মহুক্তা য়াম্না তপচ ইংজবী, মোংহাদবী, অহল লম্মন্দা, মথক থোংবদা থকসি খাসি লৈবী নুপীমচা অমা ওইরকখি। লৈমকোল, নিংথৌকোলগী চৎনলোল, ব্যবহার খঙবী ওইবতা নত্তনা ঈশ্বরগী মফমদা ভক্তি শ্রদ্ধাসু য়াম্না লৈরমই।

---

*(১) "মৈদিংগু চীংথংখোম্বা মহারাজনা শ্রীমতি মৈতৈ লৈমা চিনফুরোন চিংঙাখম চনু শেকপাও- ঙম্বী হুয়েন কররা ফাবী পান্নদুনা শ্রী সনা হেমচন্দ্র তেখাও ঙম্বা সেনাপতিগা শ্রী সনা চৌরজিৎকা মচা ইবুংঙো অনী পোকই।" শঙ্গাই ফম্মাং*

বিম্বাবতীনা পুংকক চাওরক্লবদা শক্তা চুদা য়াম্না নিংথিবী চংখোনবী নুপীমচা অমা ওইরকখি। কুচু য়েংই লৈহাউ লৈরেন ঙমজবীনি। পাম্বোমতাবু য়েংবদা থম্বৌ হেরোনা তমজনিংঙাইনি। মচাইবেম্মগী মায়থোংদা তঙাং তঙাংবী চিন্বাল, থামচেৎ মানবী পিশুম, শজি মিৎতা ঙমজবী মিৎম্না - য়েংউ য়েংউবদা পলেম অপোকপীগী নুংওনবীনি। অদুনা পলেমনা নুংশিনা কৌজে মমোম লাংলেন নুংওনবীবু শিজ হায়না শিজদগী তুংদা শিজ লাইওইবী কৌনরকখি।(২)

নিংথৌগী মচা ওইদুনসু লক্ষ্মীপ্রিয়ানা নাৎকী ওইবা ফিশা লোনশা, লোনবা খোৎপা তমদুনা নীংথিনা হৈজিল্লি। মপাবুং ইবুংঙো রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রদি জগোই, ঈশৈ কলা অতৈবু পুক্লিং থৌগৎপা, য়োকখৎপা নিংথৌ ওইবনা সনা কোনুংদসু জগোই, পুং ঈশৈগী, থাঙ তাগী ওজা থমদুনা নিংথেম মচাশিং ; য়োইবু য়োইহৈশিংদা মশানা পামজবা কলাবিদ্যা অদু তম্বগী খুদোংচাবা ফংহল্লি। অদুগী খুদোংচাবদু লৌদুনা লক্ষ্মীপ্রিয়াদি পিকলিঙৈদগী হৌনা জগোই, ঈশৈ হৈ। পিকলিঙৈদগী হৌনা পলেম পম্বৌগী তুংইন্দুনা লাইগী সেবাদা, লাইনিং লাইশোলদা য়াম্না থব্বায় য়াওরকই। মদুগী লীচিং অদুনা মচাইবেম্মবু অধ্যাত্মিকী লমদা খোঙদাহল্লকখি। খৃ: ১৭৭৯ (শক:১৭০১) দা মপাবুং ইবুংঙো রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক

*(২) "মহারাজ মরাম্বা (গৌরশ্যাম), মহারাজ চিংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র) অনীমক্কী হাতক্তা নিংথৌমচা য়ামলবদা, নুপী য়ামলবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত পাচহনবা, ব্রাহেংবা, লৌরেম্বা, ঙাছকশাবা, খাঙেনবা। মণ্ডামকপু কৌদনা নিংথেমচা অয়াম্বা অসিবু করি হায়না কৌশিবা হায়রবদা পণ্ডিতশিংনা খুমখি। নিংথৌমক্তা পোকপা মচা মখৈদি সনা ইবুংঙো শীজ, সনা ইবেম্মা শীজ হায়না চংকনি, তম্ফা হাম্নদি মহারানী মচাদনে, নিংথৌমচা অয়াম্বদি নিংথৌমক্তা পোকপা নত্তবা মশু নংত্রগা শুথাং নিপাদা ইবুংশি, নুপীনা শীজ হায়না চংকনি হায়রবদা মহারাজনা চৈরাপ অঙম্বা পুম্নমক্তা হায়দোক্তনা চংনহনখি। মসিগী মমাংদা হায়বদি মহারাজ গরিবনিবাজগী মতম অমসুং মতুং কাওবদা নিংথৌমক্কী মচাদা ইবুংশি কৌনরমই।"*

*নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ - "অরিবা মণিপুরী লোনগৈ" মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল ১৯৭৮ - লামায় ১০-১১।*

তৌই। মদুদা মহারাস জগোই কৎলি। জগোইদুদা মচাইবেম্মসিনা রাধিকাগী শক্তম লৌদুনা শরুক য়াই। মতমদু মহাক্কী চহী ৮ শুবদনি। মহাক্না হান্নদগী ঈশৈ জগোই হৈবা মরম্না জগোই রাস অদুদা শরুক য়াবদা য়াম্না মায় পাকখি। রাধিকাগী শক্তম লৌই, রাধিকাগী মমি (বিম্ব) নি হায়দুনা মহাকপু বিম্বাবতী থোনখি হায়নৈ।

শ্রী গোবিন্দগী অভিষেক অমসুং রাস কৎপদা শরুক য়ারুবা অদুগী তুংদগীদি বিম্বাবতীগী পুন্সিদা অওনবা অমা লাকখ্রে। অঙাং ওইবগী শান্নখোৎনবা থাদোক্তুনা অয়াম্বা মতমদা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদতা লৈরে।

মতমনা নোংমা নোংমা হৌখিবা খঙহৌদে। অঙাং ওইবগী অচম্বা পুন্সিগী তাক্কক হৌখিদুনা মপুং মরৈ ফারকখি। অদুগা লোয়ননা শ্রীগোবিন্দগী মফমদা লৈজবা মাগী শ্রদ্ধা ভক্তিসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকখি। শ্রীগোবিন্দগী নিত্যসেবাদা পুক্লিং চংনা শরুক য়াজে। অষ্টকাল সেবাগীদমক লৈ হেক্তুনা, তুলশি পত্র হেক্তুনা পরেং লেংই। চন্দন তক্তুনা সেবা তৌই। লাইগী হৈরুক শেমই। মশামক্না শ্রীগোবিন্দগী শৃঙ্গার, শয়ন সেবা চংই। অতৈ মতমদনা অখণ্ড অহৈশিংগী মফমদগী ঈশ্বরগী মরমদা হংজবা, তাজবা খিবিক্না মহাক্কী অপেনবা, নুংঙাইবা ওইজে।

মহাক মশানা ভাগবতকী গোপী গীত, নরোত্তম ঠাকুরগী প্রার্থনা তোয়না শকই। চুম্নতগী ঈশৈ শকপা নত্তে। ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা মক্লবা ভক্তিগা লোয়ননা মিৎলু পিরাং শিন্থনা নুংশিবা খোঞ্জেলদা শকপা ঈশৈনি। মচাইবেম্মগী লাইনিংজবা মতৌদু উরগা ময়ামনা মাবু শিজ লাইনিংবী, শিজ লম্বোইবী হায়নসু মিঙ্গৌনবী।

বিম্বাবতীনা লৈশাবী মপুং ফারক্লবদা পলেম পম্বৌনা মাবু থাজ য়োঙবগী ৱাফম হৌদোকই। অদুবু মহাক্তি লুহোং খোংদোংদুনা য়ুম্বানবগী ৱাফমদা থোইনা পুক্লিং খোয়দারুদে। মহাক্কী পুন্সিদি শ্রী গোবিন্দদা কখোকখ্রবনি। মহাকপু মপাবুংনা শ্রীগোবিন্দদা কখোক্তুনা রাধিকা ওইনা

মহারাসতা শরুক য়াহনখিবা অদুদগী মপুক্লিংদা শ্রীগোবিন্দবু মাগী মপুরোইবনি নিংজখ্রে।

চাবা, তূম্বা থিদনা মতমপুম্বদা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দবু নিংজবতনা বিম্বাগী পেনজবা ওইজখি। তুমলিঙৈদফাওবা চোইরোল লোনবগুম শ্রীগোবিন্দগা ৱারী শাবগী মতৌ তোয়না উখোরকপদা নিংথৌ মহারানীনদি মচাবু ঙাওর মাল্লে হায়না পাখৎচৈ। মদুগীদমক অখণ্ড অহৈ মাইবা মাইবী তান্নখিদবা নত্তে।

মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী প্রেমনা শ্রীগোবিন্দ জাগ্রৎ ওইদুনা প্রেমগী লিলা শান্নখি। মদুগী ৱাথোক ওইখি। "মচাইবেম্মদি নুমিদাংদা নিংঙোলকাদা নুপা অমগা ৱারী অসুম শাদুনা হেক হেক লৈরে" হায়দুনা সেবারী অমনা নোংমদি নিংথৌদা হঙ্গৎলুরে। মদু তাবদা ইকাইবা অমসুং অশাওবনা লাকহৎলবা নিংথৌনা মচানুপীবু অমসুং মরমচৎ নাইদবা নুপা অদুবু অহকপা চৈরাক পীরগে হায়দুনা নিংঙোল কা তম্না চঙলকখি।

নিংঙোল কা য়ৌবদদি ৱারী শারম্বদু তুমিন্না লৈখ্রে। থোঙ নমখাইরগা চঙবদদি কা মনুংদা অতৈ কনা লৈরমদ্রে। মচাইবেম্মনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বা থেংনরে।

শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তম্না নিংথৌনা মনাই মশলগা লোয়ননা লেঙলকলে । শ্রীগোবিন্দগী চুরা বাঁশি য়াওরমদ্রে হায়না সেবারীশিংনা থৱ ায় ৱানা কোইথি থিনরম্বদু মচা ইবেম্মগী কাদা থেংনরুরে। থৌদোক অদুদগী মীয়ামনা বিম্বাদি শ্রীগোবিন্দগী কৃপা ফংবী চান্নবীনি, শিজ লাইওংবীনি, শিজ লাইওইবীনি হায়না খঙনখি।

অসিগুম্বা থৌদোক অসিবু ওইথোকপা য়াব্রা হায়বসিগী মতাংদা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিংনা অসুম্না মত পীঃ ভগবত বিগ্রহ পুম্নমক চিদানন্দ স্বরুপনি। ভক্তগী প্রেম ভক্তিদা বিগ্রহনা জাগ্রৎ ওই। শিজ লাইওইবীগী প্রেম ভক্তিনা শ্রী গোবিন্দ জাগ্রৎ ওইবনি। অসিদসু নৎত্রি বিগ্রহনা জাগ্রৎ ওইবগী ৱারী কয়াসু লৈরি- জয়দেবগী প্রেমনা জগন্নাথ, সমর্থ রামদাসকী প্রেমনা

বিঠলনাথ, নরসিংহ মেহতাগীনা দ্বারকানাথ, মাধবেন্দ্র পুরীগীনা গোপীনাথ, মীরাবাইগীনা গীরিধর গোপালনা জাগ্রৎ ওইখিবগী ৱারীশিং ঙসিসু ময়াম্না লীনরি, শক্ল - শোন্নরি।

মীরাবাইগী পুন্সিগা শিজ লাইওইবীগী পুন্সিগা মান্নবা য়াম্না লৈ। মীরাবাইদি তরাতরুকশুবা সতাব্দীদা রাজস্থানগী যোধপুরদা লৈবা মেঙতা তাল্লুক্কী মনুং চনবা কুড়গ্রামদা পোকপনি। মহাক রাঠোর নিংঙোলনি, রানা রতনসিংহনা পোকপা মমোমনি। পিকলিঙৈদগী হৌনা মীরানা গীরিধর লালগী মূর্ত্তি অমা লাৎচৈ। মদুবু মহাকনা লুনা নুংশিনা নিংজৈ। তাইবংগী জ্ঞান লাকপদগীদি গীরিধর গোপালবু মাগী মপুরোইবনি হায়না নিঙজদুনা শ্রীকৃষ্ণ গীরিধর লালদা মথৱায় হকচাং পুন্না কথোকচখি।

লৈশাবী মপুং ফারক্লবদা পলেম পম্থৌনা মীরাবু চিত্তোরগী রানা কুম্ভদা থাজদুনা লুহোংবী। অদুবু মীরানা নিঙজবদুদি হোংখিদে। গীরিধর গোপালবু থম্মোয়দা চেৎনা থমজদুনা পুজা তৌজে। মানা তোয়না শকচৈ, শোঞ্জে - " মেরে তো গীরিধর গোপাল দুসরা ন কোই" ঐগীদি গিরিধর গোপাল নত্তনা কনা অতে লৈজদে। মসিনি মীরা ভজন হায়না ময়ামনা ঙসিসু শক্লরিবা মানা শকখিবা ঈশৈ।



শিজ লাইওইবীনা মাগী কাদা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্বা

BY Courtesy : R.K.C.S,.

নোংমা রানা কুম্ভদা মী অমনা অসুম হায়না তন্নরে। "মীরানা অহিং অথেংবদা মাগী কা মনুংদা নুপা অমগা ৱারী শামিন্নদুনা, ঈশৈ শকমিন্নদুনা হেক হেক লৈমিন্নরে।" পাউ অদুনা রানাবু খোইশাওনহল্লে। খুত্তা থাঙশাং পায়দুনা লোন্না মীরাগী থোঙজিন্দা লেপ্লরে। মীখোল তাবদা কা মনুংদা ৱারী শারম্বদু তুমিন্না লৈখ্রে। রানানা থোঙ নমখাইদুনা কা মনুংদা চঙলকপদদি গীরিধর গোপালগী মূর্ত্তিগী মাঙদা মীরানা মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরমলে।

মীরাগী মকত্রবা ভক্তি প্রেমদুনা রানাগী থম্মোয়বু জয় তৌখি। রানাসু গীরিধর লালগী ভক্ত ওইরকখি। মসিনি ঈশ্বরগী লীলা ! ভগবানদি ভক্তগী মখা পোল্লি হায়বসি মতৌ অসুম্না অতৈদা হেক হেক খঙহল্লি।

॥০॥

# অনীশুবা পন্দুপ

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র খৃ: কুম ১৭৪৮ পোইনুগী ১৩নি পানবা লৈবাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা য়াইস্কুল জন্মস্থানদা পোকই। মহাক্তি মৈদিংঙু পামহৈবগী (গরিবনিৱাজ ১৭০৯- ১৭৪৮) গী মচাইবুংঙো শ্যামজাই খুরাইলাকপগী অনীশুবা মপারীনি। পলেম অপোকপীনা ৱায়েনবম চনু চাখা লোইখোম্বীনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মিংলেন য়ামই। চীংমীশিংনা চীংথংখোম্বা, বৃটিশ অমসুং আসামগী মীশিংনা জয়সিংহ, বৈষ্ণবশিংনা কার্ত্তা হায়না মিঙ্গৌনৈ। শ্রীগোবিন্দবু নিরূপণ তৌদুনা মহারাস জগোই কৎপা লাইবক ফবা নিংথৌনি হায়বগী ভাগ্যচন্দ্র, ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবনি ঋষিগী গুণ চেল্লি হায়দুনা রাজর্ষি হায়বা তাঙলবা মিংলেন অসি ফংবনি। অকোনবগী মিংলেন রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র হায়বসিনা মীয়ামনা হেন্না খঙনৈ।

মহাক অসি শাদা লান্দা থৌবা, ধর্ম্ম লৈবা, নাৎ, সংস্কৃতি চাওখৎহনবদা শীংথাবা য়ানা খুদোল তমলম্বা মণিপুরগী ৫৪ শুবা নিংথৌরেলনি। মহাক্না চহী ৪০ চুপ্পা (খৃ: ১৭৫৯- ১৭৬১) (১৭৬৩- ১৭৯৮) মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লমই। ময়াম্বুং ইবুংঙো গৌরশ্যাম (মৈদিংঙু মরাম্বা ১৭৬২- ১৭৬৩) গা কার্ত্তা চীংথংখোম্বগা চহী মঙা মঙা শিন্ন- শিন্ননা নিংথৌ ওইনসি য়ানখি। চীংথংখোম্বনা অহানবা ওইনা ফম্বান কাবসি খৃ: ১৭৫৯ দনি। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না লাচন্দুনা লৈ "খামরন চিন্দুমগী শক ১৬৮১ শজিফু থা ৭নি পানবা শগোলসেন্দা

থৌৱানমিচাক পুষ্যানা পানবদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা অখাম চনু মহারাণীগা ফম্বান কায়এ। নিংথেম মরাম্বা ফম্বান কূমএ।' - লা: ১২২

মহাক্না অমুক হন্না ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা নোঙ্গাখ্রবদা খৃ: ১৭৬৩ (শক ১৬৮৫)দা মণিপুরগী নিংথৌ ওইখি। অখাম চনু ভানুমতিবু মহারাণী হাপখি।

মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা পানবা মতমদা য়েক্লবশিংনা মণিপুরবু মিহৌদুনা তোয়না লান্দারকখি। অদুদা মশামক্না লাঞ্জিং পুরেল ওইদুনা কয়ারক হন্না মায় পাকখি। মহাক্না শান লৈবাক্কী মুৱাশিংসু মাও তাকহন্দুনা শমজোক লৌশিল্লি। অদুবু খৃ: ১৭৬৪ দা অৱাগী নিংথৌ তেংদোই রতনাপুর লৈমাবনা মণিপুরদা লান্দারকপা অদুদদি অৱাগী লাম্মী অমসুং খুৎলায় য়াম্না হেনখিবনা মণিপুরনা মায়থিখি। অদুদা কার্ত্তা মহারাজনা মতম খর কাছারদা লাঞ্জেনখি। মফমদুদগী তেখাও য়ৌখিদুনা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব চুরেনফা রাজেশ্বর সিংহগী মফমদা চঙজফম লৌদুনা মতম খর লৈখি।



মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র

BY Courtesy : R.K.C.S,.

কার্ত্তা মহারাজনা তেখাও লৈবাক্তা লৈরিঙৈদা য়াম্না চাউরবা থৌদোক অমা থোকখি। থৌদোক অদুগী তুংদা মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা চাউনা অওনবা অমা লাকখি। থৌদোক অদুগী শমলপ্পা ৱারীদি -

কার্ত্তা মহারাজনা মীরমদা লাঞ্জেন্দুনা লৈরিঙৈদা মাগী মামা খেলহৈ নোংনাং তেলহৈবা ( খেলেম্বা) না অৱা নিংথৌগী মখা পোন্না মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা মতম খর পাল্লি। মহাক্না মাগী মচানুপী শমজিমনিবু অৱাগী তেংদোই নিংথৌদা থাজদুনা ঙাইশেন ওইবগী মরী থমখি। খেলেম্বনা কার্ত্তাদা হান্না লৈখিবা মলোম অমগী লম্মন খুমগে হায়বগীদমক তেখাও নিংথৌদা চিঠি অমা ইশিল্লি । ৱারোলদি - " তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বর। নহাক্কী মফমদা মৈতৈ নিংথৌ খেলৈ নোংনাং তেলহৈবা ঐনা চিঠিনা খঙহনখিবনি। নিংথৌগী ননাক্তা মৈতৈ নিংথৌ শাশিন্নদুনা লৈরিবা নুপা অদু নিংথৌ শেম্বনি। মহাক মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা য়াদদুনা চেনখিবনি। মাবু থুনা হাংহৌদ্রবদি তুংদা নহাক্কী য়েক্নবা ওইরক্কনি।"(৩)

চিঠিনা তেখাও নিংথৌগী পুক্নিংদা চিংনবা অমা পোকহল্লে। অঙম অথৌ পাত্র মন্ত্রিগা ৱাতান্নরে। করি তৌসিগে খন্নরে। কার্ত্তাবু তেখাও নিংথৌগী অঙাওবা শামু য়াইশদু থাদোক্নগা মীয়াম মমাংদা ফাহনসি হায়না লেপ্পরে। মদুগী মতুংইন্না তেখাও নিংথৌনা কার্ত্তা মহারাজদা য়াথং পীরে। (৪)

য়াথং অদু ফংবদা কার্ত্তা মহারাজনা ৱারৌবা, নুংঙাইতবা ঙম্নমক তুমিন্না খাঙজিন্দুনা লৈখি। তেখাও নিংথৌনা পীরিবা য়াথং অদু ঙাক্কনি হায়না য়াখি। পুক্নিং ৱারবা নিংথৌ কার্ত্তানা মাগী লৈফমদা হল্লকলে। নুমিৎ তারবদা

*(৩) সরাংথেম বরমনি সিংহ, মৈতৈ নিংথৌরোল , কে: ডি: প্রিন্টিং এন্দ স্টেসনরী ৱার্কস, চীংঙমখা মৈয়াম লৈকাই, ইম্ফাল নভেম্বর: ২০০০. লামায়, ১৩৪*

*(৪) স্বর্গদেব মহারাজনা অসুম্না য়াথং পীরে - " হে কার্ত্তা নিংথৌ ! নংঙোন্দা ৱারম অমা হায়গে। নহাকপু লাইগী মচানি, মণিপুরগী নিংথৌনি অসুম্না খঙই। নংগী নগুণ ফোংদোক্না শংনবা ঐগী 'রাজমুহ' কৌবা শামু য়াইশসে গোর চাউনা শারগা লৈবাক মীয়াম্না পনবান্দা কোয়রগা মনুংদা শামু য়াইশ থাজিন্দুনা নহাক নতোম্মা চংদুনা ফাবা ঙম্নবদি নংগী মণিপুর কৌবা লৈবাক্তা ঐনা নংগী নতেং পাংদুনা শোইদনা নিংথৌ ওইহনগনি।"*

*কাওমচা , মণিপুর ইতিবৃত্ত শগোলবন্দ, মৈনা লৈরক, ইম্ফাল ১৯৮০, লামায় ৪০।*

বৃন্দাদেবীদা ধুপ থাউমৈ কৎতুনা খুরুমজরে। শ্রী গোবিন্দবু থম্মোইনুংদা লাৎচদুনা, ভক্তি কৎচদুনা, ব্রত কৎলগা অহিং চুপ্পা শ্রী গোবিন্দগী কৃপা নিজখি। নোংঙাল্লমদাই ঙহাক উরোন তৌবদা শ্রীগোবিন্দনা কার্ত্তাগী মঙলান্দা লেঙবিরক্তুনা দর্শন পীবিরে। নটবর বেশ থোনবা, খুত্তা বাঁশি পায়বা, জগৎপু শুমহৎপা শাথেকপু দর্শন পীবিদুনা মনাই ভক্তগী মফমদা অসুম্না পাউমেল্লকই - কার্ত্তা নিংথৌ ! নথৱায় নুংঙাইতবা থাদোকলো! ঐগী থৌজালদগী শামুনা নঙগী মাঙননবা তৌহল্লোই। শামুনা নঙবু মনঙ্গ দা থাঙ্গৎতুনা ঐগী ভক্তগী মতিক মগুনবু জগৎতা ফোঙদোক্কনি। নুমিৎ খরনিগী মতুংদা নহাক্না নরৈবাকপু হজিন্দুনা নুংঙাইবা শোয়দনা ফংজগনি।

কার্ত্তানা মবুংঙোদা খুরুমজরদুনা হায়জরে - ইবুংঙো নংনা মণিপুরগী নিংথৌ ওইবিয়ু। ননাই ঐনা ইবুংঙো নংগী সেবা তৌদুনা লৈজগে। মনাইগী ৱাদু তাবদা শ্রী গোবিন্দনা "কার্ত্তা ! ঐগী মূর্ত্তিসি য়েংহৌরো। হয়েং



শামু ফারমদাইদা শ্রী গোবিন্দবু ভাগ্যচন্দ্রনা মঙদা উবা
(আর্টিষ্টকী মীয়েংদগী) BY Courtesy : R.K.C.S,.

নংনা নরৈবাক্তা হন্দুনা অমুক হন্না পাল্লবদা ঐহাক থৈবোং পান্বী ওইনা কাইনা হায়বা চীং অদুদা হৌরমগে। থৈবোং পান্বী অদুনা ঐগী মূর্ত্তি শাউ, জগোই রাস কৎলকউ অসুম হায়না তাকপিদুনা কার্ত্তাগী মণ্ডদা শ্রী গোবিন্দনা জগোই রাস অদু উহনবিরম্লে।

নিংথৌনা মীকপ থোক্লবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাৎচহনবা কৌশিন্দুনা মণ্ডগী ব্রাবু পাউদম্লে। মণ্ডদা উখিবা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি অদু মান্না পাৎচহনবদা য়েকথোকহল্লে।

সোমদনা তেখাও নিংথৌনা য়াথং পীদুনা শামু য়াইশ ফাগদৌরিবা মফম অদু পল খাদুনা, শগাই শাদুনা থৌরাঙ লোইখরে। তেখাও লৈবাক পূম্বদা ব্রা ব্রা নিন্নখ্রে। অঙম অথৌ প্রজা অয়াম্বা শগাইদা কাদুনা মণিপুরগী নিংথৌনা শামু য়াইশ ফাবগী কুম্মে য়েংনবা খৌরাংনা ঙাইদুনা লৈনখরে।

কার্ত্তা মহারাজ চাইথরে। চন্দন সেবা, লাই খুরুম্বা লোইরে। খামেন চৎপা ফৈজোম থোল্লে; লমথাং খূৎহৎ হৎপা কোকয়েৎ থোল্লে। সনা খুজি, খুবোম য়াই থোল্লদুনা মফম অদু তান্না লেঙলকলে। ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাৎচহনবা অমসুং রাসমোন কৈরুংবা অনীনা থৌগল ওইনা তুংইঞ্জরে।

তেখাও নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা কার্ত্তা মহারাজনা শামু য়াইশগী পন্নুংদা লেংশিল্লে। শ্রীগোবিন্দবু থম্মোইদা চেৎনা নিঙজদুনা মাগী মিংলেন শোল্লদুনা শামুগী মায়কৈ তমনা চঙশিল্লে। মী লাকপগী শঊম ফংবদা মথক্তা শেম্বাং পাইবা য়াদ্রবা শামু য়াইশ অদুনা অকিবগী শক্তমদা কার্ত্তা মহারাজ তম্না হোৎচিল্লকলে। অঙকপনি! কৃষ্ণগী কৃপানা ওইবা তাই কার্ত্তা মহারাজবু উবদা শামুগী নুংশি হৈতবা শাজৎ অদু খঙহোং হোংখরে। শামু অদুনা ময়া অনীদু লৈবাক্তা য়ৈশিন্দুনা খুমাং অনীদু কুম্থরে। কার্ত্তা মহারাজনা শামুগী ময়াদা খোঙনা নেৎলবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত অমসুং অয়েকপা কৈরুংবা অনীনা নিংথৌবু শামুগী মথক্তা লেঙখৎপদা সেবা তৌজখি।

শামু অদু হৌগৎলকলে। মনঙ্গন্দা কার্ত্তা মহারাজবু পুরদুনা তেখাও প্রজা মীয়াম তিল্লিবা পলগী অকোয়বদা কোয়না চৎলে। মণিপুরগী নিংথৌনা জয় ওইরে হায়না মীয়াম্মা লাউনখরে।

তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবনা নোল্লুকপগা লোয়ননা চঙশিল্লক্লুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা শামু থক্তগী লেঙথরকপদা থৌগল তৌরে। তেখাওগী সিংহাসনদা লেংশিনবীনবা হায়জরে। তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরনা অঙম অথৌ পাত্র মন্ত্রিগা লোয়ননা কার্ত্তা মহারাজদা খুরুমজরগা ভক্ত ওইবা মণিপুরগী নিংথৌনা জয় ওইরে হায়দুনা "জয় সিংহ" হায়বা মিংথোল পীদুনা ইকাইখুম্নবা উৎখি।

কার্ত্তা মহারাজনা তেখাওদা শামু ফাবগী মতাং অসি বাংলা লোন্দা ইদুনা ফোংবা শ্রীগৌরাঙ্গ সুন্দর হায়বা লাইরিক্তা অমসুং শ্রীরাজকুমার স্নাহল সিংহনা ইবা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ হায়বা লাইরিক অদুদসু ইরি।

মদুদগী খঙবদি ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদা শামু ফাবগী থৌদোক অসি খৃ: ১৭৬৩-৬৪ দা থোকখিবনি হায়। চৈথারোল কুম্বাবদা মসিগী মতাংদা ইরমদ্রগসু মসি খৃ: ১৭৬৫-৬৬ তা ওইরম্বা য়াই হায়না লৌবা য়াবগী মরম লৈ। ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাওদা লৈশ্রবা তুংদা শক ১৬৮৭ (খৃ: ১৭৬৫) দা মহারাণী অখা অমসুং মচাইবুংঙোশিং ময়াংদা চঙই হায়বসি কুম্বাবদগী খঙই। অমুক্তা শক ১৬৮৯ (খৃ: ১৭৬৭) বামোন হরিনন্দগী কুমদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বদি তেখাওদগী লান্মী ৮০,০০০ লোয়ননা মণিপুরদা থোরকপগী ৱাফমসু চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙই। কার্ত্তা মহারাজনা ফারিবা শামুগী মতাংদা রাজকুমার সনাহলনা ইবা সংজালদগী খঙই। (৫)

---

*(৫) ভাগ্যচন্দ্রনা শামু ফাবগী মতাংদা তোঙান তোঙানবা মত কয়া লৈ। মণিপুরী পণ্ডিতশিংনা অসুম্না হায় মদুদি তেখাও শামু অঙাওবনি হায়রিবসি, মমাংদৈ মণিপুরগী নিংথৌ গরীবনিৱাজ সনা হাতক্তগী লৈরকপা "রাজবল্লভ" কৌবা শামুদুনি।*

*"শক১৬৮৬ (খৃ: ১৭৬৪) দা অৱা লান্দা লৈবাক কায়রবদা শেম্নবিনবা লৈতবদগী তাকয়েল লমফেলদা লৈবা শামু শঙ নংত্রগা পুখাওদা লৈবা শামু থমফমদগী নাম্বোক্তুনা*

খৃ: ১৭৬৭ তদি তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবনা কার্ত্তাদা মতেং পীদুনা অৱাবু মায়থিবা পীবা ঙমখি। অমুক হন্না কার্ত্তানা মণিপুরগী নিংথৌ খুভম হনজিনখি। নিংথৌনা শঙাইথেলদা কোনুং শেমদুনা লৈবাক ঙাকপা হৌখি। খৃ: ১৭৬৮ গী শজিবু থাদা অমুক নিংথৌনা শঙাইপ্রৌদা কোনুং হোংই। লালদা মতেং পাংবীরকখিবগী তৌবীমল খঙবা উৎতুনা কার্ত্তা মহারাজনা ময়াম্বুং গৌরশ্যামগী মচাইবেম্মা শীজ ফোংদলোকপী (কুরঙ্গনয়নী) বু তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরদা থাজদুনা ঙাইশেন ওইবগী মরী থমখি। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না হায় "মৈদিংঙু মরাম্বগী মচা শীজ ফোংদলোকপী তেখাও লৈমবু ইবুংশীজ খ্বাইরাকপা মচা বীরমনিনা হাওবম বিষ্ণুরাম, লোকতোংবা কৈরুংবা অহুমক্না চিংনা লৈমা থিনবা চৎলে। লংমাইথেম কিয়োংগী কুম শক ১৬৯১। ইবুংশীজ বীরমনি তেখাও লৈমা থিল্লুবা থুংলৈএ। তেখাও নিংথৌনা শামু ৬ পীরকএ। মহারাজসু চজিংদা হোংএ"। লা: ১২৫।

নিংথৌ মচানুপী শীজ ফোংদলোকপীবু শজি মিৎতা তাবী, মশক মতৌ চংখোনবীনি হায়দুনা তেখাওনা কুরঙ্গনয়নী মিংথোলখি। কুরঙ্গনয়নীদি আসামগী ইতিহাসতা চাউনা মফম কন্দুনা লৈরি। মহাক্কী মথৌনা মরৌশিংনা য়েক্লবগী মখুত্তা তাম্রগদবা তেখাওগী সিংহাসনবু কনবা ঙমখিবনি।

কার্ত্তা মহারাজনা চজিংদা কোনুং শেমদুনা লৈবাক সাশন তৌরিঙৈ খৃ: ১৭৬৯ দা অৱানা অমুক হন্না লান্দারকখি। লাম্মী মতিক চাদবদগী মৈতৈ

---

*অৱাংলোমদা পংচং চংখিদুনা মতম অদুগী তেখাও নিংথৌগী কোনুং সিবসাগর মনাক্তা লৈবা রঙ্গপুর য়ৌখিবনি। য়ুমশা ওইবনিনা তেখাও মচাশিংনা ফাদুনা তেখাও নিংথৌগী শামু ওইদুনা লৈখিবনি।*

*শামু হায়বা শাসি চহি ২০০ হেন্না পুনশিবনি। হায়রিবা শামুসিনা গরীবনিৱাজগী মতমদগী লৈবনা কার্ত্তাবু মানা মশক খঙই অমসুং শামুগী মনম খঙবগী পাঙ্গলনা কার্ত্তাবু মশক খঙদুনা কার্ত্তাবু উবদা অঙাওবদু তেবনি।"* *শংজাল, রাজকুমার সনাহল সিংহ*

*শিংজমৈ ময়েংবম লৈকাই, ১৯৭০, লামায় ১০২*

*শামু ফাবদা লাইনা ফাবনি হায়বসি বিজ্ঞানগী যুগ সিদদি চুনবা য়াৎলি। রা: কু: সনাহলগী মত অসি অইবীনা শৌগৎলি।*

নিংথৌনাময়াং লৈবাক্তা চেন্দুনা লৈখি। মদুদা হাওবম কেবীরামনা লৈবাক ঙাক্তুনা লৈখি। খৃ: ১৭৭০ দা কার্ত্তাগী মনাওইবুংঙো ভবানন্দনা অৱাগী মতেং লৌদুনা মণিপুরদা লান্দারকখি। লান্দা কৈবিরাম্না শিরবদা ভবানন্দনা মনাওইবুংঙো কোকিলানন্দবু নিংথৌ ওইহল্লগা মহাক মশাদি অৱা লৈবাক্তা লৈখি।

মতমদুদা কার্ত্তা মহারাজনা ময়াং লৈবাক্তগী লাল তারকই। কোকিলানন্দনা ময়াম্বুংদা নিংথৌ খুভম শিন্নরে। কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা অমুক মণিপুরগী নিংথৌ ওইদুনা মতম খর লৈরে। অদুবু অৱানা অমুক হন্না খৃ: ১৭৭২ দা মণিপুরদা লান্দারকখি। কার্ত্তানা তেখাওদা লাঞ্জেন্দুনা লৈখি। মতমদুদা পুম্রম্বমচা ৱাংখৈ বিনোদ্রামনা অৱাগী মখা পোন্না ৱাংখৈ লৈকাইদা কোনুং ওইদুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাকতুনা লৈখি। মতাংদুদা কার্ত্তানা তখেলদগী থোরক্তুনা লোইবী চীংশাংদা তাবা চীংমী ময়াম খোমলগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকই । লাল ঙমদুনা কার্ত্তা মহারাজনা খৃ: ১৭৭৫ গী ফাইরেন ১৯নি পানবা থাংজ নুমিত্তা লম্মাংদোংদা কোনুং শেমদুনা লৈবাক ঙাকপা হৌখি। নিংথৌনা লম্মাংদোংদা কোনুং শেমদুনা লৈবগী মরমদি লম্মাংদোং চীংথক্তা লৈরগা য়েক্লবশিংনা লান্দারকপদা হান্না লানওং শেমশাবা ওইথোক্কনি হায়বগীনি। ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং ওইরম্বগী খুদম খরা ঙসিসু সি. আই. কোলেজ মনাক্তুদা লৈরি।

মতৌ অসুম্না মতাং মতম য়েংদুনা মথৌনা মরিংজেন শীজিন্নদুনা, মীচং খোমদুনা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা হন্না হন্না অৱা তেঙ্গোলগা লাম্হেংনরগা মরৈবাকপু য়েক্লবগী মখুৎতগী কনখি। লম্মাংদোংদা কোনুং শেমদুনা লৈঙাক সাশন তৌরগা মতুংদদি লৈবাক্কী ইরাং খর নেমথরকখি। লৈবাক্কী চাওখৎনবগীদমক শেমগৎ শাগৎপগী থবক কয়া লৌখৎপা হৌরকখি।

মতম কুইনা পাঙথোকপা ঙমদনা লৈরক্লবা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগী থবক্তু পাঙথোক্লবা শেমশাবা হৌরকখি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌবগী নুংশিগ্রবা ৱারী লৈ। ৱারী অদু শমলপ্না অহুমশুবা পন্দুপতা থমজরি।

॥০॥

# শ্রী গোবিন্দজী নিরূপন তৌরম্বা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দগী ধারাগী হৌরকফম



# শ্রী পঞ্চযুক্তা চীংথংখোম্বা (ভাগ্যচন্দ্র)




Source : Sangai Phammang Sangei Salairol - Published by Manipur State Kala Akademi

# অহুমশুবা পন্দুপ

মণিপুর তম্পাক্কী নোংপোক মায়কৈদা কিলোমিটর ১৪ রোম চৎলগা লৈরিবা লাংমাইজিং কৌবা চীংমচা অদুগী খা পাংনা হাইথখিবা চীংশাং নাপোম অদুবু কাইনা চীং হায়রগা খঙনৈ। মমাংঙৈদি লাখায় ফান্দোং চীং হায়না খঙনরম্মী। মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনদি ভাম্মুখ পবর্বত হায়নসু কৌনৈ। চীংশাং নাপোম অদুদা হৌবা থৈবোং পাম্বী অমদগী মণিপুরগী শ্রীগোবিন্দ মূর্ত্তি শাখিবনি। মগুণ লৈরবা থৈবোং পাম্বী অদু করম্না হৌরকপনো হায়বগী মতাংদা য়াম্না নুংশিত্রবা ৱারী অমা লৈ।

পাঙন্বম শাগেগী নুপা অমনা নোংমগী নুমিৎতা লাইদা কৎচগে নিঙদুনা থৈবোং অমা খোকই। মদুদা মরূ অনীদমক য়াওরল্লে। নুপাদুনা মরূ অনীদু চফু অমদা হাপ্লগা ফুঙ্গা লাইরুদা থমদুনা মপুক্লিংদা লাইবু খুরুমজরে। মতম খরগী তুংদদি মরু অমদি মতোল চোংলে। মতোল থোকলবা থৈবোং অদুবু নুপাদুনা কাইনা চীংগী নোংপোকথংবা চীংমায়গী মফম অমদা থাজিনখি। মতমগী ঈচেল মতুংইন্না থৈবোং পাম্বী অমা ফজনা হৌরকখি। ঈশ্বরগী কৃপানা থৈবোং পাম্বীদু মশা মরেং ফল্লদুনা অউবগী পূক্লিং চিংশিনবা নীংথিজরবা উপাল অমা ওইরকখি।

থৈবোং পাম্বী হৌরিবা মফম অদুদগী মখাথংবা মায়কৈদা লৈবা লিসমলোক হায়বা খুল অদুদা লৈবী তাংখুল নুপী অমদি চীংদুদা পাম য়ানবা হেক হেক চৎলি। মহাক্না পাম য়ানবা চৎপদুদা মশক মতৌ নুংশিত্রবা নুপামচা অমা, কদোমদগী কদায়দগী লাকপনো, খঙদে হেক হেক থেংনরমই। নুপামচা

অদুগী নুংশিরবা শক্তম অদুনা চীংমী নুপী অহল অদুবু পুমশুম শুমহৎখি। নুপামচা অদুনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকলগা অহল ওইরবী নুপী অদুদা ওইনরে। মহাক চাদ থক্তনা মফম অদুদা লৈবা কুইরে, অরাম খৌরাংবনা শিগদৌরে হায়দুনা নুপী অদুনা পুরক্লিবা চয়োমদু খরা চাগে হায়রে। নুপী অদুনা চয়োম থোক্লদুনা নুপামচা অদুদা উন্নবা খুদিং হেক হেক পীজে। অসুম্না তৌবদা নুপামচা অদুগা হনুবী অদুগগী মরক্তা নুংশিবগী তৎন থানবা য়াদবা মরী অমনা পুনশিনখ্রে। নুপামচা অদুগী শুমহৎয়াই চেনবা মতৌদা চীংমী নুপী অহল ওইরবীদু নুংশিবনা পুমঙাও ঙাওখি। মাগীদমক চয়োম পুদুনা হনুবীদুনা নুমিৎ খুদিং মফম অদু তানা চৎলি। নুমিৎ খুদিং নুপামচাদুদা চয়োম থোক্তুনা পীজে।

অহল ওইরবী নুপী অদুগা নুপামচা অদুগা লোয়নরিবা মতৌদু পাঙন্বম ওমা কৌবা নুপা অমনা উরদুনা নিংথৌদা পাউদমলুরে। সোমদনা নিংথৌগী মণ্ডলান্দা শ্রীগোবিন্দনা দর্শন পীবীদুনা মনাইদা নীংশিংবীরমলে- "কার্ত্তা, নহাকপু ঙাইদুনা কাইনা চীংদা ঐহাক চাদ থক্তনা লৈবা কুইরে। হৌজিক্তি নরৈপাক হঞ্জিল্লে। নহাক্কী খুদোংথিবা মতম লোয়শিনখ্রে। নহাক্কা হায়নখিবা ৱাফমদু কাওরব্রা ?"

মণ্ডলানগী ৱাফম্মু নীংশিংবনে, ওমানা তম্লরিবা পাউদুগা তাবনে কার্ত্তা মহারাজদু মরাল লৈরবা মী অমগুম মশাদা ফাওখি। নিংথৌনা অঙম অথৌ, পাত্র মন্ত্রি পূম্বা কৌখৎতুনা ৱা তান্নরে। ময়াম্না ৱারেপ্লবা মতুং ইন্না কাইনা চীংদা থৈবোং পাম্বী থিবা চৎলমই। (৬)

মফম অদু য়ৌরবদা চীংমী নুপী অদু কোইথি থিরদুনা মণ্ডোন্দা মাগা উন্নখিবা নুপা মচা অদুগী মরম হংলে। অহল ওইরবী নুপী অদুনা তাকপা

---

*(৬) ৱাইরংবা আনন্দরামগী কুমদি শক ১৬৯৭ ... লমতা থা য়ুমশকৈশানা হল্লে। অদুগী নুমিৎতা কাইনাদা থৈবোং য়েংবা চৎলে। কাইনাদা পাঙনবমবু অৱা অনা কোকপীখিয়ে।*

*চৈথারোল কুম্বাবা, লামায় ১২৯*





মতুং ইন্না থিবদা নুপামচা অদুবু মফম অদুদা ফংবা ঙমদ্রে। ময়াম [illegible] মফম কদায়দা থৈবোং পাম্বী হৌবগে হায়না মায়কৈ চাইনা থিরমই। কোন্ন[illegible]দা শমজি খাইবা লম্বী অমদা চাউশাংলবা লাইওইরবা থৈবোং পাম্বী অমা হৌরিবদু মখোয়না থেংনরে। কার্ত্তা মহারাজনদি থৈবোং পাম্বী অদু শ্রী গোবিন্দমকনি হায়না খুরুমজরমই। মদুগী মতুংদা খুম্বোং সিদ্ধান্তনা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা থৈবোং পাম্বী অদু য়ান্নবা লেপ্লরে। য়াইফরবা নুমিৎ লমতা থাগী সংক্রান্তি ১৬, থাবাননা ২২ নি পানবা যুমশকৈশগী অয়ুক্তা, নুমিৎ তরং তরং হুন্দোরকপা তাঞ্জাদা, হৌনবী মতুং ইন্না পুজা কৎলগা পাঙম্বম ওমা সিংহনা থৈবোংদা থাঙ থারমই। অদুবু অঙকপনি! থাঙফম অদুদগী ঈনা অতৎপা লৈতনা শিন্থরকখি।

ওইরিবা মতৌ অদুগী মরমদা নিংথৌনা অখঙ অহে পণ্ডিতশিংগা ৱা তান্নরে। মখোয়গী পাউতাক মতুং ইন্না খুম্বোং সিদ্ধান্ত ভাসপতি ভাস্কর শর্ম্মা অনীগনা থৈবোং পাম্বীদু মরু য়াওনা ফুকলে। প্রজা মীয়াম চংনা ফুকলবা উপাম্বীদু চীঙ্গোল লান্না চিংদুনা পুথোরক্লে। অদুগী তুংদা লিশম লোক্তা থাদরে। উ অদুবু মতৌ করম্না নিংথৌগী কোনুং তান্না পুগদগে হায়না ময়াম্না খন্ন-নৈনরমই। ময়াম্না খন্ন-নৈনবা মফম অদুবু খন্নরোক হায়না খঙনখি। খন্নরবা তুংদা উ অদু লংদুম শন্ত্রোক ফাওদুনা ঈরিল তুরেল মরিলদা থাদদুনা ঈশিং লম্বীদা পুরকখি। ঈশিং মরিলদা পুরম্বদগী লিলোং য়ৌগদবা খরা ৱাৎলিঙৈদা থৈবোং পাম্বীদু ঈশিংদা লুপথখরে। মীয়াম চঙদুনা উপাম্বীদু চিংখৎনবা হোৎনরে। ঈরুপ্পা হৈবা মীনা উদু চিংখৎনবা হোৎনবদসু মচী লেঙবা ঙমখিদ্রে। সনাকোনুংদগী শামু পুরক্তুনা উপাম্বীদু চিংখৎনবা হোৎনবদসু মায়থিরে।

শগোল তোংবা পাউমীনা নিংথৌগী মফমদা ৱারম পুম্বা হঙ্গৎলুরে। পাউ অদু ফংবদা কার্ত্তা মহারাজনা থীন্দনা মফম অদুদা থুনমক লেঙলকখি। ৱায়েনবম ওজানা সংকীর্ত্তণ শক্তুনা ব্রাহ্মণনা হৈরুক পানা কৎতুনা আরতি কৎলে। নিংথৌনা দণ্ডবৎ তৌদুনা ভক্তি কৎচরে। অদুগী তুংদা উদু চিংদুনা

তুরেল মরিলদা পুরকখি। উনা লুপখিবা মফম অদুবু উরূপ, আরতি কৎখিবা মফম অদুবুনা (আরপ্তি) হায়না খঙনখ্রে। ওসিদি উরূপ অমসুং আরপ্তি লমদম লমনুংশিবু শ্রীগোবিন্দনা লেংশিন্বীরবদগী শেংলবা তীর্থ মফম অমা ওইহৌরে।

তুরেল মরিলদা থৈবোং চিংদুনা পুরক্লগা তুরেল অচৌবা অমদি ঈরিল তুরেল অনী তিন্নফম য়ৌরে। লিলোং য়ৌরবদা লৈশাং হিদেনদা উদু লৌখৎলে। অদুদগী লাংথবাল য়ৌরবদা মীয়াম্না হৈজিং, হৈরাং, লৈশু কৎতুনা খুরুমজরে। মফমদু হৌজিক্তি হৈজিগাং কৈথেল হায়না মিংথোন্দুনা কৈথেল অমা শেমগৎতুনা মণিপুর ইউনিভরসিটিগী মমাঙ লম্বী ৱাংমগীদা লৈরে।

মফমদুদগী লাংথবাল চীংথক্তা উদু চীংখৎতুনা কংহন্নবা চহী ১ থম্লে। থৈবোং কংলে হায়বা পাউ নিংথৌনা ফংলবদা খুৎহৈবা শাপম লোখোনবু কৌদুনা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শাহনখি। *

---

* *শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগী মতাংদা মত খেন্নবা লৈ। মত অমদি কাঞ্চিপুর (লাংথবাল) দনি হায়। অসুম্না হায়রিবগী মরমদি শক ১৬৯৮ গী শজিবু থা পানখৎলকপদা কার্ত্তা মহারাজনা মবুধৌ গবীরনিবাজনা লাংথবাল চীংথক্তা শারম্বা সনা সঙ্গাইদুবু শেমজিল্লগা কোনুং হোংজিনদুনা লৈখ্রে। অদুনা লাংথবাল কোনুংদা লাই শাই অসিনি।*

*অতোপ্পা মত অমদুনা লমাংদোংদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌই হায়। মসিবু শৌগৎলিবনা হৌজিক লমাংদোংদা লৈরিবা গোবিন্দ লিকলম, থাঙমৈ ফুমফম, শাপম পুখ্রিনচিংবা অসিনা লমাংদোংদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌখি হায়বগী প্রমানশিং ওইরি। গোবিন্দ লিকলম হায়বসি মূর্ত্তি শানবগী উ হিদা পুরকখিবা ঈশিং লম্বীদুনি।*

*থাঙমৈ ফুমফম হায়বসিনা উগী হিদোক্লবা মকু অদু খোঙনা খুৎনা শোক্কনি হায়বগী ফুমজিনখিবা মফমদুনি। খোঙনা খুৎনা শোক্কনি হায়বগীদমক থাংমৈ ফুমফমদু হৈরাংগোই পাম্বীনা কোয়শিন্দুনা থমই। হৈরাংগোই পাম্বী অমদি হৌজিকসু হৌরি। শাপম পুখ্রি হায়বসি শাপম লোখোননা লাই শাবদা মদুদগী ঈশিং শীজিন্নবা লমাংদোং কোনুংগী মনাক্তা লৈরিবা পুখ্রিনি। অসিগী মতাংদা অইবীনা মাগী লাইরিক খুরোই হাওরা লমলাংতোদা কুপ্না নৈনখ্রে। লমাংদোংদা নিরূপণ তৌরগা অভিষেকনা লাংথবালদা ওইবা তাই।- যামিনী।*

## শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা

কাইনা চীংদা হৌবা থৈবোং পাম্বীনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌখি। নিংথৌনা খুৎহৈবা শাপম লোখোন সিংহবু কৌদুনা থৈবোং অদুনা মূর্ত্তি শাহনখি। চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না হায় - " হৈস্নাম খুঙমগী কুমদি শক ১৬৯৮ হিয়াঙ্গৈ থা শগোলসেন্না হলএ। ১২নি ঈরাই নুমিৎকী অয়ুক য়ুথক মতুং পুং ১ চঙলকপা নিংথৌকাবগী ক্ষেন মেহেন্দ্রিগী ক্ষেনদা শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌএ।"

শ্রীগোবিন্দ নির্পণ কৌবা লাইরিক্তা শ্রীগোবিন্দ শাবগী মতাংদা অসুম্না ইরি -" হৈস্নাম খোংঙমগী কুম শক ১৬৯৮ হিয়াঙ্গৈ ১২নি পানবা ঈরাই নুমিৎতা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা মহা-রাজনা সনা য়াথং তাকপিবা মতুং ইন্না ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহ পাৎচহনবনা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শাইএ।... শ্রীগো-



শ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি

বিন্দগী জীবন্যাস লৌইরবদা ব্রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাৎচহনবদা সনা

খুজি, ইরিন ৱাংমা শামাং লাইরৌদা লৌ পরি ৭, নাই ফুঙ্গা ১, ইরোই ১, শগোল ১ অসি পীএ।” (৭)

## রাসেশ্বরীগী নিরূপণ

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবদা রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তিদি য়াওদে। শ্রী গোবিন্দ নিরূপন তৌদুনা অভিষেক তৌবদা রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি য়াওদবনা রাজর্ষিগী মচাইবেম্মা লক্ষ্মীপ্রিয়ানা শ্রীমতি রাধিকাগী মহুৎ শিন্দুনা শরুক য়াখি। অদুগী তুংদা রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবনি। অদুগী মতাংদা অসুম্না হায়নৈ -

রাসেশ্বরীগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবদা হন্না-হন্না হোৎনরবদসু ওইবা য়াখিদ্রে। থৱায় ৱারবা কার্ত্তা নিংথৌনা পণ্ডিতশিং পাত্র মন্ত্রি কৌখৎতুনা মদুগী মতাংদা খন্নরে। মদুদা শরুক য়াখিবশিংদি বাচস্পতি ভাস্কর শর্ম্মা, খুম্বোং সিদ্ধান্তনচিংবনি। ময়াম্না খন্নরগা য়ানখিবদি মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা শ্রী গোবিন্দদা মথৱায় হকচাং কথোক্কুনা রাধিকা ওইনা লৈখ্রবনা মাগী মহুৎ শিনবা মূর্ত্তি পুথোকপা য়াদবনি হায়বসিনি। মচাইবেম্মা বিম্বাবতীগী খুৎকী খুজিল তরা, খোঙগী খুজিল তরা, শম অমগা হাপ্লগা ধাতুনা হৈরবদি য়াগনি হায়না লেপ্লরে। অদুগী মতুং ইন্না ধাতুনা হৈরবদা মূর্ত্তিদু ওইখি।

---

*(৭) শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শাবসি কনানা শাবনো হায়বসিগী মতাংদা হায়নৈ। ৱাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম সিংহনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মঙদা উখিবা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তিদু নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না য়েকথোকখিবনি। য়েকথোক্লবা মূর্ত্তি অদুগী মতুংইন্না খুৎহৈবা শ্রী সাপম লোখোন সিংহনা থৈবোংদগী মূর্ত্তি শাবা ওইবা তাই - অসুম্না শ্রী রাজকুমার সনাহল গুনেশ্বরনা মণিপুর শ্রী গোবিন্দ নির্পণ লামাই ৬৯ দা ফোংদোকলিবা অসি অচুম্বা ওইগনি হায়না থল্লি। মরমদি গোপীরামনা পাৎচহনবনি, লোখোননা খুৎহৈবনি। কাইনাদগী থৈবোংদুনা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শারগা অতৈ উ মতুপশিংনা অতৈ লাই ৬ অমসু শাই। লাইশিং অসিগী শকতম, খুৎশারোল লোয়না মাম্নে। অতৈ লাইশিং শাবদা খুৎহৈবা লোখোনগী মিং চৈম্নে। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণগী মতাংদদি ৱাংখৈ পণ্ডিতকী মীংয়েং মথাদা শাপম লোখোননা শাবা ওইগনি।*

- অইবী

নিংথৌরোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি - "রাসেশ্বরী নিরূপণ তৌবদি ক্ষেত্রি পনেম, নন্দসিংহ কোনসবা, চক্রপানি কোনসবা, অনিন্দ্রাম কোনসবা, খেলেম্বা কোনসবা, হাওজৌ কোনসবা, শামুরোক কোনসবা, য়োইমা তরেৎমা অসিনা শাইএ ... মখোয় তরেৎমদা লৌ পরি অহুম অহুম, নাই অমমম, ইরোই অমমম পিএ।"

## কাইনগী থৈবোংনা শাখিবা মূর্ত্তিশিং :

শ্রী গোবিন্দবু নিরূপণ তৌবা থৈবোং পাম্বী অদুদগী অতোপ্পা মূর্ত্তি ৬ অমগসু নিরূপন তৌখি। মূর্ত্তিশিং অদুদি - শগোলবন্দদা লাৎলিবা শ্রী বিজয় গোবিন্দ, অরাম্বম লৈকাইদা লাৎলিবা শ্রী নিত্যানন্দ প্রভূ, উরিপোক্তা লাৎলম্বা হৌজিক্না ওইনাম থিংঙেলদা লাৎলিবা শ্রী মদন মোহন, নবদ্বীপতা লাৎলিবা শ্রী অনুপ্রভূ, নিংথৌখোংদা লাৎিলবা শ্রী গোপীনাথ, লমাংদোংদা লাৎলিবা শ্রী অদ্বৈত প্রভূনি।

### শ্রীবিজয় গোবিন্দ নিরূপণ:

অহানবা উকক্না শাবা মূর্ত্তি অদু কার্ত্তা মহারাজনা মঙলান্দা উখিবা মূর্ত্তি অদুগা নিনবা খর খেন্নরে হায়দুনা অনীশুবা মককনা শাবা মূর্ত্তিনা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তিনি। অহানবা শাবা মূর্ত্তি অদুনা বিজয় গোবিন্দনি। মূর্ত্তি অদু শকাব্দ ১৭০১ গী হিয়াঙ্গৈগী ১২ নি পানবদা নিংথৌগী মতোন ইবুংঙো অনন্ত শাই মস্ত্রিনা সেবা ফংজখি। নুমিৎ অসিদা লাংথবাল সনা কোনুংদগী মূর্ত্তি অসি লেঙলক্লগা শগোলবন্দদা মন্দির শাদুনা লৈরিবদুদা লেঙশিনখি।



শ্রীবিজয়গোবিন্দ রাসেশ্বরী

মন্দিরদা শ্রীবিজয়গোবিন্দনা লেঙশিন্দ্রিবৈঁগী মমাঙদা থাঙ্গপাৎতা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম কূম্মৈ পাঙথোকই। তুংদা মন্দিরদা লেঙশিল্লগা অদুদগী সেবা চৎখিবনি। ঙসিসু মন্ত্রিময়ুম শাগৈগী মচামশু শিংনা শ্রী বিজয় গোবিন্দগী সেবাদা শ্রী গোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা, পবর্বদিনগী থৌগল কূম্মৈ পূম্নমক্কা মান্ননা সেবা চৎলি।

## হৈক্রু হিদোংবা (শ্রী বিজয় গোবিন্দনা হি তোংবা) :

হৈক্রু হিদোংবা হায়বসিদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাঙদা মণিপুরদা পানখিবা মৈদিংঙু ইরেংবগী (৯৮৪-১০৭৪) মতমদগী লৈরক্লবা মৈতৈ নাৎকী হরাও কূম্মৈ অমনি হায়বসি লমলেন সাকোক কৌবা পুয়াদগী খঙবা ঙমই। মসিদি সনামহী পাখংববু ঈরাৎ থৌনীজবগা মরী লৈননা পাঙথোক্লরম্বনি। কূম্মৈ অসি পাঙথোক্লবগী অকক্লবা নুমিৎ অমা লৈরমদে। লৈবাক নিংথৌনা লেপ্লনবা মতুংইন্না অফবা নুমিৎ অমদা পাঙথোক্লরম্বনি।

মৈদিংঙু ইরেংবগী মতমদগীনা মৈদিংঙু মরাম্বা (গৌরশ্যাম) গী মতম ফাওবদি হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসি খর পাঙথোক, খর পাঙথোকত তৌদুনা লাকখি। অদুবু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মতোল ইবুংঙো নোংপোক লৈরিখোম্বা (আনন্তশাই) গা, অখণ্ড অহৈশিংগা তান্নরগা শ্রীবিজয় গোবিন্দবু সেবা চৎপা হৌবা নুমিৎ অদুদা হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসি পাঙথোক্নুনা শ্রী বিজয় গোবিন্দগী থৌগল কূম্মৈ ওইহনখি।

মথংগী চহীদগী হৌনা লাংবন থাগী ১১নি পানবা চহী অমগী ময়াইদা লৈবা নুমিৎ অসিদা থৌরম অসি চহী খুদিংগী ওইনা পাঙথোকপা হায়না লেপ্লখি। অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা কূম্মৈ অসি লেপ্তুনা পাঙথোকলক্লি। তৌবগীদি মৈদিংঙু ইরেংবগী মতমদা পাঙথোকলম্বা কূম্মৈ অসিগী মওংদা হোংদোক হোংজিন, হাপতোক হাপচিন তৌরকখি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈগী অরিবা নাৎকী ওইবা মশক কয়াগা লোয়ননা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ওইবা আজা পুজা, হৈকৎ লৈকৎ, সংকীর্ত্তন, মোইবুং খোঙবনচিংবা হাপচিল্লগা

শ্রীবিজয়গোবিন্দনা হিদা লেঙশিল্লগা আরতি কৎতুনা সেবা তৌদুনা পাংথোকই।

হৈক্রু হিদোংবদা পাঙথোকলিবা মরু ওইবা থৌরমদি মীৎকী কুম্মৈ ওইবা হি তান্নবনি। হি তান্নদ্রিঙৈদা খাবক লাকপা হি অমদা শ্রীবিজয়গোবিন্দনা লেংখৎলগা বিজয়গোবিন্দগী থাঙ্গপাৎকী হিদেন খুদিংদা হি হোন্দুনা



হি খাবক লাকপদা শ্রীবিজয় গোবিন্দ লেংশিনবা

লেঙই। মসিবু লাই লময়েংবা হায়না খঙনৈ। লাই লময়েংবা চখরিঙৈদা হিদেন খুদিংদা শ্রীবিজয়গোবিন্দদা হৈরুক পানা, লৈশু কৎতুনা, আরতি ওক্নুনা মীয়ামনা খুরুমজে। থৌরম অসি লোইরগা হি খাবক অদু নোংপোক চীংখৈ পাংবদা হি থাংই। মতাংদুদা হি তেংমাই লেপকদবশিংনা হিগা শঙদগী হি হোল্লকুগা লাইদা অথেনপোৎ কৎলি। ঙহাক পোখাদুনা শেমশারবা মতুংদা হিদু হিথাংফম ফাওবা হোন্থরগা হি তান্নৈ। মসিনি ময়াম্না য়েংনরিবা হৈক্রু হিদোংবগী মপাম্ভোংগী ওইবা কুম্মৈ। অদুবু কুম্মৈ অসিগী নুংগী ওইবা লাইগী সেবাগী ওইবা অকুপ্পা থৌরম কয়া অমসু লৈরি।



হৈক্রু হিদোংবগী হিয়াং তান্নবা

হি তান্নগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈগী অঙনবা অয়ুক্তা হি তেংমাই লেপকদৌরিবা অনীনা তেংনৌ ঙান্থক মনুংদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হাপ্লগা শ্রী বিজয় গোবিন্দদা কৎকনি। মসিদি তাইবং মীনা হিয়াই পুন্নমক্কী মপুবু মালেম অসিগী মপুবু খঙজরে হায়দুনা খুরুমজবনি। অরিবা মৈতৈগী নাৎকী লাইনিং থৌনিগী মশকনি।

হি তান্নগদবা নুমিৎ অদুদনা হৈক্রু ১০৮ গী পরেং লেংগনি। পরেংদু লেংবদা হৈক্রু অমমমগী মরক্তা হুপ মতোন অমমমনা খনগনি। ফৌ মরুদগী খুৎনা খোকপা চেঙ মচং ১০৮ গী পরেং অমসু লেংগনি। পরেং অনীদু শ্রীবিজয়গোবিন্দদা কৎলগা তান্নগদৌরিবা হি অনীদুগী হিরুবাক্তা অমমম শিবীগনি। করম্বা হিদা করম্বা পরেং শিগদগে হায়বদুদি নুমিৎ অদুদা পণ্ডিতশিংনা লেপ্পী।

চেঙ পরেং লাইদা কৎপদুগী নুংগী ব্রাহম্লোকতি তাইবং মপুনা পীরিবা চিঞ্জাক অদু মপু মঙোন্দা অমুক কৎচবনি। হৈক্রু পরেং অদুনা তাইবংমীগী হকচাংনুংদা লৈবা হিয়াই অদুগী শক্তম উখোকপনি। মসিগা লোয়ননা মৈতৈগী

নাৎকী ফিজেৎ ফিজোলসু হিরোইশিংনা শীজিন্নে। খুদম ওইনা, হি তান্নবগী তেংমাই লেপ্পা চংশাবা অনী, লৌরুংবা অনীদি নিঙ্খম শেৎলি, শমজিন চিল্লি। অতৈ হিরোইশিং অদুনা মাগী মাগী হিরূপকী হিরোই মশক খঙননবা তোঙান তোঙানবা মচুগী ফিনা কোকয়েৎ তোকলোক য়েৎলি। হি তান্নবগী অথোইবসি কনানো হায়না লাউথোকপদা হৈক্রু পরেং শিবনা থোয়রে নত্রগা চেঙ পরেং শিবনা থোইরে অসুম্না লাউথোকনৈ। চেঙনা থোয়বগী নৎত্রগা হৈক্রুনা থোইবগী অফ ফত্ত ফল করিনো হায়বদুনা পণ্ডিতশিংনা লেপ্পী।

শ্রীবিজয়গোবিন্দগী থৌগল সেবা ওইনা চখরক্লিবা হৈক্রু হিদোংবগী মতাংদা লৈবাক প্রজা পুন্না য়ান্নখিবা ব্রাফম অমদি কূম্মে অসি পাঙথোকত্রিমখৈ চহী অদুগী হৈক্রু চাবা য়াদে, তৌহৈদে হায়না চখরক্লিবা অসিনি। কূম্মে অসিদা লৈবাক প্রজা হুপ্না শরুক য়াবনা মী অসুকী মতিক য়াম্না তিল্লি। নুমিৎ অসিদা মতম কুইনা উনদ্রবা মী অদু ফাওবা উনবগী তাঞ্জা অদু ফংবগী ফজখ্রবা পাউরৌ অমা লৈ মদুদি হিয়াং য়েংলিঙৈদা তুম্বাগী শেল থৌরকই হায়বসিনি। নুংঙাইবা ফোংদোকপগী প্রমান্দা হায়নৈ - হিয়াংকূম্মেদু মঙায়রে। হৈক্রু হিদোংবগী থৌরম অসিনা নাৎকী ওইবা কূম্মে অমা ওইবত নত্তনা জাৎ বিজাৎ, ধর্ম্ম খেন্নবা লৈতনা মীপুম খুদিংনা শরুক য়াদুনা মরুপ মপাং ওইবগী, মচিন মনাও ওইবগী নুংশি চান্নবা হেনগৎহল্লি।

## শ্রীবিজয়গোবিন্দগী হলঙ্কার (লাই কৈথেল কাবা):

চহী খূদিংগী লমতা থাগী কুননি পানবদা শ্রীবিজয়গোবিন্দগী অগ্রদা হলঙ্কার থৌরম পাওঁথোকই। মসিদি মমাংঙৈ মৈদিংঙু নোংদা লাইরেল পাখঙবা (খৃ: ৩৩- ১৫৪), মৈদিংঙু তাউথিংমাং (খৃ: ২৬৪ - ৩৬৪) গী মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা নীংথিনা চখরম্বা লাই কৈথেল কাবগী থৌরমগসু খুৎশম্নরবা থৌরম অমনি। লাই কৈথেল কাবা থৌরমদি অরিবা চহীবু খোপচাল্লগা অনৌবা চহীবু ওকপা, লৈবাক্কী য়াইফনবা চাকহোং ঙাহোংনবা পাঙথোকপনি। লমতাগী কুননি পানবদা খ্বাই নুংজেং পিবানা কোনবা লমগী

মনুংদা লৈবা কংলৈখোল পাখংবগী য়াথোকফম কুমজা লাকয়েন তাইনফমদা হৌনবী মতুং ইন্না ঈরাৎথৌনি পাঙথোকপনি। মমাঙথৈদা লাইনুরাশিংনা পোৎচৈ য়োল্লগা মদুদগী লাই অমসুং তাইবং মীনা অচা অথক পোৎ চৈ লৈরগা চাকচা হৈজানবগী থৌরম অদু তম্নদুনা তাইবঙ মীনা মহুৎ শিন্দুনা হলঙ্কার নুমিৎতা শ্রীবিজয় গোবিন্দগীদা পাঙথোকই। থায়নগী লাই কৈথেল কাবা থৌরমদু লাইমাঙদা লাইগী কবোক হৈবোক থমদুনা কৎতুনা পীকশিল্লবা মওংদা পাঙথোকলি।



শ্রীবিজয়গোবিন্দ হোলি পালা

থৌরম অসিগা লোয়ননা পাঙথোকলিবা হলঙ্কারগী থৌরমদি ওম্থোকনা ফজখ্রবা মীয়াম পুন্না পাঙথোকমিন্নবা ঈশৈ সংকীর্ত্তনগী থৌরম অসিনি। বাজাই বেঙ্গুনগা লোয়ননা হোলি দল কয়ানা থৌগল তৌরদুনা শগোলদা শ্রীগোবিন্দদগী বিষ্ণু লেঙলকই। অঙম অথৌনা চোঙ শেকপিন অমসুং গারোৎ থৌগল য়াওনা পূম্নমক্লা শ্রী বিজয় গোবিন্দগী অগ্র য়ৌরকই। সোমদা শ্রীবিজয়গোবিন্দগী পালানা ধোন ধোলক, পুং করতালগা লোয়ননা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শক্লদুনা বিষ্ণুবু ওকই।

শ্রীগোবিন্দগীদা য়াওশং নুমিৎ ৫নি চুপ্পা সেবা তৌরুবা মশিং ১০০গী মথক্তা লৈরিবা মণিপুরগী নুপা হোলি পালা অমসুং নুপী হোলি পালা পুম্নমক নুমিৎ অসিদদি শ্রীবিজয়গোবিন্দদা থৌগল তৌরে। সংকীর্ত্তন য়াওগদবা পালাশিং, লাই খুরুম্বা লাকপশিং, কৃষ্মে য়েংবা লাকপশিং, নহা অহল পাখণ্ড লৈশাবী অঙাং য়াম্না মীনা চিংনা চাইনবা ঙমদে। ঈশৈ শকলিবা, ধোল, ধোলক য়ৈরিবা ফিরাল, চাই, জয়পত্র পাইদুনা হাইরিবা য়েংবদা পুক্নীং শুমহৎপা মালেমগী অতৈ মফমদা উবা ফংদবা কৃষ্মেনি।

হলঙ্কার থৌরম অসিদা শ্রীগোবিন্দ অমসুং শ্রীবিজয়গোবিন্দ য়াওনা হোলি শান্নবনি হায়না লৌনদুনা মীয়াম্না অঙম অথৌশিংগা লোয়ননা সেবা ফংবগী ফজখ্রবা ব্রাখল য়াওরি। শ্রী গোবিন্দগী সনা পালানা নন্দগ্রামগী কাংবু শারদুনা শ্রী বিজয় গোবিন্দগী ব্রজমাই পালানা বরিশালগী শ্রীমতি রাধিকাগী লোয়নবী শারদুনা হোলি শান্নবা, অবের তৈনবা, লক্লবা মদুদা ব্রজমাইশিংনা ব্রজগোপশিংদা চৈনা কনবা অসিনচিংবা অসি দান্স দ্রামাগী মওংদা শ্রীবিজয় গোবিন্দগী হলঙ্কারদা পাঙথোকই। থৌরম অসি খৃ: ১৭৭৯ গী লমতাগী ২০নি পানবদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা চথুরক্লিবনি, চহী ২২৬ শুরক্লবনি। মসি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগা মতোন ইবুংঙো মন্ত্রি পুন্সিবা আনন্তশাই নোংপোক লৈরিখোম্বগা তান্নদুনা শ্রীবিজয়গোবিন্দগী সেবাগীদমক মৈতৈগী হান্না লৈরম্বা লাইনীং লম্বীদগী খর লৌখৎলগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী রাধাকৃষ্ণগী হোলি লীলা অনী পুনশিনলগা শেম্বা থৌরম অমনি। (৮)

শ্রীবিজয়গোবিন্দগী হলঙ্কার অসিদি চুম্নগী ধর্ম্মগী থৌরম ওইবতা নত্তে। অচৌ পিশক খায়দনা মীপুম খৃদিংনা শরুক য়াবা শান্তিগী পাওজেল পুবা অব্রা মৈশা লাংবা কাউথোকহনবা, পূক্লিংবু ঈংথহনবা তপথহনবা শ্রীবিজয় গোবিন্দ নিরূপণগা মরী লৈনবা থৌরম অমনি।

(৮) *রাজকুমার হিরন্যম্না সিংহ "লাই কৈথেল কাবা" বিজয় গোবিন্দ সেবাইট কমিতি, ইম্ফাল।*



শ্রীবিজয়গোবিন্দ হলঙ্কারদা শরুক য়ারিবী ব্রজামাইশিং

শ্রীগোপীনাথ নিরূপণ :

শ্রীবিজয়গোবিন্দ অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ লোইখ্রবা তুংদা শ্রীগোপীনাথগী নিরুপণ তৌবনি। থৈবোং পাম্বী অদুবু মূর্ত্তি শাবদা য়াগদবা মতুপশিং কক্লবা কার্ত্তা মহারাজনা খুৎহৈবশিংদা য়াথং পীরে। অদুগী মতুং ইন্না পাদম থাদুনা মকক ককলে। থৈবোংগী মরু মকোক অদুদি খুৎলাই থাবদা মৈ হৌরদুনা মূর্ত্তি শাবদা অপনবা ওইরে। অতে মককশিংদুনা মূর্ত্তি অতৈ মথং মথং শাখি। থৈবোংগী মকক অমনা শ্রীগোপীনাথ নিরূপণ তৌখি। কার্ত্তা মহারাজগী মচাইবুংঙো পুররাজনা* শ্রীগোপীনাথকী সেবা ফংজখি।

মচাইবুংঙো অসি য়াওম্বম চনু কেশরীনা পোকপনি। মচাইবুংঙো অসি ফংবা মতাংসি খৃ: ১৭৭২ দা কার্ত্তানা তেখাও লৈবাক্তগী থোরক্লগা লোইবী চীংশাংদগী চীংমী খোম্লগা মণিপুরদা লান্দারকপগী মতম মতাং

* মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্রনা য়াওম্বম চনু পামদুনা মচাইবুংঙো পুররাজ পোকই। 'পুররাজ' হায়বগী মহুৎতা কুম্বাবা লাইরিক খরদা 'ইবুংশি যুবরাজ'' হায়না ই। '' চৈথারোল কুম্বাবা লা: ১৪১

অদুদনি। চীংমী লাম্মী খোম্ন-বগীদমক কার্ত্তানা লোইবী হাওগী মশক লৌদুনা ফিজোল শেৎলগা খুৎতা তা পায়দুনা চীংলোন লান্না মৈতৈ লৈবাক্তা য়ৌরকখি। চীংলোন মাপল লান্দুনা লাকপদা মহাক্না লম্বীদা থেংনবা খুলশিংদা চঙলগা খুল্লাকপশিংগা উন্নদুনা ৱারী কয়া শান্নরমই। মসিগী খোঙচৎ অসিদা লম্মাংদোং কৈথেল য়ৌরকখি। লৈবাক্কী করি ফিভম ওইরিবগে হায়বা খঙনবা



শ্রীগোপীনাথকী মূর্ত্তি

কৈথেল ফম্বী ইমাশিংগা ৱারী ৱাতায় শান্নে। নিংথৌখোং য়ৌনা লাক্লুনা মাগা ৱামিন্নরকখিবা খুম্বোংচন্দ্রমনি, মনাওনিপা নন্দলাল অনীগী খোঙগুল লীদুনা লাঞ্জেনফম থিরকখি। মখোয় অনীবু থিবা ফংদ্রবদা হনুবী লুখ্রাবী অমনা য়োকচবী নিংথৌখোং নিংঙোল কেশোরীগী য়ুমদা কার্ত্তানা খুল লানবা হাওবা শাদুনা নুমিৎ মঙানি লৈরমই। য়াঙম্বম চনু কেশোরীনা কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রবু সেবা নীংথিনা তৌবদা পেল্লদুনা মাগী অশেংবা মশক তাক্লগা কেশোরীবু রানী ওইনা লৌশিনখি। মহাক্না মচাইবুংঙো অমা ফংজখি। মচাইবুংঙোদু কালারাজ মিংথোল ফংখিবা পুররাজনি। মাগী অতোপ্পা মমিংদি ইবুংশি যুবরাজ কৌই। শ্রীগোপীনাথজীবু মচাইবুংঙো পুররাজ অমসুং মমাঁইবেম্মা য়াঙম্বম চনুনা হায়জবদগী সেবা ফংখিবনি। হৌজিক নিংথৌখোংদা লেঙশিন্দুনা লৈরিবা শ্রীগোপীনাথ ইবুংঙোসি হান্নদি ক্বাসিফাইদা লৈবা কোনুং লৈকাই হায়না খঙনবা মফম অসিদা লাৎলমই। ক্বাসিফাইগী কোনুং পুখ্রি হৌজিকসু লৈরি।

## শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূগী নিরূপণ:



শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূগী মূর্ত্তি

শকাব্দ ১৭১৬ (খৃ: ১৭৯৪) থোকচোম কাইবগী কুম, লমদা থাগী পুর্ণিমা, শগোলশেল নুমিৎতা শ্রী নিত্যানন্দ প্রভূগী নিরূপন তৌই। মূর্ত্তি অসি থৈবোং পাম্বীগী মরিশুবা মককনা শাবনি। থা ১০গী তুংদা শকাব্দ ১৭১৭ (খৃ: ১৭৯৫) লাইরেঞ্জম গঙ্গারামগী কুম ব্রাকচিংগী ১৩নি পানবা নোংমাইজিংদা জীবন্যাস কৎলগা শ্রী গোবিন্দগী মন্দিরদা শ্রীগোবিন্দগা পূন্না সেবা চৎখিবনি।

মতুংদা কার্ত্তা মহারাজগী মচাইবেম্মা প্রেমাবতী অরাম্বম তাম্রধজ, মেঞ্জরদা ওংবীনা মপাবুং মহারাজদা হায়জদুনা শকাব্দ ১৭১৯ (খৃ: ১৭৯৭) দা শ্রীনিত্যানন্দগী সেবা ফংজখি। অরাম্বম মেঞ্জরগী ইংখোলদা লাইশঙ মাগুব শাদুনা লাইগী সেবাগীদমক লৌ ইংখোল য়াওনা কৎলগা নিত্যানন্দ প্রভূবু অরাম্বমদা সেবা ফংহনখি। ঙসিসু প্রভূগী সেবা অরাম্বম শাগৈগী মচা মশুনা ফংলি।

## শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূগী চেঙ হোঙবা :

শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূগী সেবা চৎপা অসিদা রাজর্ষিনা অখণ্ড অহৈ তান্নরগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী পূজা লাংজা লোয়ননা থায়নদগী চৎনরকপা সনামহি লাইনীং লাইশোল, নাৎকী চৎনবী মথেল অমা হাপচিল্লগা নিত্যানন্দ প্রভূগী চেঙ

হোংবা থৌরমসু পাঙথোকই। অসুম্না কলচর অনীগী সিম্থেসিস ওইনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লমদমসিদা খুদোল তমলমই।

থৌরমদু পাঙথোকপগী মওংদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতনা লাইগী পুখ্রিদগী মন্ত্র শোন্দুনা বিষ্ণু লৌখৎলগা শ্রী গোবিন্দগী গারোৎ লোয়শঙগী অঙম অথৌ ফম্নাইবশিংনা চোঙ, সেকপিন, থাঙ, চুঙ্গোইনা থৌগল্লদুনা, পালাশিংনা সংকীর্ত্তন শকতুনা শগোলদা বিষ্ণু লেঙলকলগা মন্দির পরিক্রমা তৌবা লোয়রগা আরতি কৎলি। মীয়াম্না লাইমাঙদা চেঙ হৈ। মতৌ করম্না চেঙ হৈবগী থৌরমসি শ্রী নিত্যানন্দ প্রভূগীদা পাংথোকলিবনো হায়বসিগী মতাংদা রাজকুমার সনাহল সিংহ গুনেশ্বরনা ইবা "মণিপুর গোবিন্দ নির্পণ (মৈতৈ পুরানগী ব্রা) হায়না মিংথোনবা লাইরিক্কগী খঙবদি - সনামহীনা কার্ত্তা মহারাজগী মঙলান্দা লাক্কুনা - "ঐগী মূর্ত্তি অমা সেবা চৎলু চহী খুদিংগী ঐগী চেঙ হৈবা কাউগনু" অসুম্না তাকপিরমই হায়।

কার্ত্তা মহারাজনা কাইনাগী থৈবোংগী মকক লৈরিবা অদুদগী নিত্যানন্দ প্রভূগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌরগা মঙলান্দা তাকপিরম্বা মতুংইন্না কাংপোকপীগী ( হৌজিক্কী ম্যুনিসিপালিতি অফিস ওইরিবা মফম) লতাকুতি মনাদা পক্কুনা লৈরম্বা বীজ ব্রহ্মবু লৌরগা বীজ মন্ত্রগা লোয়ননা মূর্ত্তিগী খোইদৌদা চন্দুনা জীবন্যাস তৌখি হায়রি। চেঙ হোঙবা, চেঙ হৈবা থৌরমসু অদুদগী হৌনা ঙসি ফাওবদা নিত্যানন্দ প্রভূগীদা চত্থরি।

অরাম্বম তাম্রধজ মেঞ্জরগী ইংখোলদা লাইশঙ মন্দির শাদুনা লাইগী সেবাগীদমক লৌ ইস্থোল কৎলগা অরাম্বমদা নিত্যানন্দ প্রভূগী সেবা শিন্নখি। অদুদগী মীয়াম্না ইবুংঙো অসিবু অরাম্বম নিত্যানন্দ হায়না খঙনখি।

নিত্যানন্দ প্রভূনা হান্না লেঙশিল্লম্বা মফমদি হৌজিক্কী ম্যুনিসিপালিতি অফিস লৈরিবা মফম অসিদনি । মফম অসি অরাম্বম লৈকাই কৌরমই। খৃ: ১৮৯১ গী খোংজোম লাল মতুংদা এপ্রিল ২৭ তগী মণিপুরবু বৃটিশনা খুদুম চনশিনখ্রে। খৃ: ১৮৯২ দা কংলাগী অকোয়বদা লৈরিবা লমশিং

খোপচিন্দুনা বৃটিশ রিজার্ব ওইনা শেমগৎলবদা নিত্যানন্দ প্রভূনা হৌজিক লেঙশিল্লিবা মফম অসিদা হোংলকখিবনি হায়না পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা মত পী।

মমাংঙৈ অৱা লানগায়বদা মণিপুরদা চহী তরেৎ খুন্তাকলবদা, মণিপুরদা সেবা চৎতুনা লৈরম্বা দেবতাশিংগী মূর্ত্তিশিং মীরমদা থৈদুনা থমখি। অদুবু অরাম্বম নিত্যানন্দ প্রভূদি কংলাগী থাঙ্গপাৎতা ঈশিংদা লোৎতুনা থনম্মী। লাল হল্লক্লগা প্রভূগী মূর্ত্তি থাঙ্গাপাৎতগী ফংবা ঙমখি। মফমদু ঙসিসু নিত্যাইপাৎ চুথেক হায়না খঙনরি। (মণিপুর দেবালয় গ্রন্থ)।

## শ্রীমদনমোহনগী নিরূপণ:

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবুংঙো লাবন্যচন্দ্রনা মপাবুং মহারাজদা মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবীয়ু, মদু সেবা চৎচগে হায়বদগী থৈবোংগী মঙাশুবা মককনা মূর্ত্তি অমা নিরূপণ তৌই। মদু শ্রী মদন মোহননি। নিরূপণ তৌবগী মতমদু কার্ত্তা মহারাজনা লাংথবাল (কাঞ্চিপুর) দগী কোন্থৌজম য়ুমফমদা (হৌজিক রাজভবন লৈরিবা মফম) কোনুং হোংলবা মতম শকাব্দ ১৭১৮-১৯ গী মতাংদা ওইগনি হায়না অখণ্ড অহৈনা মত পীনৈ। লাবন্যচন্দ্রনা



শ্রীমদন মোহনগী মূর্ত্তি

যুবরাজ ওইরিঙৈদা সেবা ফংখিবনি। মূর্ত্তি অসি ঙসিসু ঙইন'ম থিংঙেলদা লাবন্যচন্দ্রগী ধার মচা মশুনা সেবা চৎলি। অহানবদদি উরিপোক অচোম লৈকাইদা সেবা চৎলম্বনি।

থিজিনবদগী খঙবদি শ্রীমদনমোহনদেব হায়না খঙনবা ধাতুগী মূর্ত্তি অমসু মথুরাদগী লেঙথোরক্তুনা কোংবা কৈথেলদগী ইরিলবুং তাবা লম্বীদা হঙোইবম চুরা কৌবা ব্রাহ্মন অমনা সেবা চৎতুনা লৈ। হায়রিবা মূর্ত্তি অসিদি কাইনাগী থৈবোংনা নিরূপণ তৌবা নেত্তে। শ্রীমদনমোহনদেবসি য়াম্না মগুণ চাউবা, মমিং চৎপা দেবতানি। লাই অসিগী মিংদগী লৌদুনা মন্দির লৈরিবা কোংবগী মফম অদুবু মদন মোহন হায়না মীয়াম্না খঙনখি (হঙোই চুড়াসু কৌনৈ)। ঙসিসু মফম অসিদা হঙোইবম শাগৈগী ব্রাহ্মনশিংনা সেবা চৎতুনা শ্রীমদনমোহনদেবনা ঙাম্থোইদুনা লৈরি।

## শ্রীঅনু প্রভূগী নিরূপণ:

থৈবোংগী তরুকশুবা মককনা নিরূপণ তৌবা মূর্ত্তিসি শ্রীঅনু প্রভূনি। শিজ লাইওইবীনা মপাবুং মহারাজদা হায়জদুনা মূর্ত্তি অসি নিরূপণ তৌবনি। মসিগী মরমদি রাজর্ষিনা তীর্থ লেঙবদা শিজ লাইওইবীনা মপাবুংগী তুং ইঞ্জনিংবদগীনি। অমরোমদা, শিজ লাই ওইবীনা শ্রী গোবিন্দগী সেবাসু কায়নিংদে। শ্রীগোবিন্দগী য়াথং লৌরগা গৌরচন্দ্র প্রভূগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌদুনা মাগী মবুংঙোনি শ্রীগোবিন্দমকনি নীংজদুনা মদুবু সেবা চৎতুনা নবদ্বীপতা মীব্রা মীশা তাদনা পুন্সি লেনবা পামজবদগীনি। মূর্ত্তি অসিবু মচাইবেম্মা অনুরূপা (শিজ লাইওইবী) গী মিংদগী লৌদুনা অনু প্রভূ থোল্লি। শ্রীঅনু প্রভূ নিরূপণ তৌবদা ওইথংবা পাদনা ভঙ্গি ওইবা, অনু প্রভূ মিংথোনবা



শ্রীঅনুপ্রভূগী মূর্ত্তি

অসি, মচা ইবেম্মা শিজ লাইওইবীনা মপাবুং রাজর্ষিদা হায়জবদগীনি। মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থগী মতুংইন্নদি শ্রীগোবিন্দগী অনু মতিদগী নিরূপণ তৌবনি হায়বদগী অনু প্রভূ মিংথোলখি হায়নবসু লৈ। কার্ত্তা মহারাজনা শকাব্দ ১৭২০ (খৃ: ১৭৯৮) দা তীর্থ লেংবদা শিজ লাইওইবীনা শ্রীঅনু প্রভূ লোয়ননা শরুক য়াই। শ্রী ধাম নবদ্বীপতা শিজ লাইওইবীনা শ্রী অনু প্রভূগী সেবা চৎতুনা লৈখি।

## শ্রীআদ্বৈত প্রভূগী নিরূপণ:

খৃ: ১৭৯৮ দা রাজর্ষি ভাগ্রচন্দ্রনা তীর্থ লেঙবদা লমাংদোং (বিষ্ণুপুর) দা নোংমা পল্লি। রাজর্ষিগী মঙলান্দা তাকপিরম্বনি হায়। অদুগী মতুং ইন্না থৈবোংগী মরু মকোক অদুনা শ্রী আদ্বৈত প্রভুগী মূর্ত্তি নিরূপন তৌখি। ঈশ্বরগী কৃপানা ওইবা তাই - অহানবদা মূর্ত্তি শানবগীদমক হোৎনবদা খুৎলাই থাবা য়াখিদবনি। অদুবু মরু মকক অদুনা শ্রী আদ্বৈতগী মূর্ত্তি শাবদা অপনবা লৈখিদে। মূর্ত্তি অদু নিরূপণ তৌবগা লোয়ননা লাইশঙ, মাগুব শাদুনা লমাংদোংদা শ্রীআদ্বৈতগী সেবা চৎতুনা কার্ত্তা মহারাজনা থা ৩ লৈথখিরমই । লাইশঙ মন্দির অদু ভাগ্যচন্দ্রনা কোনুং ওইরম্বা মফম, হৌজিকনা কোলেজ লৈরিবা মফম অসিদনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা জাতিশ্বরী রত্ন মঞ্জুরীনা মকোক চিংদুনা প্রভূগী মাঙদা জগোই রাস



লমাংদোং শ্রীআদ্বৈত প্রভূ

কৎলমই। ভাগ্যচন্দ্রগী গুরু প্রেমানন্দ শর্ম্মগী মচাইবুংঙো শ্রীধর্ম্মেশ্বরদা মচাইবেম্মা জাতিশ্বরী থাজদুনা ময়ানুপাদা শ্রীআদ্বৈত প্রভূগী সেবাগীদমক লৌচা, ইংখোলনচিংবা পীদুনা শিন্নরম্লগা, রাজর্ষিনা নবদ্বীপ ধাম য়ৌখি। হৌজিক ফাওবদা শ্রীআদ্বৈত প্রভূগী সেবা ধর্ম্মেশ্বর শর্ম্মগী ধার চত্থরি।

## শ্রীবংশিবদন অমসুং শ্রীগৌররায় প্রভূগী নিরূপণ:

কাইনাগী থৈবোং পাম্বী অদুগী মশা অনীনসু মূর্ত্তি অনী নিরূপণ তৌই। অমনা শ্রীবংশিবদন হায়না মিংথোন্দুনা কার্ত্তা। মহারাজগী অচানবা মনাইদা খাংঙবোক্তা সেবা ফংহনখি। অতোপ্পা মূর্ত্তি অমনা গৌররায় প্রভূ নি। গৌররায় প্রভূগী মূর্ত্তি অসি কৈশামথোং সেগা লম্বীদা, কার্ত্তা শাগৈগী মচামশুশিংনা সেবা চৎতুনা হৌজিকসু লৈরি।



শ্রীগৌররায় প্রভূ

## মণিপুরদা মূর্ত্তি কলাগী চেন্থরক্লিবা ঈচেল:

শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শাবগী মতাংদা খুৎহৈবা কনানা শাবনো হায়বসিগী মরমদা গোপীরাম পাৎচহনবননি, শাপম লোখোননি হায়না মত খেন্নবগী ৱাফম লৈখ্রে। মদুনা মূর্ত্তি শাবগী কলাগী মরমদা ৱাহং খর থোরকই মদুদি

মণিপুরদা মূর্ত্তি কলা অসি হৈবা মী ইরৈ লৈতবরা ? কলা অসি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি শাবা অসিদগী হৌবরা ? মমাংঙৈদদি করম্বা ফিভমদা লৈরম্বগে অসিনচিংবা।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী হাকতক্তা শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তিনা উনা, রাসেশ্বরীগীনা ধাতুনা শাখিবা অসিগী মমাঙদগী হৌনা মণিপুরদা মূর্ত্তি কলা অসি য়াম্না চাওখৎলবনি হায়বগী খুদম কয়া উবা ফংই। মণিপুরগী অরিবা লাইরিক খরদগী খঙবদি মণিপুরদা লাইগী মূর্ত্তি শাবা, হকপা অসি নোংদা লাইরেল পাখংবনা পানবা খৃ:৩৩ গী মমাঙদগী হৌনা লৈরে হায়বসিনি। (৮)

## তম্পাক্কী মফম খরদা হৌজিকসু লাৎনরিবা নুংনা শাবা মূর্ত্তিশিং :

অরিবম লাইরেম্বী, ফুরাইলাৎপম লাইরেম্বী, মহাবলি হনুমান ঠাকুর,(৯) কালিমাই, নরসিংহ দেব, দূর্গাগী মূর্ত্তিশিং অসিদি মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭- ১৬৫২) গী মতমদা শাখিবগী প্রমান ফংই। য়াঙদৌবা য়াঙদৌবীগী মূর্ত্তিসি খৃষ্টগী মমাঙদগী লৈরবা উনা শাবনি। মতুংদা ধাতুনা শাখি।

*(৮) থিরেল কাংবলোল হায়বা লাইরিক্তগী খঙবদি খৃষ্টগী মমাঙদা পাল্লম্বা মণিপুরগী নিংথৌ কাংবগী মতমদা য়ারোই চীংদা নুংগী মূর্ত্তি লাৎলি অসিনি।*

*অগুনবা মতমদা নুঙদগী হকতুনা লাই শারম্বগী প্রমান অমদি কোম্বৌজম ইংখোল হায়না খঙনরম্বা হৌজিক রাজভবন ওইরিবা মফম অসিগী চিদাইদা মপাল কাংজেবুং তাবা লম্বী মনাক্তা য়ুংলিবা মূর্ত্তি খর হকপা নুংপাক অসিসু অমনি।*

*(৯) হনুমান ঠাকুরগী মূর্ত্তি শাবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি- "শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫১ ইঙা থাদি থাগুজনা হল্লে। ১৬ নি লাংমাইচিংদা সনা কৈথেলদা য়ুংবা নুংবু হনুমানগী মূর্ত্তি শান্নবা মোংবা হনবা তানা চিংশিল্লে।*

*মৈতৈ ময়েক্লা ইবা কুম্বাবদনা অসুম্না ই - "মোংপা হনপা উমংতী কোম্নংফি মখা থংনা লৈএ। খুনতিনে, উমং অতুতী লাইফমনে। মফম অতুতা য়োংনা লাম্লুপ কারিএ। নুমিৎ খুতিং চাক থোংদুনা পীচএ। মহাবলিসুঙ লৈএ"।*

*চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী মতমদা মোংবহনবদা উমংলাই ৯ খোমগৎলগা ফুমখি - লামায় ৮৭।*

মূর্ত্তি কলাগী ঈচেল অসি মথং মথং চেন্থরক্তুনা মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ (১৭৩৯- ১৭৪৮) গী মতমদা পাকথোক চাউথোরকখি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী (১৭৬৩- ১৭৯৮) মতমদদি য়াম্না মপুং মরৈ ফারে।

মরম অদুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা শ্রী গোবিন্দ, রাসেশ্বরী, বিজয় গোবিন্দনচিংবা মূর্ত্তি শাবা অসি অনৌবা ওইনা খল্লুনিংঙাই ওইদে। অদুগীসু মথক্তা রাধা কৃষ্ণগী মূর্ত্তি শাদুনা লাৎপা অসিসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মমাঙদগী চরাইরোংবা মহারাজ (১৬১৭- ১৭০৯) গী মতমদগী হৌখ্রবনি। শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌদ্রিঙৈদা রাজর্ষিগী ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা রাধারমন লাৎলমই।

ময়াম্বুং গৌরশ্যাম লৈখিদ্রবদা মাগী ইবেম্মা য়াংঙশ্বী লৈমখুবীনা শ্রী রাধারমনবু পুদুনা বৃন্দাবনদা চৎখি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙই। মসিনা তাকপদি রাধা কৃষ্ণগী মূর্ত্তিসি মণিপুরদা ভাগ্যাচন্দ্রগী মমাঙদা হান্না লাৎনরম্লে হায়বসিনি। মৈদিংঙু পামহৈবা (গরীবনিৱাজ) গী মতমদগী মণিপুরদা কৃষ্ণ লাৎপা হৌখিবনি। অদুবু মূর্ত্তিশিং অদুদি মণিপুরগী মপান্দগী পুশিল্লকপা ধাতুনা শাবনি। হায়রিবা মূর্ত্তি অসি হৌজিকসু ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপানদা চরাইরোংবগী হাকতক্তা শারম্বা কৃষ্ণ মন্দিরদা লাত্তুনা লৈরি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা লাৎপা মূর্ত্তিদি মণিপুরগী খুৎহৈবনা মৈতৈগী তোপ তোপ্পা শক্তম অমদা উনা শাবনি। রাজর্ষিনা গোবিন্দ নিরূপণ তৌবদা বৃন্দাবন্দা লাৎনবা কৃষ্ণগী শক্তম অদুগা মান্নহন্দে। কল্পনাগী মতেংনা শ্রী কৃষ্ণগী ভঙ্গি, ফীজেৎ লৈতেং পূম্নমক মৈতৈগী হান্নগী লৈজরম্বা কলা কৃষ্টি পূম্নমক্কী মচং অদু লৌখৎলগা মচল চানা শেমজিন শাজিন্দুনা পূক্লিংদা মূর্ত্তি পানখৎহল্লগা পাচহনবা গোপীরামদা য়েকথোকহল্লগা খুৎহৈবা শাপম লোখোননা অতৈ খুৎহৈবা কলাকারশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি শাখিবনি।

মণিপুরগী মী পূম্নমক্না খঙনবা উনা শাবা চঙখোনবা মূর্ত্তিদি শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তি অসিনি। নিংথৌগী লাই ওইবনে, খুৎশা হৈবা মশক

নাইৰনা ফজনা শাবা মূর্ত্তি ওইবনে শ্রীগোবিন্দগী মূর্ত্তিসি থোইদোক্লা পুক্নিং হুনীংঙাইনি।

মণিপুরগী লাইশাবা কলাকারশিং অসিনা পুথোকপা মূর্ত্তিশিং অসিগী শক্তমসি তোপ তোপই। খুৎনাইবা মৈতৈশিংনা "নবতাল" হায়বা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না শাবনি। হকচাং কয়াৎ শকফমদি মৈতৈনি (হাওবম শ্যামসুন্দরগী মত মতুং ইন্না)। অমুকসু মহাক্না হায়রি - "মণিপুরদা খৃষ্টগী ১৮ শুবা শতাব্দী অসিৰাইদা শারম্বা মূর্ত্তিশিংদি রাধা কৃষ্ণ, বলদেবনচিংবনি। মূর্ত্তিশিং অসি শাবগী নিয়মদি বৃহৎতন্ত্র শাস্ত্র, মৎষ্যপুরান, কালী তন্ত্র লাইরিকশিং অসিদা ইরম্বা মতুং ইন্না শাই। লাইরিকশিং অসিনা হায় মদুদি লাৎতুনা সেবা চৎতুনা লৈগদবা মূর্ত্তিদি শাস্ত্রগী নিয়ম ক[illegible] য়াদে - অদুগা নোংমা নিনি লাৎলগা ঈশিংদা থাদখিগদবা (সরস্বতি, বিশ্বকর্ম্মা, দূর্গাগুম্বা) মূর্ত্তিদি খুৎহৈবনা ফজৈ হায়না নীংবা মওংদা শাবা য়াই। অদুদগী অমুক্কসু হায়রি মদুদি মন্দির অমদা মীয়াম্না খুরুম্নবা আরতিনচিংবা তৌগদবা লাইদি ফুট ৩ লোমদগী তাদনা ৱাংনা শাগদবনি অমসুং ইমুং- মনুংদা লাৎলগা খুরুমজগদবা লাইদি মীগী খুৎতুম অমা চাওক্লা ইঞ্চি ৪ রোম চাউনা শাগদবনি।"(১০)

মণিপুরদা মূর্ত্তি শাবগী শিনশারোল টেকনিকতি খুৎহৈবা অদুনা উ অদুদা শাগদৌরিবা শক্তম অদু হান্না য়েকথোকই। অদুদগী হাঙমৈ খুদোংনা অয়েকপা মপা অদুদা হক্লগা শেমই অদুগী তুংদা মূর্ত্তিদু অশৌবা ঈশিংদা ফুৎলি। মদু তৌবগী মরমদি মূর্ত্তিদু শারবা তুংদা চেকখাইরক্তনবগীদমকনি। শুম চাদনবা অমসুং তীন্না চীক্তনবা শীজিন্নবা পাম্বৈ অমদি শম্বীনা লৈবূং শারগা মনুংদা মূর্ত্তিদু হাপচিন্দুনা চহী অমা অদুম্না থম্বা অসিনি।

---

*(১০) "খুৎহৈবদুদি ৱাংখৈ গোপীরমননি। গোবিন্দ শাবা থৈবোং পাম্বীদুনা শাখিবা বিজয় গোবিন্দ, নিত্যানন্দ, গোপীনাথ, অনু প্রভূ, মদন মোহন, আদ্বৈত প্রভূ লাইশিং অসি মশক, মওং অমসুং শাথেক য়েংলগা খুৎহৈবা অমনা নত্রগা মহাক্কী মিৎয়েং মখাদা খুৎহৈবা ৩/৪ না শাবনি হায়বসি খঙই।" হাওবম শ্যামসুন্দর সিংহ।*

অদুগী তুংদা মূর্ত্তি অদুগী মথক থংবা লৈরোলদা হৈবুং মহী শুম্লগা তৈশিল্লি। মদুগী মথং তাবদি মূর্ত্তিদুগী মমিৎ হাপ্পনি। মদুবু "নয়ন চনবা" হায়না খঙনৈ। মদুগীদমক মোইবুংগী মচেৎ অমা লৌরগা নীংথিনা ইৎলগা মেক্রুক্কা কেরোসিনগা য়ানশিন্নদুনা শেন্নগা মদুনা নপশিন্দুনা মিৎ হাপই। য়াংঙু হায়বা পাম্বী অদুদগী থাউ শুংলগা শোক তৌরগা অপাম্বা মচুগা য়ান্নরগা হকচাংদা তৈ। খুদম ওইনা শ্রীগোবিন্দগী কুচুনা নোংগী মচু (শংবান্নবা) রাধারানীগীনা নাপু মচু য়ানশিন্দুনা অঙ্গরাগ তৌই। (১১)

উনা মূর্ত্তি শাবদা হৈশিংবা অদুগুম্না ধাতুনা শাবদসু মণিপুরগী মূর্ত্তি কলাগী খুৎহৈবশিং অসি থোইনা হন্থবা নত্তে। মণিপুরগী অরিবা লাইরিক-মশিন, ফমলোন, লোয়ুম্বা শিলয়েননচিংবদগী খঙবদি ধাতুনা পোৎচৈ হৈদুনা শাবা অসি অঙনবা মতমদগী লৈরে হায়বসিনি।

কুনশুবা সতাব্দীদদি মণিপুরদা পিথ্রাইনা অমসুং শেঞ্জেংনা হৈদুনা, ব্রাসনা শাদুনা লাই কয়া লৈরে। উমংলাইগী কোমায়শিং খুদম ওইনা "লাইখুরেম্বী" খুরখুলগী লাইরেম্বা লাইরেম্বীনচিংবা অসি মণিপুরগী খুৎ হৈবনা শাবনি। মসিদা শীজিন্নরিবা টেকনিকতি মৈতৈগী খুজি পোপচাউবী শাবদা শীজিন্নরিবা ধাতু অদুগী মনুংদা নুংথঙনা ফুরগা মপাললোমদা তোংথোরকপা ময়েক থোকহনবা অদুনি। শীজিন্নরিবা কোনচাকনা কোরীগা জিঙ্কগা য়ান্নবা ব্রাস হায়বসিনি। ব্রাসনা শাবা মূর্ত্তি খরসু মণিপুরদা লৈরি। মদু হিন্দুগী লাইশাবগী নিয়ম কায়হন্দুনা শাবনি।

মণিপুরদা Sandstone না মূর্ত্তি শাবসু তৌরমই। মন্দিরদা হনুমান, গরুড় থোঙশঙবা ওইনবা থম্নবসি মণিপুরদা শাবনি। মণিপুরদা বিষ্ণুপুরগী থোংজাউরোক্তা Sandstone মরাঙ কায়না ফংবনা মূর্ত্তি শাবগী পোৎচাক লায়না ফংই । ২০শুবা শতাব্দীদা সাহেবশিংনা মণিপুরদগী ফংবা

*(১১) Vide: 45 days Workshop of Traditional Manipur Sculptors-Souvenir by the Manipur State Museum - 2003.*

Sandstone না সার জেম্‌স জোনষ্টোনগী মূর্তি শাখি। মদু হৌজিকসু জোনষ্টোন হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা খিল্লি।

জাপান লাল মতুংদা cement না মণিপুরদা মূর্তি শাবা হৌরে। সার চুরাচান্দসিংহগী চুরাচান্দ হায়র সেকেন্দরি স্কুলদা লৈরিবা মূর্তি অমসুং রাজা দুম্ব্রা সিংহ হায়র সেকেন্দরিদা লৈরিবা রাজা দুম্ব্রা সিংহগী মূর্তি সিমেন্টনা পোৎচাক ওইরগা মৈতৈ খুৎহৈবনা শাবনি।

অসুম্না মূর্তি কলাগী ঈচেল অসি মণিপুরদা চেন্থরকখি। হৌজিক্তি মণিপুরদা আর্ট কলেজ লৈরদুনা মদুদা Terra Cota গী থবক তৌরে। প্লাষ্টর অফ পেরিসনা অমসুং অতৈ পোৎলম কয়ানা মূর্তি শাবগী থবক চথরে।

।।০।।



উমং লাইগী মূর্তি

# শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা লোয়ননা ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরগী কলা কৃষ্টি শেমগৎলকপা

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা বিষ্ণুপুরদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরগা লংথবালদা পুরকলগা অভিষেক তৌরে। মহাকনা মশাবু অমসুং নিংথৌগী সিংহাসনবু শ্রীগোবিন্দদা কথোকলগা মহাক মশানা সেবারী অমা ওইনা লৈবাক্কী থবক থৌরম পূন্নমক পাঙথোকখি। লৈবাক্কী নিংথৌদা উৎপা ব্যবহার অদুমক শ্রীগোবিন্দ লেঙথোকপদা চোঙ, শেকপিন, থাঙ, তা পায়বা গারোট লোয়শঙগী মীশিংনা থৌগল তৌই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌরগা ধর্ম্মগী মিংদা লাই লাৎপা অদুতমক নত্তে। শ্রীগোবিন্দনা সুমেরু ওইরগা মণিপুরগী কলা, সংস্কৃতি পূন্নমক মাগী অকোয়বদা লয়না লয়না শেমগৎলকই। নিরূপণ তৌবগা লোয়ননা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী লমদা অওনবা অমা পুরকখি। অখণ্ড অহৈশিংনা হায়নবা - লমদম অমগী সাহিত্য, কলা, পুন্সিরোলদা লাইনীং লম্বীনা মায়ওন অমা ওলহল্লি হায়বদুমক রাজর্ষি ভাগ্যাচন্দ্রনা অচুম্বা ওইহল্লকই। মহাক্না মখল মখলগী জগোই, ঈশৈ, নীতি নিয়ম, কলাকার কয়াসু মথং মথং শেমগৎলকই। মসিগা লোয়ননা লোয়শঙ কয়ামরুম লিংখৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা নীংথিনা পাঙথোক্লবা শেমলমলিবা কয়া অসিনা মণিপুরগী সংস্কৃতিদা অনৌবা ইনোৎ অমা হাপকৎলকই।

শ্রীগোবিন্দগী সেবাসু ইচম চম্না পাঙথোকপা নত্তে। শ্রীগোবিন্দগী নিত্যসেবা, পূজা হোম, পবর্বদিন উৎসবকী পরম্পরা পুন্নমক সংস্কৃতিগী ওইবা মচল ঙাক্তনি। শ্রীগোবিন্দগী ফিজেৎ লৈতেং (বেশ ভুষা) মক্তদা থা

১২ গী ওইনা তোঙান তোঙানবা ফিজোল থোল্লিবনি। শ্রীগোবিন্দনা থা ১২ দা থোনবা ফিজোল লৈতেংদি -

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শজিবু থাদা | - | নটবর বেশ নৎত্রগা পাইজমা অঙৌবা |
| ২। | কালেন থাদা | - | শ্যামা বেশ |
| ৩। | ইঙা থাদা | - | শুবল বেশ |
| ৪। | ইঙেন থাদা | - | রাজ বেশ |
| ৫। | থৱান থাদা | - | রাই বেশ (ইবেম্মগীনা ইবুংঙোদা ইবুংঙোগীনা ইবেম্মদা) |
| ৬। | লাংবন থাদা | - | মালিনি বেশ |
| ৭। | মেরা থাদা | - | নটবর বেশ অমসুং অতৈ মখলশিং |
| ৮। | হিয়াঙ্গৈ থাদা | - | রাখাল বেশ (গোবর্দ্ধন ধারন) |
| ৯। | পোইনু থাদা | - | মল্ল বেশ |
| ১০। | ৱাকচিং থাদা | - | নাপেৎদানি বেশ |
| ১১। | ফাইরেল থাদা | - | যোগী বেশ |
| ১২। | লমদা থাদা | - | নৌকা বেশ |
| | থাশিদনা | - | অমুবা ফিজোল |
| | পূর্ণিমাদনা | - | অঙৌবা ফিজোল |
| | একাদশীদনা | - | অঙাংবা ফিজোল থোল্লি। (১২) |

## শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা

শ্রীগোবিন্দগী মঙ্গল আরতিদগী হৌরদুনা ধুপ আরতি, শৃঙ্গার আরতি, ভোগ আরতি, সন্ধ্যারতি, থাল আরতি, নুমিদাংগী ভোগ আরতি, শয়ন আরতি কৎলিবসি তরাই তরাইনা কৎপা নত্তে। সেবা অসিদা ব্রাহ্মন পুজারী,

(12) Source - "শ্রী মূর্ত্তি" রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সেবা সঙ্গ, ৱাংখৈ, ইম্ফাল ১৯৯৯

সেবারী, ঈশৈ শকপগী পালা, মোইবুং খোংবগী মথৌদাং লৈরিবনি। ময়াম অসিনা মথৌ নীংথিনা পাঙথোকপা ঙম্নবা নীতি নিয়ম শেমগৎলি।

নোংমগী অষ্টকাল সেবাগা লোয়ননা থা ১২ গী ওইনা সংকীর্ত্তন থৌগল তৌগদবা, হোলি থৌগল, রাস করম্বা মতমদা কৎকদবা হায়বনচিংবা থৌরম কয়া অসি নিংথৌ মশামক্না কুপ্না য়েংশিনদুনা পাঙথোকলমই। মসিগী পরম্পরা অসি ঙসিসু মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজনা ঙাক্নুনা চৎনরি।

## সনাকোনুংগী লোয়শঙশিং:

শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবাবু নীংথিনা পাঙথোকপা ঙম্নবগীদমক লোয়শঙ কযাসু লিংখৎলি। পানা ৪ হায়বদি লাইফম পানা, খাবম পানা, অহল্লুপ পানা, নহাকুপ পানা অসিনা লোয়শঙসিদা কাই। পানাশিং অসিগী কোকয়েৎকী মচু তোঙাল্লি। লাইফম অমসুং অহল্লুপ পানাগী ফম্নাইবশিংনা অঙাংবা কোকয়েৎ য়েৎলি। মখোয়বু নিংথৌ নাই হায়রগা খঙনৈ। খাবম পানা অমসুং নহারুপ পানা অনী অসিগী ফম্নাইবশিংদি নাপু মচুগী কোকয়েৎ য়েৎলি। মখোয়বু লৈমনাই হায়না খঙনৈ। লৈবাক্কী অখন্নবা থৌদোকশিংদা ফম্নাইবশিং অসি দোলাই তোংবা অমসুং পে শীজিন্নবা য়াই। মখোয়বু ফরাংজী অঙাংবা ফিদা ফমহল্লমই। পানা মরী অসিগী মীশিংনা নুমিৎ তরানি তরানি পালি পুনদুনা লোযশঙ কাই। পালি পুবদু শোয়গনি হায়বগীদমক্তা নুমিৎ ৯ নি শুবদা ময়াম পূন্না ফমিন্নদুনা মথংগী নুমিত্তা কারক্কদবনা কনা কনানো, কৃমখিগদবনা কনানো হায়বা লেপথোক্নুনা লাইগী সেবা তৌগদবা থবক থৌরম কয়াবু য়েংশিন্নবগীদমক তরেৎনি খুন্দিন হায়বা অমসু লৈ। তোঙান তোঙানবা লোয়শঙশিংদুগী মথৌদি -

## পালা লোয়শঙ:

মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী লমদা নট সংকীর্ত্তনগী চাউরবা মফম অমা লৈবনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পালা লোয়শঙ নীংথিনা শেমগৎলমই। শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা, পবর্বদিনদা পাঙথোকপা জগোইরাস অমসুং

অতৈ অতৈ থৌরম কয়া অসিদা পালা লোয়শঙগী থৌদাং লৈ। লোয়শঙ কাবা পালাশিংদি বংদেশ (বঙ্গঁদেশ) পালা, অরিবা পালা অমসুং নট সংকীর্ত্তন পালা অনীসিনি।

বংদেশ পালাগী মরমদা খরদং পনবা তারবদি ঐখোয়না ইতিহাসকী লামায় খর হাইগৎতুনা য়েংবা চঙই। মৈদিংঙু ক্যাম্বা (খৃ: ১৪৬৭ - ১৫০৮) দা পোং নিংথৌ খিখোম্বনা মূর্ত্তি অমা খুদোল তমলকখি। মূর্ত্তিদু মতমদুগী ব্রাহ্মনশিংনা বিষ্ণুনি হায়না তাক্কুনা নিংথৌনা লমাংদোংদা মন্দির শাদুনা লাৎপা হৌখি। বিষ্ণু লাৎপদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর কৌনখি।

বিষ্ণুগী পূজা তৌবদা বিষ্ণু সহস্রনাম থীবা, কীর্ত্তন শকপা হৌখি। মৈদিংঙু গরীবনিৱাজ(১৭০৯- ১৭৪৮) গী সনাহাকতক্তা বাঙ্গালী ঈশৈ শকপা নুপা অমনা কোম্থৌজম য়ুম্নাক লৌদুনা মৈতৈ ওল্লগা বংদেশ পালা শেমগৎখি। বংদেশ পালা শেমগৎপদা মতেং পাংখিবশিংদি গুরু প্রেমানন্দ, কীত্না রাধা, কীত্না রূপা, ঠাকুর শ্যামা, লাংলেনহনবা, তেনশুবা, শৌগাইজাম্বা ভীম , পুংয়েবা ধনীরাম অমসুং স্বরুপানন্দ নি। হৌজিক্কী মতমদা মসিবু অরিবা পালা হায়না খঙনরে।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা (১৭৬৩- ১৭৯৮) বংদেশ কীর্ত্তনদগী মৈতৈগী নাৎ- লাইনীং, জগোই ঈশৈগী বিধিনীয়ম খর হাপচিল্লগা নট সংকীর্ত্তন শেমগৎখি। তৌবদি নট সংকীর্ত্তন পরীং অসি তুবী চরাইরোংবনা (১৬৯৭- ১৭০৯) বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরবদা শেমগৎপা হৌখিবনি। ঈশ্বরগী পুজাদতা নত্তনা পোকপা শিবগী থৌরমদসু সংকীর্ত্তন শক্লবা হৌরে হায়বসি চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবা ঙমই।

নিংথৌরেলশিংনা সংকীর্ত্তন পালাশিং মাগী মাগী মতমদা হাপকৎতুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবাদা হেন্না মপূং ফাহল্লকই। গম্ভীরসিংহ মহারাজ সনা হাক্তকতা লৈবাক চাবা, সেবক পালা অনী বংদেশ পালাগী ওইনা লৈরকই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনাহাকতক্তা পালাহন, পালানহা, অনী নট পালাদা হাপচিল্লকই। তুংদা পালাহনগী, পালা নহাগী পালাসি হেন্না চাউথোরকই।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী সনা হাকতক্তদি নট পালা অমসুং বংদেশ পালা অনীমক মী ৬৪ না পালা ওইরমই। অদুবু চুরাচান্দ মহারাজগী সনা হাকতক্তা মীশিং ৪৫ দা হন্থরকখি। সনা পালা, বামন পালা হাপকৎলকই। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী পালাশিংসি পানা পানাগী ওইনা খায়দোক্তুনা থৌ পুনৈ।

পালা খূদিংগী পূঙ হঞ্জবা অমা, হিদং অমা, ঈশৈহনবা অমা, দুহার অমা, খোম্বাংবা অমা লৈ। পালাশিং অসিগী শীন্দোক শীনজিন তৌনবা পালা খল্লি । মতিকচাবা মীওইনা পালা লোয়শঙ পুহল্লি।

পালা লোয়শঙদা লাল্লুপ কাদবা মতম মতমগী ওইনা শ্রী গোবিন্দগী থৌগল সেবাদা শরুক য়াবা পালা অতৈ কয়া অমসু লৈরি। মদুগী মনুংদা শীংথাবা য়াবদি অখনবা পালা নত্রগা সনা পালা, নাম পালা, চৈতন্য সম্প্রদায় পালা, পালা য়াইমা, লম্বোইবা পালা অসিনি। *

পালা লোয়শঙগী মরু ওইবা থৌদাং অমদি পালাশিংনা সংকীর্ত্তন শকপগী ঈশৈ জগোইগী মতাংদা চয়েৎনবা লাকপা, নিংঙাই শাংদান্নবা থোকপদা শাংদাইনবা হোৎনবা অসিনি। পালাহনসি নিংথৌগী সনা পালা ওইবা মরমনা পালা অসিগী ঈশৈহনবনা ঈশৈগী মরমদা মকোক ওইনা থবক থৌরম শীল্লি। পালা খুদিংগীসু ঈশৈহনবনা ঈশৈগী, পূঙ হঞ্জবনা পূঙগী মরমদা মিৎয়েং চঙই।

শৈশক্কী মতাংদা নট পালা অমসুং বংদেশ পালা অনীগী খেন্নবা লৈরগসু পালা অনী অসিগী খেন্নবা শক্তমবু মখোয়না শেৎপা ফিজোলনা ইরাঈ লায়না খঙহল্লি। খুদম ওইনা লৈবাকচাবা পালাগী খ্বাংচেৎ ফিজিন্দা য়েনশিন অফাংবা লৈরোং ফিরিদুনা লৈতেংই। মদু অঙাংবা ফিগী মথক্তা অঙৌবা ফিনা য়েনশিন অফাংবা মান্না কাতিনা ককলগা য়েৎতুমনা তাইবনি।

---

* *Vide* (১) *ক্লাসিকেল জগোইদা ঈশৈগী মশক ফুরাইলাৎপম দেবকিসোর শর্ম্মা , মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ১৯৮৩ ।*

(২) *মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন বিচার অনীশুবা শরুক, অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, পদ্মা প্রিন্টরস, পাউনা বাজার, ইম্ফাল ২০০২ ।*

সেবক পালাগী খ্বাংজেৎ ফিজিন্দনা য়েনশিন অফাংবদু মথক মখা ওনশিন্নদুনা থন্নগা ময়ায়দা খোঙনাং পাম্বী অমা লোল্লি।

মণিপুরগী ফিরিবা হায়বা নুপীশিংগী ওইবা লোনবা খোৎপগী কলা অসিবুসু রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা সংকীর্ত্তনগা মরী লৈননা শীজিন্নবা হৌদোকই। মসিগী মমাঙদদি ফিরিবা কলা অসি নিংথৌগী নীংখমদা পাখংবা ময়েক লীদুনা লৈতেংবা, অঙম অথৌশিংগী ফীজীন্দা লৈরোং মখল খর লীদুনা লৈতেংবা অসিদং চৎনরম্বনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবগা মরী লৈননা কলাগী মতাংদা হৌদোক্লমলিবা কয়াসি ওন্থোক্লা কৃপথখ্রবা ফজখ্রবা থৌশিল ঙাক্তনি।

## পুজারী লোয়শঙ:

মসি ব্রাহ্মণ পুজারীশিংগী লোয়শঙনি । লোয়শঙ অসিনা পুবা থৌদাংদি শ্রী গোবিন্দগী লূক হৌবা অমসুং অষ্টকাল সেবাগী আরতি কৎপা, মঙ্গলারতি হৌবা, শৃঙ্গার সেবানি।

## দুহোন লোয়শঙ:

দুহোন লোয়শঙনা লাইসেবাগী ঈশিং শোকপা, ঈনশাং শেম্বা, হৈরুক পানা শেম্বা, তল কৎনবা চেংগী য়াম শুবা, ষঙ্গোম লোন্দুনা বেরা শেন্নগা থাল আরতিদা কৎনবা হোৎনবা, আরতি কৎলিঙৈদা চামর থৌগল তৌবা, লৈ লেংবা, বর্ত্তি মৈ চুখৎপনচিংবা তৌই। লোয়শঙ অসিদা ক্ষেত্রিময়ুম শাগৈনা মরু ওইনা থৌদাং লৌই। লোয়ননা ঙাংবম, কোইজম, য়ুম্নাম, লৌরেম্বম, চোংথাম, থোকচোম, ব্রাহেংবম, য়ুমলেম্বম শাগৈগী মীশিংসু দুহোনগী থৌদাং পুই।

## কৈরুংবা লোয়শঙ:

লোয়শঙ অসিদদি কৈরুংবা, শেলুংবা, শঙলাকপা অহুমনা লেঙদনা লৈ। কৈরুংবগী মথৌদি কামদারগী থবকনি। লাইগী সেবা, পূজাগী মরমদা

য়েংশিনবনি, পূক্কে পান্নবনি। শেলুংবনা শেলথুমগী হিসাব শুই। শঙলাকপনা লাইগী থবক থৌরম য়েংশিল্লি।

কৈরুংশেলুং লোয়শঙগী মখাদা ভাণ্ডারী লোয়শঙ হায়বা অমসু লৈ। লোয়শঙ অসিগী মথৌদি কোনুংদগী পৈশা লৌরগা লাইগী লূক হৌনবগীদমক চেং, হৱাই, ঈনশাং মনা মশীং অমসুং অতৈ অচঙবা পোৎচৈ লৈশিন্দুনা শীল লাংবনি। শীং খায়বা, কোল অমুবা ফেঙবা, চাম্বগী থবক শিন্দোক শিঞ্জীন তৌবসু লোয়শঙ অসিগী মথৌনি।

লোয়শঙ অসিদা লাল্লুপ কাদবা মীওই কাংবু কয়ামরুমনা কৈরুংশেলুং লোয়শঙগী মখাদা শ্রী গোবিন্দগী সেবাদা শরুক য়াই।

চাইরেননা নুমিৎ খূদিংগী চফু হুল্লি, শুগুনা উচান, কর্পুর খুল্লেননা শুংদোক্লবা কর্পুর, শঙ্গোম শঙনা ঘি- যঙ্গোম হুনবগী থবক তৌই।

## ফিরিবী লোয়শঙ:

পোৎলোই শেম্বা শাবা, লাইগী ফিশুবগী থৌদাং লোয়শঙ অসিনা পুই। নুপীশিংনা কাবা লোয়শঙনি। *

## মোইবুং লোয়শঙ:

মোইবুং লোয়শঙগী থোইদোকপা মরুওইবা থৌদাং লৈ। মণিপুরগী হিন্দু বৈষ্ণবশিংনা অঙনবা মতমদগী মোইবুং শীজিন্নরকই। নট সংকীর্ত্তনদা আবাহন আরম্ভ, মঙ্গল, জয়ভায়দা মোইবুং খোংই। মোইবুংগী স্বরনা ঘোর, পঞ্চম, দীর্ঘনি। মৈতৈগী ওইনা থায়নদগী থাজনরকপদি মোইবুং খোঞ্জেলনা লাই ফত্তবা তিনমু লাইমু তাম্থোকই হায়বসিনি। নট সংকীর্ত্তনদা মোইবুং য়াওদনদি মহাযজ্ঞ মপূং ফাদে লৌনৈ। সংকীর্ত্তনদা মোইবুং খোঙবনা ফমগদবা অককনবা মফম লৈ।নট সংকীর্ত্তনদা মোইবুং খোংবগী অখন্নবা থৌদাং

** ফিরিবী লোয়শঙগী মতাংদা খরগা কুপ্না মরিশুবা পন্দুপতা নৈনজরি।*

শীন্দোক- শীনজিনগীদমক মোইবুং লোয়শঙ লিংই । লোয়শঙ অসিনা শ্রীগোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা, মাগুবতা সংকীর্ত্তন পাঙথোকপা, নিংথৌনা লেঙবদা বিষ্ণুগী লময়িন থৌগল তৌবদা মোইবুং খোংবগী শীল্লাংবসু থৌদাং লৌই।

## কিত্না লোয়শঙ:

কিত্না লোয়শঙগী থৌদাংদি লাইগী বর্ত্তি তাবা, ঘী লুপ্পা, কাংশি য়ৈবা, লাইপোৎ ফেঙবা, মন্দির শিৎপা শেংবা, আরতিগী পোৎলম লানথোক লানশিন তৌবা অসিনচিংবা অসিনি। লাইগী বর্ত্তি ঈৎনবা, চেংজামুক শান্নবা লৈপোলাং শান্নবা ব্বাদি ঙারিয়ান চীংদা লৈবা “ব্বারোক” হায়বা খুল অদুগী মীশিংদা শিন্নে। লাইগী লূক হৌনবগী শীংনা নোংমাইজিং চীংদগীনি। মসিগীদমক শীল্লাংবসু লোয়শঙসিগী মথৌনি।

## কারিগড় লোয়শঙ:

মসি খুৎশা হৈবা মীশিংনা লাল্লুপ কাবা য়াম্না মরু ওইবা লোয়শঙনি। কারিগড় লোয়শঙনা লাইগী অঙ্গরাগ তৌই। জগোইগীদমক রাস মণ্ডল শেমই। শ্রীগোবিন্দনা ভদ্র চক্রদা লেঙশিনবা মতমদা চক্র লৈবগী থবক তৌই। লোয়শঙ অসিনা লাইয়েকপা তম্বীবগী থৌদাংসু লৌই।

নিংথৌনা লংফৈ চৎপা, লাল চৎপা মতমদা লোয়শঙ অসিগী মীশিং লোয়নৈ। নিংথৌনা লান্দা মায় পাক্লবদি মফম অদুদা লাল ঙম্বগী খুদম কয়া কারিগড় লোয়শঙগী লোয়নরিবা মীশিংদুনা নূংদা হক্কুনা নৎত্রগা পল চনখৎলুনা থমই।

মণিপুরগী চীংগী লম খরদা নূংপাক্তা হক্কুনা অইবা লৈরিবা অমসুং গম্ভীরসিংহ মহারাজগী খোঙ্গুল হক্কুনা কোহিমাদা লৈরিবা নূংপাক কয়াসি কারিগড় লোয়শঙগী খুৎ হৈবশিংগী মতেংননি। লোয়শঙ অসি মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী হাকতক্তগীনা বোধচন্দ্র মহারাজ সনা হাক্তক ফাওবা মথৌ তৌরমই।

## ফুর্জু লোয়শঙ:

লোয়শঙ অসিনা গোবিন্দগী সেবাদা চঙগদবা চেংজাম লুক, থুম্মোক তাইরুকনচিংবা শাবগী থবক তৌই। মতম পুম্বদা পুমচাই চাইদুনা লৈ হায়বদগী ফুর্জু লোয়শঙ কৌনখিবনি।

## ব্রহ্মসভা পণ্ডিত লোয়শঙ :

মসিদি ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা লাল্লুপ কাবা লোয়শঙনি। লোয়শঙ অসিনা পালা লোয়শঙগী মথক্তা লৈদুনা শাস্ত্রগী বিধি নিয়ম ইন্দুনা ৱায়েন ব্যবস্থা তৌই। ব্যবস্থাকারীনা লুচিংদুনা হঞ্জবা, ব্রহ্মা, তন্ত্রধার য়াওনা ব্রহ্মসভা শেমই। লোয়শঙ অসিনা পাঙথোকপা থৌদাংদি শ্রীগোবিন্দগী অয়ুক্কী লূক কৎলিঙৈদা মন্দির প্রাঙ্গন্দা গীতা পাঠ তৌবা, একাদশী, থাশি পূর্ণিমা, নিংথৌগী মপোক নুমিৎ মেরাগী নিয়ম সেবা, চৈরাওবা নুমিৎতা শ্রী মদ্ভাগবত পাঠ তৌই। ব্রহ্মসভাগী মথক্তা নিংথৌনা মিৎয়েং চংই। পণ্ডিত লোয়শঙ অমসুং অমাইবা লোয়শঙগী ফম্নাইবশিংগী ফিজেৎতি অঙৌবা ফৈজোম, ইনফি অঙৌবা অমসুং অঙৌবা খ্বাংয়েৎনি। লৈবাক্কী থৌদোক্তা খামেন চৎপা ফৈজোম, লমথাং খুলহৎ, সনাখুজি, অশংবা রেশম ফুরিৎ লিৎপদা নিংথৌনা অয়াবা পীরমই। মখোয়না দোলায় তোংবা, পে খন্দুনা চৎপসু য়ারমই।

পণ্ডিত অচৌববু ফরাংজি অঙাংবা মপূম ফমহল্লমই। মখা থাবা পণ্ডিতনা ফরাংজি তংখায় ফমই। পণ্ডিত অচৌবনা হিদাকফু পুংফা অমসুং শেন্থক শেনখা শীজিন্নবদা নিংথৌনা অয়াবা পী।

## সম্বাসা লোয়শঙ:

অরাংফম (সম্বাসা) লোয়শঙগী থৌদাং চাউই। লাইগী সেবা, সংকীর্ত্তন শকপা, দেবকর্ম্ম পাঙথোকপদা নীংথিনা মচু তানা, হৌনবী নিয়ম কায়দনা পাংথোক্লবগীদমক লোয়শঙ অসি লিংবনি। অরাংফমগী থৌ পুগদবা মীশকসু অমনা হেক্তা ওইবা য়াদে। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগীদি অরাংফম

পুগদবা মীশকতু লমচৎ ফজবা, মমা মপা তেক্ত কায়দবা, তুমন লুখ্রা লৌদবা মীওই খল্লগা থৌদাং পুহল্লি। অরাঙফম পুবা য়াবা শাগৈদি ৱাংখৈমযুম, লৌরেম্বম, হাওবম, ৱাংখৈলাকপম, চোংথাম, লৌক্রাকপম, যুমলেম্বম, ঙাংবম, লোইতাম, লোইতোংবম, য়ুম্নাম কোইজম, ৱাহেংবম, ক্ষেত্রিমযুমনি। সম্বাসা লোইশঙনা সংকীর্ত্তনদা চঙগদবা পোৎলম - লৈচন্দন, হৈরুক পানা, ধুপ থাউমৈগী শীল্লাংগনি। অরাকপা মীশিংবু লৈ চন্দননা ওক্লগা মতিকচাবা ফমফমদা ফমহনবা মখোয়গী মথৌনি। পালাগী ফি বরিবা, ভাবোক্কী দক্ষিনা য়েনবসু লোয়শঙ অসিগী মীশিংনা থৌদাং লৌই। ফমফমগী ৱাথোক লাকপদা সম্বাসা পুরেলনা বিচার তৌই।

## তানয়ৈশঙ:

শ্রীগোবন্দিগী অষ্টকাল সেবাদি অকক্লবা পূংজাদা পাঙথোকই। অকক্লবা পূংজা অদু য়ৌরে হায়বসি তানয়ৈশঙদা লৈরিবা য়াংদৌবা য়াংদৌবীগী মূর্ত্তিগী মতেংনা মতম পূংজাদু খঙবা ঙমই। মসি মণিপুরগী মশাগী ওইবা মওংদা শেম্বা মতম খঙনবা পাম্বে অমনি। পাম্বে অসি মৈদিংঙু খুয়োই তোম্পোক (১৫৪-২৬৪) কী মতমদগী লৈরে হায়বসি চৈথারোল খুম্বাবদগী খঙবা ঙমই। মদুদগীনা মহারাজ বুধচন্দ্র (১৯৪১-১৯৫৫) গী মতম ফাওবা চৎনরমই।



তানয়ৈ পুঙ

## তানয়ৈশঙগী লাইথৌ:

চৈরাওবা নুমিৎতা য়াংদৌবা য়াংদৌবী ইবুধৌ ইবেনধৌ অনীগী থৌগল চৎলিবা তানয়ৈশঙ লোয়শঙ অসিনা লাই অনীগী লুক কৎতুনা থৌনি ইরাৎ

তৌই। নুংশেং ইকোন্দগী ঈরু ইশেং শোক্তুনা তানগী ঈশিং শিনগনি। অসুম্ন া পূং, য়ুথক পাবগী শঙলেন অসিনা লাই অনীদা চৈরাওবগী থৌরম পাঙথোকপা অসি মৈতৈগী সংস্কৃতিগী মরু ওইবা থৌরম অমনি। (১৩)

## মণিপুরীশিংগী মতম পূংজা ওনবগী মওং:

মৈতৈশিংনা "তান" হায়না খঙনবা ইচম চম্বা খুৎলায় অমগী মতেঙনা মতমবু ওনলমই। তান হায়রিবা খুৎলায় অসিদা য়াওরিবা মপোৎ মচৈশিংদি ঈশিং য়াওবা পাত্র (cistern) চফু অমা, লৈবাক্লা শাবা তেঙ্গোৎ অনী অসিনি। তেঙ্গোৎ অদুগী মনীংদু হোহল্লি। অহোবদু ঈশিং য়াওবা পাত্র অদুদা তাউহল্লি। মদুদা ঈশিং চঙলগা তেঙ্গোৎতু লূপথনবনি। হোহল্লবা তেঙ্গোৎকী মখুল অদুদা ঈশিং চঙলগা লূপথখিবদু অককনবা মতমগী মনুংদা লূপথবা য়ানবা শেম্মী। তেঙ্গোৎ অদু ঈশিংনা থল্লদুনা হেক লূপথখিবগা চেগপ অমনা চপতুনা থাঙ্গৎলগা অতোপ্পা তেঙ্গোৎ অমদু অমুক তাউহল্লি।



য়াংদৌবা য়াংদৌবীগী শক্তম

*য়াংদৌবা য়াংদৌবীগী মতেঙনা মতৌ করম্না মণিপুরদা মতমবু রেকোর্দ তৌরম্বগে হায়বদু মখাদা পীরিবা মওং অসিনা খঙহল্লি।*

*(১৩) Source - মৈতৈগী হরাও কুম্মৈগী সেমিনার পেপর, লামায় ৬০ অফোঙবা ইউনিভরসেল লিটরেরি এসোসিয়েসন ১৯৮০*

মৈতৈশিংনা পূং মশীং থিবসি তেঙ্গোৎ অদুনা ঈশিংদা লুপ্পগী মতুং ইন্না লেপই। তেঙ্গোৎ অদু ৮ লক লুপ্পদুবু পুংলুপ হায়না খঙনৈ। পুংলুপ ৮ লকনা য়ুথক ১ অমা হায়না কৌই। য়ুথক ৮ না নোংমা ওই। পুংলুপ অমা হেক ফাবদা তানয়ৈচৈনা তানয়ৈপুঙদা য়ৈদুনা মতম খঙহল্লি।

উনা শাবা ফম্বাক অমদা লীগী মচৈ অমদা কাংখিল মরু নিপালখক্কা য়াংদৌবা য়াংদৌবী মূর্ত্তি মচা অনীগা থিল্লি।

য়ুথক অমা হেক য়ৈবদা উপায় অমা শীজিন্নদুনা কাংখিল মরি অদু চিংলগা য়াংদৌবদু মাঙদা খরদং লেঙখৎহল্লি। অদুদগী য়াংদৌবীসু মাঙলোমদা খরদং কাখৎলি। কাংখিল মরু নিপাল অদু মথং মথং ইনখৎলগা য়াংদৌবা য়াংদৌবী অনীমক্না মফম অমদা উনবদা নোংমা হায়বদু ওইরে। তানয়ৈশঙদা লৈবা মীদুনা পূংজা খুদিং তানয়ৈপুং থীন্দুনা ময়ামদা মতম খঙহল্লি অমসুং শ্রী গোবিন্দগী অষ্টকাল সেবা মতম চপ চানা পাঙথোকপা ঙমহল্লি।

মণিপুরীশিংনা য়ুথক হায়রিবসি হৌজিক্কী মতমগী পূং ৩গা মান্নে। অদুনা য়ুথক ৮ না হৌজিক্কী পূং ২৪ গা মান্নরিবনি। গ্রীকশিংনা মতম ওনবসি নুমিৎ তাবদগী মথংগী নুমিৎ তাবা ফাওবা অসিনা নোংমা ওইহল্লি। রোমানশিংনদি নোংয়াইদগী নোংয়াই অমফাওবনা ওই। মৈতৈশিংগীদি নুমিৎ থোরকপদগী মথংগী নুমিৎ থোরকপা ফাওবা ওই।



মণিপুরীশিংগী মতম ওনবগী খুৎলাই

মণিপুরীশিংনা মতম ওনবসি এসট্রোনোমী অমসুং ভাগবতকী সূর্য্য সিদ্ধান্তগী মতুং ইন্দুনা ভারতকী ওইনা চৎনরিবা অসিগা অক্নানি। খেন্নবা

হায়ববু মণিপুরীশিংনা তেঙ্গোৎ অদু ৮ লক লুপ্পা অদুবু য়ুথক কৌই অদুগা সংস্কৃতকী নিয়ম ঙাক্তুনা পাঙথোকপদনা তেঙ্গোৎ অদু ৭ লক লুপ্পদা প্রহর অমা কৌই। প্রহর হায়বসি য়ুথক্কা মান্নবনি।

## জগোই শাবী লোয়শঙ:

শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনাহাকতক্তগী লিংবা লোয়শঙনি। মশম শাংনা খাকপা নিপামচাশিং লোয়শঙসিদা কাই। জগোই শাবী লোয়শঙদা কারকপা ওজাশিংনা মখোয়বু অমসুং নুপী মচাশিংবু শ্রীরাধা গোবিন্দগী গুণ গান ঈশৈ তম্বী, গোষ্ট লীলা তম্বী, মখোয়বু ঝুলোন দূর্গা পূজানচিংবদা জগোইথৌগল তৌহল্লি। চুরাচান্দ মহারাজগী মতম ফাওবা লোয়শঙসি লৈরমই। বোধচন্দ্র মহারাজগী মতমদদি মুৎখরে ।

## তোপ গারোট লোয়শঙ:

মসি মতম অদুগী মণিপুরগী মিলিটরী অমসুং পুলিসকী য়াম্না মরু ওইবা লোয়শঙনি। নিংথৌনা লেঙবা খুদিং লোয়শঙ অসিগী মীশিংনা থৌগল তুংইল্লি। লোয়শঙ অসিগী ফম্নাইশিংনা অমুবা মচুগী ফৈজোম, অমুবা ফুরিৎ কোট, মতুম তাবা কোকয়েৎ য়েৎলি। মখোয়না লিৎপা কোটকী কুদামদি অরংবা সনা মচুগীনা ওই। গারোট লোয়শঙগী অতৈ ফম্নাইবা পোইলা, কুটনচিংবগীদি সনাগী কুদাম পান্দে। বড় সেনাপতি, তুলিনহা

---

(১৪) *Vide (ক) হাওবম শ্যামসুন্দর সিংহ, 'মণিপুরদা চিত্রকলাগী খোঙথাং', ঋতু, ৯৭ অমসুং ৯৮ শুবা মশীং, মে ১৯৬৬, লাং২৩,*

*(খ) অরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, 'মণিপুরদা লাই শাবা অমসুং হক খোৎপগী কলা,' মণিপুর য়ুনিভর্সিটিদা লাম্লেকখিবা সেমিনার চে,*

*(গ) সুভেনির, মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মনা পাংথোকখিবা 45 Days Workshop of Traditional Manipur Sculpture দা পুথোকখিবা,*

*ঘ) সম্পাদক : রা: কু: কমলজিৎ সিংহ, মরূপ, ১৯৮১ দা ফোংঙখিবা রা: কু: সনাহুল সিংহ, বি কমনা ইবা 'থায়না মণিপুরদা নিংথৌশিংনা পীরম্বা মনা মথুম'*

অমসুং তুলিহল্লদগীনা জেনরেল ফাওবা তোপ তোপ্পা বেজ থেৎলি। লোয়শঙ অসিগী মীওই কাংবু অমনা শ্রীগোবিন্দগী আরতিগী মতমদা, কোনুংদা মীয়াম তিনবদা অশোই অঙাম ঙাকথোক্লবা থাঙ, তা, চুঙ্গোই পায়দুনা লাইগী থৌগল তৌদুনা লৈ। নিংথৌনা সনা কোনুংগী মপান্দা লেঙথোকপা মতমদসু লোয়শঙসিগী মীনা খুৎলায়শিংসি পায়রগা থৌগল তৌই। শ্রীনরসিংহ মহারাজগী সনা হাকতক্তদি গারোট লোয়শঙগী মথৌ হেন্না কনখৎহনখি।

।০॥

# মরীশুবা পন্দুপ

শরৎ ঋতুদা শ্রীবৃন্দাবনদা নীংথীরবী মাল্লিকা, মালতি, জাতি জুতি, লবঙ্গ, শিরিস কুসুম, চম্পা নাগেশ্বরনচিংবা লৈরাং খিবিক্লা ফুগায়না শাৎপা উরগা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগা লোয়ননা রাসলীলা শান্নগে হায়না নীংলকই। সবর্বলক্ষ্মীময়ী শ্রীরাধাগী মায়থোং মানবা শরৎ পূর্ণিমাগী থানিলবু উরবদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ভক্ত ওইবী গোপীশিংবু কৌরগে হায়না বেনুগান তৌই ।

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশী খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিংনা মখোয় মখোয়না তৌরম্বা থবক থৌরম পুম্নমক থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা য়ৌরকখি ; গোপীশিংবু শ্রীকৃষ্ণনা নুংশিবা ৱাহৈনা তরাম্না ওকই।

গোপীশিংনা মবুংঙোদা প্রার্থনা তৌজখি। অদুগী তুংদা যমুনা মপান্দা গোপীশিংগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণনা রাসলীলা শান্নখি।

গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নদুনা শান্নবা ফংলবদা মখোয়না নুপী পুম্নমক্তগী হেন্না লাইবক ফবী ওইরে খন্দুনা নাপল তৌখি। শ্রীমতি রাধানসু মাবু গোপী অতৈগা মান্ননা উরে হায়দুনা মান তৌই। নাপল অদু মাঙহনগে, শ্রীরাধাগী মান অদু কোকহনগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগা লোয়ননা রাস- মণ্ডলীদগী অর্ন্তধ্যান ওইখি ।

শ্রীকৃষ্ণবু উদ্রবদা ৱাজরবী গোপীশিংনা বন বন খুদিংদা শ্রীকৃষ্ণবু থিজৈ। ৱাজরবী গোপীশিংনা অৱা তেংথারবদা থম্মোয় পেৎলবা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক হন্না লেঙলক্তুনা গোপীশিংদা হায়রে - 'ঐদি গোপীশিংগী প্রেমগী লম্মন তোল্লে । মদুগী লম্মন শিংবা ঙম্লরোই'। অদুদগী অমুক হন্না অথুপ্পা রহস্য

রাস লীলা শান্নে। অদুগী তুংদা নোংঙাল্লমদাই য়ৌরদুনা চিংখৈ ফিদুপ হুল্লকপা উরদুনা শ্রীকৃষ্ণনা য়াথং পীদুনা গোপীশিংনা ময়ুম ময়ুমদা হন্নখি।



মান্দবতা শান্নবা জগোইরাসতা রাধা কৃষ্ণ

## রাসকী নুংগী ওইবা ৱাফম:

রসতনা থল্লবা লীলাবু রাস লীলা কৌই। ব্রহ্ম হায়বসি নুংঙাইবনি, রসনি। ব্রহ্মগী লীলাদুনি রাস। শ্রুতিনা হায়রি শ্রীকৃষ্ণদি শচ্চিদানন্দ পরমব্রহ্মনি। শ্রীকৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নবদুনি রাস লীলাসি। শ্রীকৃষ্ণনা পরমাত্মানি, গোপীশিংনা আত্মানি।

অমরোমদা রাস জগোইদা শান্নরিবসি শ্রী কৃষ্ণগা শ্রীকৃষ্ণগনি। ভগবান মহাক মথন্তা শান্নমিন্নরি, নুংঙাইমিন্নরি। অসিগুম্বা কল্পনাগী নীংথিরবা, লীলা অসিবু শ্রীমদভগবতকী ১০শুবা স্কন্ধগী মনুং চনবা অধ্যায় মঙাদা ময়েক শেংনা তাক্লি। গোপী পূম্নমক ইবুংঙো মাগী শক্তি ঙাকনি। মায়ানা মরক থৎতুনা তোঙান্না উবনি। পরমাত্মাগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অকোয়বদা আত্মাশিংনা, মাগী শক্তিশিংনা মঙোন্দা অমুক তিনজবা ফংবা অসিনি কৃষ্ণগী

রাস লীলাগী পান্দম। রাসতা য়াওরিবা সখি পূন্নমক ভাবনা শাবা মূর্ত্তি ঙাকনি। অশেংবা পূক্লিংনা অশেংবা ভাবতনা কৃষ্ণবু থিগদবনি। মপানগী হকচাং থৌওংনা ভগবানবু ফংবা ঙম্বা নত্তে। পানগী ওইবা মীৎয়েংদা কৃষ্ণগী রাস লীলা য়েংবা চুমলোই।

রাস লীলাগী রহস্যদি কামবু বিজয় তৌবা হায়বা উদেশ্য অসিনি। পুর্নভগবান শ্রীকৃষ্ণদি রসময়নি, আনন্দময়নি। তাইবংপান অসিনা চাউরবা রাস লীলা অমনি। লূ তোংগী হকচাং (জয়দেহ) অসিদা অধ্যাত্ম আনন্দ ফোংদোকপা য়াই হায়বা খংহনগে হায়বগীদমক ভগবাননা শ্রীবৃন্দাবনদা রাস লীলা শান্নখিবনি।

শ্রী কৃষ্ণনা গোপীগা শান্নবা রাস লীলাদা মায়াগী শরুক অমা য়াওবা নত্তে। কামগী ভাবনা পোক্লবা মরীক অমা য়াওবা নত্তে। রাস শান্নবা মতাংদু শ্রীকৃষ্ণগী চহী ৮ শুবদনি, গোপীশিংনা চহী ১১ শুদ্রিবী ঙাকনি। শান্নরিবদু দিব্য লীলানি। সাধারন নুপা নুপী মীওইবগী লীলা নত্তে। পরমাত্মাগা জীবাত্মাগা শান্নবা লীলানি।

শ্রী কৃষ্ণবু মায়থিবা পীগে হায়দুনা কামদেবনা মহাক্কী শুমহৎপা ঙম্বা শক্তি অদু গোপীশিংগী অঙ্গদা চংশিন্দুনা রাস লীলাদা শরুক য়াগে হায়না তেমশিংখি। ভগবানদি নুংপান লৈতে। অন্তরযামিনি, লোঙ্গনা উই, লোঙ্গনা খঙই। কামদেবনা শীংনবা অদুবু মায়থীবা পীনবা শ্রীকৃষ্ণনা কামগী রূপ থাদোকখ্রে। রাধাগী শক্তিবু চিংশিল্লগা রাধামোহন কৌবা রূপ লৌখি। কামদেবনা অসুম্না স্তুতি তৌজখি - ইবুংঙো নহাকতবু কামদেব ঐনা খুদুম চনবা ঙমদবনি। অতৈবুদি কামদা লুপহন্দুনা মথৌদা পূক্লিং চঙহনদে। মশাগী মঙম শালহন্দে, ময়েং তাবা থোকহল্লি। অদুবু ঙসিদি রাস লীলা শান্নবগী মতাং অসিদা নংগী চরন্দা পূন্নমক কখোকচরে। রাস লীলা শান্নবগী মতাং অসিদা শ্রী কৃষ্ণদা "অচ্যুত" হায়বা মিংথোল অসি পীখি। অদুনা রাস লীলা অসি য়াম্না ৱাংখ্রবা থাক্তা শান্নবা অধ্যাত্মিকী লীলানি। শ্রীমদ ভাগবতকী রাস

পঞ্চাধ্যায়গী শ্লোক ২৯ দগী ৩৩ ফাওবদা রাস লীলাগী মতাং অসি নৈনৈ। (১৫)

## মণিপুরগী জগোই রাস লীলা:

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা রাসপঞ্চাধ্যায়গী ব্যাখান তারগা শ্রী কৃষ্ণগা গোপীশিংগা শান্নবা রাসক্রীড়াবু অভিনয় তৌদুনা মণিপুরদা শ্রী শ্রী গোবিন্দজীউনা অভির্ভাব ওইরবদা রাজর্ষিগী সংকীর্ত্তন মহাযজ্ঞগী মশক ওইনা রাস লীলাবু শ্রীগোবিন্দদা কচ্চখি। রাজর্ষিগী আত্মা সমর্পন অসুম্না তৌখি।

*জয় জয় রাধা গোবিন্দ দেব।*
*শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেবা॥*
*জয় জয় কৃষ্ণ হে মুঞি করুনা করহে।*
*প্রনমামি সেদ তবচরনে*
*হাত জুরি জুরি কেয় বা মঞ্জুরী॥*
*রাঙা পদতলে বিনয় করে হা রাধা গোবিন্দ॥*
*অত্না দাসী কভু না ছারিও॥*

*রাধা গোবিন্দনা জয় ওইরে*
*নিংথৌরেল ভাগ্যচন্দ্রনা খুরুমজৈ।*
*হে কৃষ্ণ নহাক্না ঐবু থৌজানবীয়ু*
*নখোং থম্বালদা খুরুমজরি।*
*খুবাং তরা লোন্নদুনা*
*তঙাং খুয়া থম্বালদা খুরুমজরি রাধা গোবিন্দ*
*তোল্লবা ননাই ঐখোয়বু*
*থাদোকপীনু কৈদৌনুংদা।*

*(১৫) রাস লীলাগী রহস্যগী মতাংদা শ্রীফুরাইলাৎপম কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মানা তৌবা প্রবচনদগী।*

জগোই রাস অদু কৎপদা ভাগ্যচন্দ্রনা কৃষ্ণরূপ প্রার্থনা অসুম্না কৎখি-

শ্যামরূপ শ্যামরূপ। কি মাধুরী হেরনা।।
হের হের প্রানসখিরে। অবলা প্রান সোহেনা।।
বঙ্কা নয়ান চাহনি। পুরিলে প্রান সোহেনা ।।
দীনহীন ভাগ্যচন্দ্র এস আভিলাস।।
শ্যামগী শক্তমদো কয়াদা নীংথিরিবা
য়েংউ য়েংউনে চান্নবী ইতাখোয়
তোল্লবীগী থম্মোয়সি পুঙমদে
খোইখোইবা মিৎয়েংনা য়েংলকপা
নীংজবা পূম্বা মপুং ফারে।
থম্মোয় অসি পুঙমদে
তোল্লবদগীসু তোল্লবা ভাগ্যচন্দ্রগী
অপাম্বসু অসিতনি।

মহারাস জগোই অহানবা ওইনা হৌদোকপা মতমদা শকখিবা ভাগ্যচন্দ্রগী প্রার্থনা অসিদা মশামক অসি তোল্লবদগী তোল্লবা আত্মা অমনি হায়না ফোংদোকলিবা অসি ফজখ্রবা, ৱাংখ্রবা বৈষ্ণবগী বিচারদুনি।

শ্রী কৃষ্ণনা গোপীশিংগা শান্নবা রাসক্রীড়া (রাস লীলা) গী ৱারী তাজবা, শকচ- শোঞ্জবদা থম্মোয়গী লায়নাগী মশক ওইবা কামবু থাদোকপা ঙমদুনা ভগবানগী কৃপা ফংবা ঙমই হায়নৈ। অদুনা রাজর্ষিনা শ্রীমদ্ভাগবতকী রাসপঞ্চাধ্যায়দা শন্দোকনা তাকলিবা শ্রী কৃষ্ণগা গোপীগা শান্নবা রাসক্রীড়াবু জগোই ঈশৈগী মতেং লৌদুনা সংকীর্ত্তন যজ্ঞগী মশক ওইনা রাস লীলা কৎলম্বনি। কীর্ত্তননা কলিযুগকী অথোয়বা ধর্ম্মনি হায়না নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা চেৎনা থাজে । লোয়ননা মৈতৈশিংনা জগোইবু খ্বাইদগী অহেনবা কলানি হায়না লৌবা অসিনা রাসক্রীড়াবু অভিনয় তৌদুনা মহা সংকীর্ত্তন ওইনা হৌদোকপনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা অখণ্ড অহৈ পণ্ডিত কয়াগী মতেং লৌরগা মণিপুরগী ৱাংলবা কলা অমসুং সংস্কৃতিগী মচাক মরল মখৈ খোমজিল্লগা মচল চানা, মহাও হাপচিন্দুনা মহাক্কী মণ্ডলান্দা শ্রীকৃষ্ণনা উহনবীরম্বা রাস অদুবু নীংশিংদুনা মহারাস জগোইদু শেমগৎপনি। জগোই অসি শেমগৎতুনা পুথোক্লবগী মতাংদা মতেং লৌখিবা শকনায়বা অখণ্ড অহৈশিংদি শ্রী গোপীরাম সিংহ পাচহনবা লোয়ননা ঠাকুর ভাগবতি, ঠাকুর বিদ্যালঙ্কার, জগন্নাথ গোস্বামী, হরিদাস গোস্বামীনচিংবনি।

রাস লীলাগী সংকীর্ত্তনগী মতাংদা পাউতাক কয়া লৌখিবনা বাবা রাম গোপাল বৈরাগীদগীনি। জগোইগী, সংকীর্ত্তনগী তাল, লয়, সুর, অভিনয়নচিংগী মতাংদা বংদেশ পালা পুবা ওজাশিং - প্রেমানন্দ, স্বরুপানন্দ, ঠাকুর শ্যামা, ধনীরাম, কীতনারূপা, শৌগাইজম ভীমানচিংবদগী মতেং লৌখি।

## মণিপুরী রাস জগোইগা অতৈ জগোইগা খেন্নবা:

কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্রদি ঋষিনি, শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা ভক্তনি। অদুনা মহাক্না শেমগৎপা রাস লীলা জগোই অসি ভক্তিরসনা থল্লি। ভারতকী অতৈ লমদা লৈরিবা জগোই অতৈগুম্না মীৎয়েং নায়েং, হকচাংগী শাথেকতা ইথক ইরাংগী ওইবা মিৎ খৎপা, নোকপা, শুগৎপনচিংবা অভিনয় য়াওদে। জগোই শাবদা মীৎ অসি মখাদা য়েংই। জগোই অসিনা মীশিংবু পূক্লিংদা অশেংবা ৱাখল পোকহল্লি। মীশিংবু ভক্তিগী লমদা চিংশিল্লি। অতৈ অতোপ্পগী ঈথিল চংদবা, নীংথিবা অমেঙবা, ফজবা শক্তমদুনা মফম মতম খূদিংগী ওইনা মীপুম খুদিংদা অধ্যাত্মিকী ৱাখল পোকহল্লি। জগোই রাস অসিদা ভাবোক্না মশানা মশাবু কাওথোকচদুনা, মপুক্লিংদা তপথবা ঈংথবা ফংজে। অসিনি মণিপুরী জগোই রাসকী থোইদোকপা মগুণ।

রাস অদু কৎলিবা মফম অদুসু অতোপ্পা মী চঙহন্দনা রাসমণ্ডল অমা শেমগৎলগা অখন্নবা ভাবোকতা পাঙথোকপনি। কৃষ্ণ শারিবনা চহী ৬/৭কী

নুপামচানি, রাধা শারিবনা চহী ৫/৬ নুপীমচানি, গোপীনা চহী১২/১৩ গী ময়ুম পান্দ্রিবা লৈশাবীমচাশিংনি। জগোই অদু থা ২/৩ চঙনা ওজানা তাকপী, তম্বী। অদুনা জগোইদু শান্নবদা মায় পাকনা, ফজনা পাঙথোকপা ঙমই। মদু উবদা ভাবোকশিংনা হরাওবা নুংঙাইবা অপেনবা পোক্তুনা পিরাং শীন্থরিবনি। বৈষ্ণবশিং অদুনা গোপীগী খুয়াগী উফুল লৌদুনা কোক্তা হাপ্লরিবনি। অসুম্না বৈষ্ণবশিংনা মধুর্য্যভাব, গোপীভাবকী মহাও তংজরিবনি। মশানা মশাবু কাউথোকচরিবনি। অসুম্না রাধা কৃষ্ণগী লোইনাইদ্রবা প্রেমগী অমৃতদু ভক্তশিংনা থকচন্নিবনি। অদুননি মণিপুরগী রাস লীলাদা অহল ওইরবা চহী ৭০/৮০ শুরবা বৈষ্ণবশিংনা ব্রত কৎলগা থেঙলবা অহীং ফাওবা রাধা কৃষ্ণগী লীলা রাস অদুবু খুরুমজদুনা লৈবা ঙম্লিবা।

মণিপুরী জগোই রাসকী অহৌবদা কৃষ্ণ থোকলমদাইগী মতাংদা মোইবুং খোঙগৎলকপা, নুংশিনা বাঁশি খোঙ্গৎলকপদা বৈষ্ণবশিংগী পূক্লিংদা ফাওরিবা ব্রাখলদু ব্রাহেনা ফোংদোকফম খঙদে। শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা, ইখৌ লাংবা নুংদগী থোরকপা ভাব অদুগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণদা লুপশিনজখ্রবা মীকুপনি। মসি বৈষ্ণবশিংনা রাসকী অমৃত থকচরিবনি। অসিনি মণিপুরী রাসনা বৈষ্ণবশিংদা পীরিবা ইথিল। ভক্তগী থম্মোইনা মবুংঙোগা তিন্নজবগী নুংঙাইবা রসকী মহাও তংবা ফংজৈ।

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ফজরবা রাস লীলাদা ফোঙদোকলিবা ফজবা অমেঙবা, অধ্যাত্মিকী ওইবা মশক অসি মালেমগী অতৈ মফমদা উবা ফংদে। মণিপুরদদি রাস য়েংবা চৎলুসি হায়নদে, রাস খুরুমলুসি হায়নৈ। নুংঙাইবা অপেনবা মতাং য়াওবদা খুবাক খুবা, ভালো লাউবগী মহুত্তা ভাবোকশিংনা ফমফমদগী হৌগৎলগা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমদুনা ভক্তি কৎচরিবনি, রস চুপচরিবনি।

শ্রী কৃষ্ণগা ব্রজ গোপীশিংগা দ্বাপুর যুগতা শান্নখিবা রাস অদুবু অতৈনা রাস হায়রগা খঙনৈ। হৌজিক্কী মতমদদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রী গোবিন্দদা কৎলম্বা মণিপুরী রাসপু খঙনরে। মণিপুরী জগোই কৎপগী থবক থৌরম পূম্নমক অর্থ চেনবা অককনবা নিয়মগী মখাদা পাঙথোকপনি।

মহারাস জগোইগী মরমদা পণ্ডিত সুরচান্দ শর্ম্মানা অসুম্না ফোঙদোকই - "রাসলীলাদি ভক্তগী থম্মোইনা ভগবান নৎত্রগা তাইবং মপুদা তিন্নজবা ফংবগী অথুপ্পা মশক অদুনি। মসিদি মাঙবা তাকপা নাইবা মায়াজগৎ অসিগী মিৎনা উনরিবা অদুগুম্বা লীলা অদু নত্তে - মসিদি লাইনীং লম্বীগী খ্বাইদগী ৱাংবা অয়ৌবী অধ্যাত্মিক্কী ওইবা অশেংবা লাইরমলেনগী ওইবা পোৎনি। মসিদা করিগুম্বা অমকপা ভাব মচেৎ অমা ফাওবা য়াওবা লৈতে। অসিগুম্বা ভক্তগা ভগবানগা তিন্নবগী নুংঙাইবা ভাব অসি মহারাস লীলাদা ময়েক শেংনা ফোঙদোকই।" *

## মণিপুরী রাসকী নীতি নিয়ম:

মণিপুরগী রাস লীলা পাঙথোকপা মতমদসু অককনবা নীতি নিয়মগী মখাদা পাঙথোকলিবনি। নীতি নিয়মদু খঙলবা অরাংফম হাপ্তুনা রাস অদু পাঙথোক্লরিবনি। শাস্ত্রগী নিয়ম বিধি ঙাক্লা মন্ত্র, শ্লোক থীদুনা মাগুব মপুনা রাসকী অধিবাস হৌই। মসিগীদমক মগুন লৈবা ব্রাহ্মন পণ্ডিত ওইববু মাগুব মপু ওইনা হাপই। জগোইগী অশোয়- অঙাম য়াওদনবা জগোইদু ঙাকশেন্নবসু মাগুব মপুনা তৌই। ফজনবনি হায়দুনা মানা মানা পাম্বা মওংদা রাস লীলা পাঙথোকপা য়াবা নত্তে। পূঙ য়ৈবা, মোইবুং খোংবা, ভাবোক ফম্বগীসু অককনবা নিয়ম, অকক্লবা ফমফম লৈ। জগোই অদু গোপীশিংনা শাবদা হকচাংগী কায়াৎ উখোক্তুনা অউবশিংগী পুক্লিংদা মথুম মরাং হৌহন্দনবা, ভক্তি প্রেম ফোঙদোক্লবা মাইখুম শীজিন্নদুনা, থবাকয়েৎ শেত্তুনা পাঙথোকই। ভারতকী অতৈ অতৈ ক্লাসিকেল জগোইশিংদা মাই মিৎ ইথক থকনা খোংজি থীন্নদুনা শাবা মদুগুম্বা নত্তে। জগোই শাবা মতমদা মীৎ চোইথোক্তনা খুৎকী খুদোলতমক য়েংদুনা শাবা জগোইনি। ভক্তিগী ঈচেলদমক ফোঙদোকপা জগোইনি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা গুরুজনশিংনা

* *ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোইগী মশক - গুরুঅরিবম সুরচান্দ শর্ম্মা, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ১৯৮৩ লা: ২*

হায়নৈ মণিপুরী জগোই রাসতা শীজিন্নরিবা অভিনয়শিংবু প্রেমভক্তি অভিনয়নি, সত্ত্বগুন ফোঙদোকপা মণিপুরী জগোই রাসকী অভিনয়নি। মসিনা রাসকী থৱায়নি। মসি অৱাংবা থাক্কীনি হায়না শ্কোলারশিংনা য়াননরি। রাস হায়বসিনা খঙনবদি বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজগোপীশিংগা শান্নখিবা রাসক্রীয়া অদুবুনি। হৌজিক্কী মতমদদি রাস হায়রগা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলম্বা মণিপুরগী জগোই রাস অসিবু খঙনরে । জগোই অদু অহানবা ওইনা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবা নুমিৎতকী নুমিৎ মঙানি চুপ্পা লাংথবালগী রাসমণ্ডলদা পাঙথোকখিবা অদুদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা রাধাগী শক্তম লৌদুনা, মহারাণী ঙাংবম চনু হরিমতীনা মকোক চিংদুনা পাঙথোকই হায়বসি নিংথৌরোল কুম্বাবদগী খঙই।[১৫]

নিংথৌগী মচানুপী বিম্বাবতীদি মতম অদুদা চহী ৮ গী বয়সনি। মহাক্না রাধিকাগী শক্তমদা মহারাস জগোই অদুদা য়াওখিবগী মরমদি শ্রী গোবিন্দগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌবদা রাধিকা ইবেম্মগী মূর্ত্তি য়াওখিদবদগীনি। শ্রীমতি রাসেশ্বরী য়াওদনদি রাস করম্না কৎকনি হায়দুনা রাজর্ষিনা পণ্ডিতশিংগা তান্নখি।

বৈষ্ণবশিংনা হায় - প্রকৃতিগী শকলোন পুবী শ্রীমতি রাধাদা চঙজদনা কৃষ্ণ ফংবা ঙমগদবা লৈতে। শ্রীমতি রাধাদি পরমা প্রকৃতিগী মশক্তি। প্রকৃতি পুম্নমকী হৌফমনি। প্রকৃতিদগী পোক্লিবা জীবসু প্রকৃতিনি। শ্রীকৃষ্ণনা পুরুষনি, রাধানা প্রকৃতিনি। শ্রী কৃষ্ণ ফংগে হায়রবদি রাধাদা হান্না চংজগদবনি হায়বসি বৈষ্ণবশিংগী বিচার অসিগী মতুং ইন্না রাজ পুরোহিত, ব্রহ্মসভা অমসুং অশাঙ অহৈগী পাউতাক মতুং ইন্না নিংথৌগী মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা রাধাগী মহুৎ

*(১৫) সংকীর্ত্তন হৌবদা অহানবদা পুংগী রাগ অচৌবা হৌই। অদুগী মতুংদা ঈশৈ হনবনা ঈশৈগী রাগ হৌরগা, গুরুবন্দনা, সভাবন্দনা তৌই। মদুগী তুংদা গৌরাঙ্গ ভাবীদগী কৃষ্ণরূপ ফাওবা শকই। সংকীর্ত্তনগী হৌনবী তিনতাল ঘাট, রাজমেল তানচপ, মেনকুপ পরীং অসি কায়হন্দনা সংকীর্ত্তন শকই। নুপা পালা সংকীর্ত্তনগী তুংদা জগোই রাস হৌই।*

শিন্দুনা শ্রী গোবিন্দ অভিষেকতা শরুক য়াখি অমসুং মহারাস জগোইদা রাধাগী শক্তম লাংদুনা রাসতা শরুক য়াখিবনি।

## শ্রীগোবিন্দদা কৎনবা মহারাস জগোই শেমগৎলকপা:

শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌবা লোইরগা অভিষেক তৌবদা মহারাস জগোই কৎনবা কার্ত্তা মহারাজনা শেম শাবা হৌগৎলকখি। জগোই অদু ওইহন্নবগীদমক শেমগৎপা, জগোইদু তম্বীবগী থৌদাংদি খুম্বোং সিদ্ধান্ত চন্দ্রমনিগী মনাও ইবুংঙো কবো খুম্বোংবদা শিন্নে। মদুদা মতেং পাংখিবা ওজাশিংদি রমানন্দ ঠাকুর অমসুং ঙাংবম স্বরুপানন্দনি। মখোয়না তান্নদুনা মৈতৈগী হান্না লৈজরম্বা কলা লাইহরাওবা, খৌ, থেঙ্গৌনচিংবদগী লৌদুনা রাস জগোইগী অভিনয় শেমগৎতুনা মণিপুরগী কলা কৃষ্টি, লৈহাওগা চুন্না তোপ তোপ্পা মওংদা মহারাস পুথোকই। জগোই অদু শেমগৎপা অমসুং জগোই অদুদা শরুক য়াগদৌরিবশিংদা তাকপি তম্বীবদু চহী অহুমলোম চংই, নিরূপণ তৌবনা খৃ: ১৭৭৬ তনি। অভিষেকনা খৃ: ১৭৭৯ দনি। জগোই তল্লিঙৈ মনুংদা মচা ইবেম্মা থৌরানী শাগদৌরিবা অমদি মকোকচিংবীগী থৌগল ফংগদৌরিবী ঙাংবম চনু হরিমতীসু শ্রীগোবিন্দগী প্রসাদি নত্তনা ঙানচিংবা চাবা থকপা তৌহন্দে। মশাদা ভক্তি প্রেমগী ব্রাখল্লোন পোকহন্নবা তম্বী তাকপিবসু তৌরমই। গোপী ওইনবগীদমক নিংথৌগা নক্লবা মরী মতা অমসুং সনা ইবেম্মশিংবুসু জগোই তমহল্লগা শ্রীগোবিন্দদা রাসলীলা কৎনবা শরৎ পূর্ণিমা ঙাইদুনা লৈখি।

## মণিপুরদা সংকীর্ত্তনগী পরম্পরা শেমগৎলকপা :

মহারাস জগোই পাঙথোকপদা সংকীর্ত্তন্না মাঙ থানা কৎলি। মণিপুরদা নট সংকীর্ত্তন হৌদোকপদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা নত্তে। মৈদিংঙু ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা মণিপুরদা সংকীর্ত্তনগী মরূ হুনখ্রবনি। মৈদিংঙু খাগেম্বা (১৫৯৭-১৬৫২) গী সনা হাকতক্তা লাইগী পূজাদা সংকীর্ত্তন কৎপা হৌদোকখ্রে। অদুদগী সংকীর্ত্তনগী মশা- মরেং ফন্দোরকখি।

মৈদিংঙু গরীবনিৱাজগী (১৭০৭ - ১৭৪৮) মতমদদি মীশি মীনাগী থৌরম, অস্তি লৌখৎপদা শ্রাদ্ধ শোনবদা সংকীর্ত্তননা পাঙথোকপা হৌরকখ্রবনি। মথং হাপতোক হাপচিন তৌদুনা নট সংকীর্ত্তনগী পরীং শেমগৎলকপনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র (১৭৬৩ - ১৭৯৮)গী মতমদদি মপূং মরৈ ফারবা কায়াৎ শুরবা ফিরেপ অমা লৌরকখ্রে।

মণিপুরদা চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তন অসি নবদ্বীপতা শ্রীচৈতন্যপ্রভূনা হৌদোকখিবা নাম প্রচার কীর্ত্তনদগীনি। মণিপুরদা নট সংকীর্ত্তন শকপগী মতাংদদি রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈগী সুর রাগ রাগীনি পান্দুনা শেমগৎলগা শকই। অসুম্না শেমগৎলকপগী মতাং অসিদা ৱারী অমা লৈ - রাজর্ষিনা ময়ামদা - মীরমদগী মতৌ তমদুনা শক্লরিবা সংকীর্ত্তন অসিবু ঐখোয়গী সুরদা রাগ রাগীনি পান্দুনা পুথোকপা ঙমগদবা কনা কনা লৈবগে হংবদা খুন্দ্রাকপম দামু অমসুং পুখ্রম্বম শেলুং অনীনা থৌনা ফনা চোংথোরক্লুনা - "ঐজ্ঞা ! ননাই ঐখোয় লাইবক য়েংজগে" হায়না নোল্লুক্লা নিংথৌগী সনায়াথংদু ফিগাও শানা ওকচখি। মখোয়না শেমগৎতুনা হৌজিক চৎনরিবা নট সংকীর্ত্তনগী শৈশক শৈদা পরীং অসি চৎনরকখিবনি। মতম মতমগী ওইনা মণিপুরগী কলাকার কয়ানা মশাগী ঈশৈ শৈরেং লেংদুনা শ্রী গোবিন্দদা মথং মথং কৎতুনা নট সংকীর্ত্তনগী লনগৈবু হেন্না ইনাক খুলহল্লকখি। মণিপুরদা জগোইরাস অহানবা ওইনা কৎপা অদুগী সংকীর্ত্তনগী পুঙ রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মশামক্লা থোল্লি। মতোল ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈ হল্লগা, ধরশাইনা দুহার ওই হায়না নিংথৌরোল কুম্বাবদগী খঙই ।[১৬]

*(১৬) য়োইবু মশানৌ ঙাংবম চনু হবিমতিনা চুকোই মকোকচিংলে তম্পা ৱাঙমলোন বিম্বাবতীনা থৌরানী শাদুনা রাসলীলা মপুং ফানবা তঙ্কলে.. সংকীর্ত্তন হৌরে, মতোন ইবুংঙো ঙৌব্রাম শাইনা ঈশৈহল্লে, ধরশাইনা দুহার , শ্রীযুৎনা পুঙ থোল্লে হায়রগা রাধাভাব সংকীর্ত্তন হৌই - নিথৌরোল কু ম্বাবা*

## জগোই রাস কৎনবগী রাস মণ্ডলী শেমগৎপা:

বৃন্দাবনগী রাস মণ্ডলদা রাধা কৃষ্ণনা রাসক্রীড়া শান্নদুনা লৈবা মফমদুমকনি খন্না মহারাস জগোই শান্নগদবা মফমদুদা রাসমণ্ডল শেমগৎলি। মসিগীদমক মাণ্ডব অমা খনগনি। মাণ্ডব অদুগী মখোঙ ১২ য়ুংলগা মযায়দা লৈশুনা অমসুং ফজবা উশানচিংবনা রাস মণ্ডল শেমই। ফিজঙ থাকলনচিংবা শীজিন্নদুনা মায়কৈ মরীদা লৈগী থোঙ অমমম ফজনা ফাৎকনি। শ্রীগোবিন্দগী মান্দবতা রাসমন্দল শেম্বদদি চৈ য়ুংলগা ফি অঙৌবনা কোয়শিন্দুনা নেমতক্লা শেমই। ময়ায়দুদা কোম তৌরগা থামচেৎ শানা উপাক্লা লৈমায়দগী খুদুপ অনীরোম ব্রাংনা ভদ্রচক্র শেল্লগা মদুদা শ্রীরাধা গোবিন্দ লেঙশিল্লি। সেবারীশিংনা চক্র অদু তোয়না তোয়না উরু উরু লৈহন্দুনা গোপীশিংদা রাধাকৃষ্ণগী দর্শন ফংহল্লি।

## জগোইগী পুর্ব্বরঙ্গ :

জগোই কৎপদা য়ৈখায় থিনগায় থোক্তনবগীদমক ঈশ্বরগী মফমদা চঙজদুনা লৈ চন্দন কৎপা, ফি বরিবা, ঈশ্বরগী গুন শকপা শোনবা অসিনচিংবসিবু পুর্ব্বরঙ্গ হায়না খঙনৈ।

পুর্ব্বরঙ্গগী মনুংচনবা ওইনা শ্রীগোবিন্দগী মাণ্ডবতা জগোই রাস পাঙথোক্লবগীদমক রাধা কৃষ্ণনা ভদ্র চক্রদা নোংপোক ওন্না লেঙশিন্দুনা লৈ। হৌনবী মতুং ইন্না ব্রাহ্মননা রাস উৎসর্গ তৌরগা আরতি কৎলি। অদুগী তুংদা শ্রী গোবিন্দদা কৎলবা লৈ চন্দননা ভাবোকপু স্বাগত তৌই। মাণ্ডব মপুবু বরিরবা তুংদা নট পালাগী ঈশৈ হনবা, দুহার, পূঙ য়ৈবনা ভাবোকতা দণ্ডবৎ তৌদুনা মথং মথং খুরুমই। হৌনবী মতুং ইন্না সংকীর্ত্তনদু পাঙথোকই।

নিপা পালা সংকীর্ত্তন লোইরবদা জগোই তম্বীবা ওজানা সুত্রধার পূঙ য়ৈবা ওইদুনা, সুত্রধারী ঈশৈ শকপীগা লোয়ননা যন্ত্র খোঙবা পুম্নমক্কা ভক্ত সভা ভাবোকশিং খুরুম্লগা মাণ্ডবকী অৱাং নোংপোক চিথেকতা ফমই। ফম্বা মতমদা পূঙয়ৈবা ওজা মকোকনা চিথেক অদুগী য়েৎওইননা ফম্লগা মাগী

ওই ওইনবা তুংইনবা পূঙ য়েবনা ফমই। মোইবুং খোংবনা পূঙ য়েবগী য়েৎতা ফমই। বাঁশি খোংবনা পূঙয়েবা মকোক অমসুং ঈশৈ শকপী মকোক্কী মতুং ওইরপনা য়েৎওই নাইনা ফম্বা হায়বসি নিয়ম ওইনা চৎনৈ।

সুত্রধারী ঈশৈ শকপীদি চিথেকতুগী ওইথংবদা মখা ওনদুনা ফমই। ঈশৈ শকপী মকোক্কী মথংদা তুংইনবী ফমগনি। অসুম্নাময়াম পূম্নমক ফমফম লাংদা ফম্লবদা লৈচন্দন সেবা অরাংফমনা চঙগনি অমসুং ফি বরিরবা তুংদা রাস হৌই।

## জগোই রাস কৎপগী হৌনবী মথং মনাও:

(ক) অহানবদা নিপা পালানা রাগ অচৌবা·হৌরগা গৌরাঙ্গ ভাবীদগী কৃষ্ণরূপ ফাওবা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শক্কনি।

(খ) অদুগী মতুংদা রাসকী সুত্রধার ওইরিবা পূঙয়েবনা পূঙগী রাগ মচা হৌরগা, সুত্রধারী ঈশৈ শকপীনা ঈশৈগী রাগ হৌই। রাগ তারবা তুংদা গুরু বন্দনা, সভাবন্দনা শক্লগা বৃন্দাবন বর্নন তারগা রাস হৌই।

(গ) মোইবুং খোংগৎতুনা মুরালী খোংদুনা শ্রীকৃষ্ণ লেংথোক্কদৌরে হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরগা শ্রীকৃষ্ণনা অভিসার তৌই। কৃষ্ণনা জগোই শানা শানা কুঞ্জ য়ৌগনি। শ্রীগোবিন্দগী মান্দবতা পাঙথোকপা রাসতদি কৃষ্ণ অভিসার য়াওদে।

(ঘ) শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জ য়ৌরবদা বেনু খোঙদুনা গোপীশিংবু কৌই।

(ঙ) শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিংনা রাধিকা ইবেম্মবু নাক য়েৎতা চামর থৌগল তৌদুনা কুঞ্জ তম্না লেঙই।

(চ) কুঞ্জদা রাধাকৃষ্ণ অনীনা লেঙশিল্লবদা সখিশিংনা সেবা তৌদুনা প্রার্থনা ঈশৈ শকই।

(ছ) গোপী রাগদগী তিনতাল, রাজমেল, তানচপ চণ্থগনি অমসুং জগোই মপোপ শাগনি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরী সংকীর্ত্তনগী বিচারদা

তিনতাল, রাজমেল, তানচপ অমসুং মেনকুপ অঙ্গ ৪ থোক্লা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমলীলাবু অভিনয় তৌদুনা কৎলম্বনি।

(জ) অসিগী তুংদা ভঙ্গি পরেং শাই।

ভঙ্গি হায়বসি শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাবদা ওইবা মূর্ত্তি অদুবুনি। ভঙ্গি পরেং হায়বসি মণিপুরী জগোই রাসকী য়াম্না মরু ওইবা জগোইনি। ভঙ্গী জগোইসি ধ্যানগী পোৎনি। নোংয়াই চবুক লোনবা কান্দা রাসকী অশেংবা মতমদা ভঙ্গী শাবনি; ধ্যানদা লুপচবগী খ্বাইদগী চুনবা মতমনি।

জগোই অসিবু উবদা ভাবোক পূম্নমক মঙলৈবাক্তা তাউবগুম, মশানা মশাবু কাউথোক্লদুনা নুংশিবা ঈশৈগী সুরনা থরায় হাপ্লবা থাবলগী তাংথক নাইদনা হৌরকপা গঙ্গাগী ঈচেলগুম তপ্না শিৎপা নুংশিৎকী ইপোমদা ঊরি ঊনানা হাইবগুম জগোই খুৎথেক উবদা পুমচীক চীকনা তাইবং মৈশা কাউহল্লিবা ভঙ্গী পরেং জগোইনি। মণিপুরগী মাণ্ডবতা রাসমণ্ডল শেমদুনা শান্নবা জাগোই রাসতদি ভঙ্গী পরেং শারিঙৈদা, হৌগৎপা য়াদে, তৌহৈদে হায়নবা লৈ। নিলখোংবনা অচিকপদু কায়হন্দুনা রস চুপচরিবা ভক্তশিংগী মফমদা লঙজবা থোকহনবা য়াই হায়না খনবগীনি। ভঙ্গী শাবা লোয়রবদা শ্রীমূর্ত্তি শাবা লোইরে হায়দুনা মূর্ত্তিদু পুক্নিংদা মমি তাহল্লগা মাঙদা ঙাক্লোইবা রাধা গোবিন্দবু খুরুমজরগা হৌগৎতুনা চৎখিবা য়াই। শ্রীকৃষ্ণ নৎত্রগা আত্মা পরমাত্মাগী নুংঙাইবা লৈপুন লীলাদি ভঙ্গি অসিনা ওইবনি।

লাই হরাওবগী মাইবী জগোই অমদি রাসকী ভঙ্গি জগোইগা মান্নবা লৈ। মাইবীগী জগোইদা অহানবদা ধ্যানগী ফিরেপ ওইনা মিৎ নাতোন মতোন্দা থমই। ভঙ্গীদনা জগোইনা রাসকী লাইবু কৌদুনা থম্মোয়দা লাৎলি।

তাং - এখিৎ - ।ঘিন্ন গর

ধিন্ত - ধিন - । ধেন তা

ধিন - থেন - । ধিনতা

তেন - তা - । তেনতা তাক।

ভঙ্গিগী পূংলোননি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণগী মথেক অহুম থেকপদু তমদুনা শাথেক পুথোকই। মণিপুরী জগোইগী গুরু হাওবম তোম্বা সিংহগী মত মতুং ইন্নদি ভঙ্গি পরেং অসিগী অভিনয়বু কুপ্না নৈনরগা রাস জগোই পূম্বা শুনা খণ্ডবা ঙমগনি। ভঙ্গি পরেং শারবতদা মণিপুরী জগোই অসিবু রাস কৌবনি হায়রি। ভঙ্গি পরেংগী অহানবা তাংকক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মথেক অহুম থেকপদু অভিনয় তৌদুনা পুথোকই। শ্রীকৃষ্ণগী হস্ত (খুৎ) না বাঁশি পায়দুনা অধরদা হাপ্পা অদুসু অভিনয়না ফোঙদোকই। শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিবু পুথোক্ল । গীদমক খুৎ থাঙ্গৎপা, হাইথবা অমুক থাঙ্গৎতুনা অধরদা বাঁশি হাপ্পা অদুবু অভিনয় তৌদুনা শাবা জগোই অদুনা বেদগী মন্ত্রবু ফোঙদোকলিবনি।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনদি ভঙ্গি পরেংদা বাঁশি মুদ্রা পুথোকলমদে। মসিদি তুংদা হাপকৎলকপনি। ভঙ্গি পরেং অসিদি মণিপুরী জগোই রাসতদা শাবনি, পৃথিবীগী জগোই অতৈদা শাবা জগোই নত্তে।



*By courtesy A. Sudersan Singh*

মহারাস জগোই

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা কৎলম্বা ভঙ্গি পরেংগী শাথেক খুৎথেক (অভিনয়) শিংদি অয়াম্বনা মৈতৈগী হান্না লৈজবা জগোই খুথেক্তগী লৌরগা শেম্বনি। রাসকী ভঙ্গি পরেং- লাই হরাওবগী হকচাং শাবগা ভাব অমত্তনি । মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবনা অসুম্না হায় - ভঙ্গি পরেংদা য়াওরিবা চম্প্রা ওকপী, চম্প্রা খায়বী অসি লাই হরাওবগী মনুংদা য়াওরিবা পাম্হৌইবীনা

নোংপোক নিংথৌদা লান্ননবা লৈ হেকপা, খায়বগী খুৎথেক্তগী শেম্বনি। লশীং কাপ্পী, লশীং মনবীনা লাইবৌ ফিশা জগোইদগী লৌবনি। ভঙ্গি পরেংগী ঘাট তাবা, চক্র লৈবী, থবাক্তা খুৎ ওয় থল্লগা খুৎ য়েৎনা শাবা জগোইদি লাইবঙথৌ লাইনুরানা শান্নবা ফিবুল ওকপীদগী লৌবনি। চালি জগোইগী খুৎথেক শাথেক অয়াম্বা পান্থোইবী জগোইদগীনি।

কৃষ্ণনা জগোইদা খোঙ নাম থাঙ্গৎলগা খোঙ নামনা খুদোল লৈতারগা লৈবসু ফি শা ওকপী শান্নবনি। ৱাংনা চোংবা য়াদবগী তাৎ তৌদুনা চোংবা মান্দনবা খুদোল কাঙলগা লৈবনি।

মসি ফিবুল ওকপীদা নুপীনা চোংবা য়াদবা নুপানা লৈবদা চোংবা ওইনা শেমই। রাসতা কোয়না চৎলগা পুস্পাঞ্জলি কৎপা অসি লাই হরাওবগী মথেক চৎপদগী শেমদোকপনি । অদুগা অতোপ্পা মখলগী রাসতা মরি থোকপী জগোই, লাই হরাওবগী চোঙখোঙ লিৎপদগী শেম্বনি । অনী থোকপী জগোইনা লাই হরাওবগী ফুঙ্গারোল জগোইদগীনি ।

অসুম্না রাজর্ষিনা শেমলম্বা সংকীর্ত্তনগী পরীং, পূঙলোল, রাগ রাগীনি, জগোইগী অভিনয়শিং কয়া অসি মণিপুরগী মশাগী ওইজবা মরল ঙাকনি । ভক্তিনা মপুং ওইনা কৎপা রাস ওইবনা মিৎ মায়গী অভিনয় কয়া য়াওদে । অদুম ওইনমক রাসকী শরুক খূদিংদা খুৎনা শাদুনা ভাব ফোঙদোকই । মদুগী খুদম অমতং মাইস্নাম ওঝা অমুবী সিংহনা ইবিরম্বা অমসুং মদুবু মোৎ তৌবা হায়না খঙনদুনা অভিনয় তৌবা অদু মখাদা পীজরি ঃ

শরদকী পূর্ণিমা ইংনা লুবা অহিং
ঙাল্লক্লে নিংথিনা বন পুম্বা
মাল্লিকা মালতি লৈ খিবিক্লা শাৎলি
খোইমুগী মপৈশু পাইরি।।
মলয়া নুংশিৎনা হৈনম লৈনম য়েল্লি।।

নিংথিহল্লে বন পুম্বা ।।
বনগী ফজবা উবা মী পুম্বনা পাম্মি
মাধবনা থোইনা পেল্লি।

ঈশৈ অসি শক্লা শক্লা পূর্ণিমাগী থাবলবু খুৎনা মান্নবা উৎতুনা মোৎ তৌদুনা জগোই শাই। মাল্লিকা মালতি শাৎলিবা, খোইমু পায়রিবা, লৈরাংদা খোইমু পাইরিবা, লৈরাংদা খোইমু ইল্লিবা পূম্নমক মালহন্না খুৎশা, শাথেক্লা খুৎথেকনা য়াম্না ঈংনা উৎলিবা অসি নাট্য শাস্ত্রনা হায়রিবা অঙ্গিকাভিনয়নি হায়না জগোই ওঝা হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মনা মোত পীরি। অসিগা লোয়ননা নাট্য শাস্ত্রনা হায়রিবা আহার্য্যাভিনয়গী অলঙ্কার হায়বদু জগোই রাসতা কৃষ্ণনা, রাধানা, গোপীনা পোৎলোই শেৎপা, চন্দন থিনবা, খুজি নাইননচিংবা লৈতেংবা অসিনা ফোঙদোকই হায়রি। জগোই রাস শান্নবদা মরোল থোকপা তেনব্বা অদুনা ব্রজ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না শোল্লকপা মতাং অসি সঞ্জীব আহাষ্যাভিনয় হায়বদুনি হায়নসু শ্রী থম্বাল শর্ম্মনা ফোঙদোরকই।

শম্না হায়রবদা মণিপুরগী জগোই রাস অসি শাস্ত্রগী নিয়ম কায়হন্দনা, ভক্তিদা য়ুম্ফম ওইদুনা, মণিপুরগী হান্না লৈজরবা সংস্কৃতি কলাসু য়াওরবা মপুং য়াম্না ফারবা অমসুং তোপ তোপ্পা জগোইনি অতৈ লমদা লৈতবা। মণিপুরগী রাস জগোই অসি ভারতকী ক্লাসিকেল দান্সশিংগী মনুংচল্লি।

॥০॥

# জগোই রাসকী মখল

মণিপুরী বৈষ্ণবশিংনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী লীলাবু অভিনয় তৌদুনা মণিপুরদা শান্নরিবা জগোই রাস মখল মঙানি। মখলশিং অদুদি মহারাস, কুঞ্জরাস, বসন্তরাস, নিত্যরাস অমসুং দিবারাসনি। অহানবগী মখল অহুমসিনা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকলম্বনি। নিত্যরাস অমসুং দিবারাসনা রাজর্ষিগী মতুংদা পাল্লকপা মণিপুরগী নিংথৌশিংনা শেমদুনা হাপকৎলকপনি।

জগোইশিং অসি অখন্নবা ঋতুগী অককনবা পর্ব্বদিনদা শান্নবনি। পাম্মী হায়দুনা মতমদু নত্তনা শান্নবা য়াবা নত্তে। রাস মখলশিং অসিদা চথবা পরীংদি ইমান মান্নে।

## মহারাস:

জগোই অসি মেরা ৱাফুকপা হায়না খঙনবা হিয়াঙ্গৈ (কার্ত্তিক) পূর্ণিমাদা শ্রীগোবিন্দদা কৎপা জগোইনি। শ্রীমদভাগবতকী রাস পঞ্চাধ্যায়গী ঈশৈনা মপুং ওই। শ্রীকৃষ্ণনা রাসমণ্ডলদগী মাঙখিবা, গোপীশিংনা কৃষ্ণবু থিবা, ব্রজগী রাসক্রীড়াগী পরীং অদুদা জগোই রাস অসি চৎখে।

## কুঞ্জরাস:

মসিনা মেরা থাগী পূর্ণিমা, মেরা ৱায়ুংবা হায়না খঙনবা পর্ব্বদিন অসিদা শান্নবা জগোই রাসনি। মসি পদ্ম পুরানগী পাতাল খণ্ডদা য়ুম্ফম ওইরগা শেমগৎপনি হায়না থাজনৈ। মসিদা উৎলিবদি রাধা কৃষ্ণনা সখিশিংগা লোয়নননা কুঞ্জলীলা শান্নবনি। মসিনা মহারাস জগোইদগী তেল্লি।

## বসন্তরাস:

রাস অসি শজিবুগী পূর্ণিমাদা শ্রীগোবিন্দদা কৎলি। বসন্ত রাসতা আবের খেল য়াওই। চন্দ্রবলীগী জগোই অমসুং শ্রীরাধিকাগী মান য়াওই। গীত গোবিন্দগী শ্লোক কয়ামরুম ঈশৈ ওইনা রাস মখল অসিদা শকই।

খুল্লকর্তদি রাস অসি কালেনগী পূর্ণিমা ফাওবা, করিগুম্বদনা ইঙেন থা ফাওবা চোন্থনা শান্নবা য়াওই।

## নিত্যরাস:

জগোই রাস মখল অসিদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা হাকতক্তা হৌদোকপনি। জগোই অসি শেমগৎপদা নিংথৌনা মতেং লৌখিবা ওঝাশিংদি সনাচন্দ্রহাস, থোকচাউ মরিবা অমসুং বামন থৌরানীশাবীনি। রাস অসিগী ঈশৈনা গোবিন্দ লিলামৃতদগী লৌরগা শেম্বনি।

নিত্যরাস অসিদি শ্রীগোবিন্দদা কৎতে। মসিগী মরমদি নিংথৌগী মচাইবেম্মা বড়সাহেব ওংবী সনাতোম্বীনা মাগুব খন্দুনা রাস কৎখিবদুগীনি। নিত্যরাসপু নর্ত্তনরাস হায়নসু কৌনৈ মরমদি মসিদা জগোই য়াম্না য়াওবদগীনি। মসিদা বৃন্দা সখিনা লৈ থিবা, কৃষ্ণগা বৃন্দাসখিগনা শয্যা শেম্বা, ললিতা সখি, বিশাখানচিংবীগী জগোই য়াওই। শুক সারী অনীমক্কী জগোইসু শাই। বৃন্দাবন ভঙ্গি পরেং অমসুং খুরুম্বা ভঙ্গি পরেং শাই।

## দিবারাস:

জগোই রাস মখল অসিনা চুরাচান্দ মহারাজনা হৌদোকলম্বনি। জগোই অসিবু শেমগৎপাদি ওঝা অখাম তোম্বনি। নরোত্তম ঠাকুরগী লালসা পদাবলিদগী লৌথোক্নুনা রাস অসিগী ঈশৈ শকই। অদুগা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণ অমসুং সখিশিংগী গোষ্ট ঈশৈসু শকই।

রাস অসিদা অনঙ্গমঞ্জুরী য়াওই। মসি দিবারাসকী তোপ তোপ্পা মশক অমনি। শ্রীকৃষ্ণনা ময়ায়দা লৈরগা য়েৎথংবদা অনঙ্গমঞ্জুরী, ওইরোমদনা রাধা

লৈরগা অহুম পুন্না জগোই শামিন্নৈ। রাধা নর্ত্তন, অনঙ্গমঞ্জুরী নর্ত্তন, প্রার্থনা অমসুং অরোইবদা পুস্পাঞ্জলি কৎচরবদা অতিয়াগী লাইয়াম্নসু স্বর্গদগী পারিজাৎ লৈরাং চাইথরকপা অসিনচিংবসি দিবারাসতা য়াওই। জগোই অসিদি নুংথিলগী মতমদা শান্নে। মসিগী মরমদি অনীশুবা লাঞ্জাওগী মতমদা মণিপুরদা নুমিদাং মৈ থানবা য়াদবদগী জগোই তম্বদি হৌরুরগা নুমিদাংদা শান্নবদি য়াদদুনা নুংথিলদা শান্নখিবদগীনি হায়নৈ। ভগবতকী বিধানদদি নুংথিলদা রাস কৎপা য়াদবনি। মতমগী হোংলকপা মতুং ইন্না বিধি নিয়মদগী থৈদোক্লগা নুংথিলদা জগোই রাস অসি শান্নরকখি।

গোপী গোপাল রাস নৎত্রগা এক গোপী এক শ্যাম রাস মখল অসিদদি কৃষ্ণ অমগা গোপী অমগা যোগ মায়াগী শক্তিনা শান্নহনবনি। জগোই অসি শেমগৎলম্বা ওঝাশিংদি নিংঙোম্বম গোবিন্দ, কাংঙবম অমু অমসুং নিংঙোম্বম ইবোমচা সিংহনি। রাস মখল অসি চুরাচান্দ মহারাজগী মতমদা পুথোকখিবনি। মপুংদা মহারাসকা মান্নরিবনি। মহারাস মক্লি হায়না লৌগদবনি। হৌজিক্কী মতমদদি রাস অসি ইসান সান্নখিদ্রে।



নিত্যরাস

॥০॥

## রাসধারীগী প্রণালিকা (গোবিন্দগী)




*শ্রী সুরচান্দ শর্ম্মা, মৈতৈ জগোই (মরিশুবা শরুক)*
*১৯৭০, লা: ৪০।*

# জগোই রাসকী ফিজেৎ লৈতেং

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা হৌদোকপিরম্বা জগোই রাসকী ফিজেৎ ফিজোলদি শ্রীমতি রাধা অমসুং গোপীশিংনা লৈতেং তৌদুনা শেৎলিবা পোৎলোই হায়না খঙনরিবা অসিনি। শ্রী কৃষ্ণনা থোল্লিবা সনা ফিগে ফৈজোম, খোঙদা নুপুর, নিংজোলদা য়াম্থুরিবা ধোরা, লেংবান্দগী য়াম্থুরকপা খুকউ য়ৌনা লৈতেংবা ফি, ঙক্তা শিরিবা মণিরত্ন বনমালা, কোক্তা ব্রাহোংগী মতুনা লৈতেংলিবা, খুদাংদা তাল, খুজিনচিংবা শিরগা বাঁশি থোনলিবা অসিবু পূন্না নটবর বেষ হায়রগা খঙনৈ।

কৃষ্ণগী নটবর বেষ থোনবদি অহানবদা সনা ফিগে ফৈজোমদু গুঞ্জা থাদদুনা শেৎলগা মচু মচুগী লংনা পরেং শেন্নবা ধড়ানা মথক্তা হাপই। নাকয়েৎ অনীমক্তা খাওন হাপই। খ্বাংনপ অশাংবা অমনা মাঙদা য়াম্থদুনা হাপ্লগা মদুগী মথক্তা খ্বাঙ্গোয় অমনা অমুক লাকশিল্লি।

থবাক্কী ময়ায় ওইনা মানিক মপাক (কৌস্তভ) শানা মিংশেল থিনবা পিশিন্দ্রাই মরী য়াম্থে। ঙকশমদনা লীকয়ান পরেংনা ঙমশম পকপী ওইনা অদুদগী ক্যামলিকফাং, হৈক্রু পরেংনচিংবা মথং মথং শিরগা লৈপরেং অমনা লিক খোম ওই। পাম্বোমগী তাল পাম্বোম য়াই, খুৎনমদা খুৎতোপ, খুজেংদা লৈমা, লৌজিক, পাম্বোম অফাংবীনচিংবনা খুৎকী লৈতেং ওই।

কোক্কী লৈতেংগীনা অমুবা ফিদা চীরোঙ মুকুট, নাখুম, কজেংলৈ, তুংদনা শমজিরৈনি। নাদনা চোমায়নি। কোক্তনা ব্রাহোং মতুগী চুরানা লৈতেংই। লাইবক ময়ায়দা চিত্রাবলী, খোঙনা নুপুর অমসুং খোঙদোপ্পা লৈতেংই।

গোপীশিংগী কোক্কী লৈতেংদি "কোক তুম্বী" হায়রগা খঙনৈ। মসিদি কোক্কী শমদু মথক্তা লৈখৎলগা পুন্দুনা শেম্বনি। রেসম ফুরিৎ জাকিৎ খায়বা লিৎলি। ফিনা সেগা য়ৌনা থবাকয়েৎ হাপই। খ্বাংদা কুমিন পোৎলোই শেৎলি। ঙকশমদা মরৈ পরেং, থরোই মনীং, ঙাঙ্গোয় পরেং, শন্দ্রেম্বী পরেংনচিংবা লৈতেংই। কোক্কী লৈতেং ওইনা মায়খুম হাপই।

নিত্যরাসতদি গোপীশিংনা থবাকয়েৎ শীজিন্নদে। কোকতুম্বীগী মহুত্তা তুংদা শম পুল্লগা সনা মচুগী ধাতুনা তম্ফা থিনবা অমদি চমকি কিনার হৎতুনা শেম্বা ঝাপানা শমদা লাইবক্তা থেৎলি। নাকোং অনীদা কর্নকুল, শমজিদা শমজি ময়োল, শমজিচপ, শমজিথেৎ, কুরাকনচিংবা থেৎলি।

নিত্যরাসকী ফিজেৎ লৈতেং অসিগী মতাংদা শ্রীমতি রাজকুমারী নিত্যাইবাৎ সনাজাওবী, রাসেশ্বরী পালাগী মকোক ওইনা থৌপুরম্বীনা অসুম্না তাকপিরমই - "মণিপুরদা মেজর মেকসুয়েলনা বড় সাহেব ওইনা লৈঙাক শাসন পুরিঙৈদা সুরচন্দ্র মহারাজগী মচাইবেম্মা অতোম্বী বড় সাহেব ওংবী হায়না খঙনখ্রবী সনাতোম্বীনা মেকসুয়েল সাহেবকী শুমাংদা নিত্যরাস কৎখি। জগোই



রাস জগোইদা কোকতুম্বী পোৎলোইশেৎপা গোপী অমসুং নটবর বেশ থোনবা কৃষ্ণ

রাস অদুগী মকোকচিংবীনা সনাতোম্বীনি অদুগা মহাক্না (নিত্যাইপাৎ সনাজাওবী) রাধা ওইনা শরুক য়াই। ময়াম্না কোকতুম্বীগী লৈতেং শীজিন্নবা য়ারোই হায়বদগী গোপীগী কোক্কী লৈতেংদা ঝাপা হাপ্পা, কুরাক তোংবা অসি হৌদোকখিবনি।”



নিত্যরাসকী ফিজোলদা গোপী অমা

কৃষ্ণগী নটবর বেষ অমসুং গোপীগী পোৎলোই ফিজেৎ লৈতেং অসি মণিপুরী রাসতগী ওইবা মণিপুরগী মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা মখলগী লৈতেং পোৎলমনি। লৈতেং পোৎলমশিং অসি মণিপুরগী খুৎশা হৈবী নুপীশিংনা শেম শাদুনা পুথোকপা ঙাকনি।

## জগোই রাসকী পোৎলোই ফিজোলদা অধ্যাত্মিক্কী রস:

মণিপুরীশিংনা মীয়াম মাঙদা লেন্নজরিবা, চাওথোকচরিবা জগোই রাসকী পোৎলোই ফিজোলসি শ্রীযুৎ মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পুথোকপিরম্বনি। শ্রী কৃষ্ণনা থৌজানবিদুনা নিংথৌগী মঙলান্দা উহনবিরম্বা রাসকী ফিজেৎ লৈতেং পূম্ন মক ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা অখণ্ড অহে পণ্ডিত মাইচৌনচিংবা তান্নরগা মঙফাওনহনখি।

মণিপুরী জগোই রাসকী পোৎলোই হায়রগদি কৃষ্ণগী নটবর বেষ অমসুং গোপীগী কোকতুম্বী ফিজোল অসিনি। পোৎলোই ফিজোল অসিবু উবদা

কনাগী পূক্লিং শুমহৎলোইদগে ? মসিগী তোপ তোপ্পা শক্তম লৈজবনি, অতৈ লমদা লৈতবনি।

জগোই রাসকী পোৎলোই ফিজেৎ অসি শেমগৎলকপা মতমদা রাজর্ষিগী কল্পনা অমসুং অখন্নবা মিৎয়েংনা মণিপুরগী হান্নদগী লৈজরকপা কলা সংস্কৃতিগী তাবু নুংদগী মচাক মরল চিংথোক্তুনা হাপচিল্লি। খুদম ওইনা গোপীগী পোসব্রাল, কৃষ্ণগী কজেংলৈ মৈতৈগীনি। মৈতৈগী লাই ঈকৌবা লাইনুপী থিবা অমসুং লাইমাঙ ফম্বদা ফি কুপশিন্দুনা ধর্ম্মগী চৎনবী পাঙথোকপা মওং অদুদগী লৌদুনা গোপীগী মায়খুমফি হাপ্পনি হায়না অখণ্ড অহৈ পণ্ডিতশিংনা মত পী। মসি হিন্দু নুপীগী কোক ফি থাদোক্তবা অমসুং মায় খুম্বগী চৎনবী অসিগসু মবী লৈনৈ। গোপীগীদা খাওন হাপ্পসু ইনফি য়ানবগী মওংনি।

শ্রীযুৎ মহারাজ চুরাচান্দগী সনা হাকতক্তা ফিজাও হাপ্পা হায়বা অমা রাসকী ফিজোলদা হৌদোকপিরমই। মসিদা থবাকয়েৎ, খাওন য়াওদনা খাওন মরীগী মওংদা ইন্নফি থুপ্তুনা তুংমাঙ হাপ্লগা মমৈগী ফিজিদুনা কুপখৎলক্তুনা মায় খুম্মী।

মণিপুরী জগোই রাসকী কৃষ্ণগী গোপীগী পোৎলোই শেম্বদা মণিপুরগী থায়নদগী লৈরকপা ফিরিবগী, নিংখম শমজিন শেম্বগী কলা শিজিন্নবা উবা ফংই। অসুম্না কুপ্না শেমগৎপা কৃষ্ণগী নটবর বেষ, গোপীগী পোৎলোইদু শেৎতুনা রাসকী জগোই শাবদু ভাবোকশিংনা থেঙলবা অহিংদা মেঙলবা তপ্লবা ঈশৈ জগোইগী ইপোম মরক্তা উবদুদি মঙলৈবাক অমদা অসুম তাউদুনা শান্নবগুম ফাওহল্লি।

মণিপুরী জগোই রাসকী ফিজোলশিং অসি শাস্ত্রগী নীতি নিয়মগী মখাদসু শেমগৎলিবনি। শাস্ত্রনা হায়রি সত্যযুগতা ধ্যান, ত্রেতা যুগতা হোম, দ্বাপুর যুগতা পূজা অমসুং কলি যুগতা সংকীর্ত্তননা ধর্ম্মনি। ধর্ম্ম তৌবদুদা ত্রিকছ শেৎত্রবদি মাংই হায়। অদুনা নটবর বেষতা নামৈনে, গুঞ্জানে অমসুং ওয়গী ফিরৈনে অহুম অসি শুনা শেৎলি। ইনফি য়াওদ্রবসু ফি শেত্তবা কৌই, ধর্ম্ম

তৌবা য়াদে, কোকসু থাদোকপা য়াদে হায়বা ধর্ম্মগী নিয়ম অসিগী মতুংইন্না গোপীগী পোৎলোই ফিজোল শেৎপনি। *

রাসকী পোৎলোই অসি সুপ্নগী য়েংবদা ফজবা, অরং অরাক্কী ওইবা মিৎথকহন্নবা ফিজোল লৈতেংনি হায়না লৌবা চুমলোই। অধ্যাত্মিক্কী ৱাখল লোয়নবা রাসকী ফিজেৎ লৈতেংনি। ফিজেৎ লৈতেংসি শেম্বদা নুংগী অধ্যাত্মিক্কী রস য়াওরি। গোপীগী ফিজোলদা থবাকয়েৎ, অমসুং মায়খুমফি অসিদা থাক ৱাংলবা নুংগী ৱাখল্লোন য়াওরি। ঈশ্বরগী মফমদা চঙজবদা কামগী মশক য়াওহন্দে হায়বসি ফোঙদোকলি। নুপা নুপী অনীগী ফিজেত্তসু ত্রিকচছ হায়বসি মওং কায়দনা শেৎলি। পোৎলোই শেম্বতা নত্তনা পোৎলোই শেৎপা, শেৎলিবা মী অদু ফাওবদা শেংথ্রবা ৱাখল্লোন নিতী নিয়ম ঙাকনা পোৎলোই শেৎলিবনি।

মণিপুরী জগোই রাসকী কৃষ্ণ শাগদৌরিবা অঙাংদু ইরু মাইথজরগা ফি শেৎকনি। নোংমা ৱাৎলিঙৈদগী হৌনা কৃষ্ণ শাগদৌরিবা অঙাং অদু শা, ঙা, চানদে ; নিরামিষতমক চান্নে। ফি শেৎপদা য়ুমগী ইশোক ফমেন্দা, অঙৌবা ফিদাদা নোংপোক ওন্দুনা ফমলগা শেৎকনি। পোৎলোই শেৎকদৌরিবা মীওই অদুসু ফিশেং শেৎকনি। মঙোন্দা ক্বা তাঙ্গা অমসু দক্ষিনা হান্না বরিগনি।

রাসকী ফিজেৎ শেৎপা লোইরবদা ৱাই তৈথোক্লবা অশেংবা মফম অমদা পুজাগী থৌরম - ঘট, ধুপ থাউমৈনচিংবা লাঙলগা মদুগী মাঙওইননা ফম্লগা ব্রাহ্মননা হৌনবী পুজা তৌই। পূজাগী তুংদা শান্তি হাইদোক্লগা সংকল্প তৌদুনা অফবা পুঙফম য়েংদুনা রাস কৎফম মাগুব তানা যাত্রা তৌদুনা চৎলি।

রাস জগোইদা রাধা কৃষ্ণগী লীলা অসি মণিপুরদা ফজনা, ধর্ম্মগী বিধি নিয়ম ঙাক্লা পাঙথোকলিবা অসিগুম্না পৃথিবীগী মফম অতৈদা লৈতে। রাধা

---

**Source:* *রাসলীলা (জগোইগী হৌরকফম) মণিপুরী জগোই সেমিনারগী নৈনখিবা মশক* *Edited by E. Nilkanta Singh,* *মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি, ১৯৭১।*

কৃষ্ণগী ভাবতি বৃন্দাবনগীনি। অদুবু মণিপুরদনা হেন্না হকচীন্না অমসুং মগুণ লৈনা অচুম্বা মওংদা ফোঙদোকই। জগোইদু পাঙথোকপা মতমদা ভক্ত বৈষ্ণব ভাবোকশিংনা হরাওবা, অপেনবগী পি শিন্থুরিবনি। রাস জগোই অসি ১৮ শুবা শতাব্দীদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুরী সংস্কৃতিদা খুদোল তন্বীরম্বনি। তুংদা লাকপা মণিপুরগী নিংথৌরোলশিংনসু মণিপুরী জগোই রাসপু য়োকখৎপিরমই। মসিগীদমক লোয়শঙ শেমগৎতুনা খঙহৈরবা গুরু পণ্ডিতশিংগী সভা অমা শেমদুনা ঈশৈ জগোই বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা কুপ্না নৈনদুনা শেমগৎপিরমই। অদুমওইনমক মতমগী অহোংবা য়াওলদা মণিপুরী রাসকীসু য়াওল লাক্লি। পৃথিবীগী লৈরিবা ক্লাসিকেল জগোইশিংগী মরক্তা লেমজনিংঙাই ওইবা খুদা অমা কন্দুনা লৈবা ঙম্নবা য়াম্না চেকশিন্না শেন্নবগী তঙাইফদবা লৈ।

রাসকী পোৎলোই, ফিজেৎ লৈতেংশিং অসিবু কুপ্না য়েংশিনবদা মণিপুরগী 'ফিরিবী' লোয়শঙবু নৌহৌনা নীংশিংহল্লি মরমদি রাসকী পোৎলোই তুবা শেম্বদা শীজিন্নরিবসি মণিপুরদা ফিরিবা হায়না খঙনবা কলা অসিনি। ফিরিবী লোয়শঙদা শেম শাদুনা পুথোকলম্বনি।

ফিরিবী লোয়শঙ:

মণিপুর নিংথৌগী সনা কোনুংদা ফিরিবী লোয়শঙ হায়দুনা লৈরমই। লোয়শঙ অদুদদি নুপীশিংতনা কাদুনা থবক শুই। লোয়শঙ অদুবু মহারানীনা য়েংশিল্লি। লোয়শঙ মকোক পুরিবী অদুবু ফৌরুংবী হায়না কৌই। লোয়শঙ অদুদা কাবী নুপীশিংবু সনা কোনুংগী মীশিংনা য়াম্না ইকাই খুম্নরমই। মখোয়না পাঙথোকপা থবক্তি ফিরিবা হায়বসিনি। মসিদা তৌরিবদি ফি অমদা দিজাইন পুথোক্লগা মদু কাতিনা চপ্লগা অতোপ্পা ফি অমদা য়েতুমনা তাইদুনা (লিদুনা) শেম্বনি। অতৈ লমদমদি মসিবু এপ্লীক ব্রার্কস হায়রগা খঙনৈ।

অতৈ লমদদি এপ্লীক ব্রার্কস অসি নুপাশিংনা তৌই অদুগা মণিপুরদনা নুপীশিংতনা তৌই। মীরমদা পুথোকপা দিজাইনদি শগোল শামু উটনচিংবা




পোৎলোই (কুম্মীন) রাসকী ফিজোল ১৯ শুবা সতাব্দীগী

ইপৌ পৌবা, তচাও তচাওবা মওংদনি। অয়াকপা মচু শীজিন্নদুনা ফকলাংদা থেৎনবা, ছাটিন, বেগকুম্বদা সেমিয়ানানচিংবা শেমদুনা পুথোকই।



ফিরিবীশিংনা লিদুনা পুথোকপা জগোই রাসকী কুম্মীন পোসৰাল

মণিপুরগী এপ্লীক ৱার্কসতি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী কলা কৃষ্টিগী থবকনি। য়াম্না লেমজবা অঙ্গংবা ফজবা মখলগীনি। লৈম নিংথৌ অঙম অথৌশিংনা শীজিন্নবা পোৎনি। অমনবা ফি শীজিন্নবা য়াবা নত্তে। খুৎহৈবী নুপীশিংদুনা হান্না য়েকপা খোৎপসু তৌদনা ফি অমবু অনী অহুমলক লোন্নদুনা থুপ্লগা তাহন্নিংলিবা দিজাইনদু কাতিনা চপ্লগা হেক্তা তাহল্লি। অদুম্না ককলবা দিজাইন অদু অতোপ্পা ফি অমদা খেংদবা মচুগী লংনা লুপাগী, সনা মচুগী ঝরীনা, কব্রংনা য়াম্না কুপ্না য়াম্না খুৎ চংনা লিবনি। মদুনি ফিরিবীশিংগী থোইদোকপা হৈশিংবা, মগুন।



অঙম অথৌনা শীজিন্নবা নীংখম

ফিরিবী লোয়শঙগী নুপীশিংনা পুথোকপা পোৎলমশিংদি অঙোম নিংথৌনা শীজিন্নবা নীংখম, মহারানীগী লুহোং ফিবান, কোঙ্গোল থিনবা ফুরীৎ, জগোই রাসকী পোৎলোইদা কোঙ্গোল থিনবা, লাইগী লুহুপ চুড়ানচিংবা অসিনি।

ফনেক ময়েক নাইবীগী ফীবান্দা, নীংখম শমজিন্দা লোল্লিবা অদুনা খোই হায়বা দিজাইন অসিনি। ফনেক ফীবান্দা খোই লোনবা অসি মৈদিংঙু য়াংলৌ কৈফাবা (৯৬৯-৯৮৪) না মণিপুরদা পানবা মতমদা হৌদোকপনি হায়না চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙই। ফনেক ফীবান্দা লোনবদগী হেন্দুনা মুক্না শান্নরোইশিংনা, হি তোংবগী তেংমাই লেপ্পশিংনা, লাই হরাওবদা অঙম অথৌশিংনা হরাও জগোই শাবদা শীজিন্নবা নীংখমদসু খোই লোল্লি। নিংথৌগী খদাংয়েৎতনা থম্বাল চেপলৈ হায়বা থম্বাল লৈনাদগী লৌবা দিজাইন অসিনা লিদুনা নুপী ফিরিবীশিংনা শেমই। খোই ময়েক্তগী খর হোংদোক্নগা শেম্বা পাখংবা ময়েক হায়বসিনা নিংথৌগী নীংখমদা শীজিন্নবা শেমই। ক্নাকলৈ হায়বা উরৈদগী নমুনা লৌরগা অঙম অথৌশিংগী লমজিন ফীবান্দা ফিরিদুনা নুপী খুৎহৈবীশিংনা শেমই।



খোই লোনবা ফনেক ময়েক
নাইবীগী ফীবান

খৃষ্ট কুমজা ১৮ শুবা চহীচাদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা শ্রীগোবিন্দ নিরূপণ তৌদুনা মহারাস জগোই কৎলবদা কৃষ্ণগী নটবরবেষ অমসুং গোপীগী পোৎলোই তূবগী থবকসু ফিরিবী লোয়শঙদা নুপীশিংনা অদুমক তৌরকখি ।

জগোই রাসকী পোৎলোইগী দিজাইনসু রাজর্ষিগী তুংদা পানবা নিংথৌশিংনা মাগী মাগী হাকতক্তা শেমদোক শেমজিন, হাপতোক হাপচিন তৌদুনা শেমদোরকখি। অহানবদা য়াওরমদবা কৃষ্ণগী নটবরবেষদা কজেংলৈ

কুলচন্দ্রনা চঙজৈ খুয়াখাদা
প্রেমভক্তি বিনোদ ননাই চুরাচান্দ
তুং ইনজরি বোধচন্দ্র।

৭। দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র ...।
তৌজৈ আশা চরন থম্বাল ভাগ্যচন্দ্রনা
হৌখরে পুন্সি অরেম্বদা
থৌজাল হৈবা থরায় মিরেল
পিনৌবা সেবা ফংবা।
লুপচরি ধ্যান্দা লাবন্যচন্দ্র ননাইনা।
মায়ানা দোষনা ইমিৎ তাঙনা
মরুপ্নি খল্লি অতোপ্পবু
মধুচন্দ্রনা কৎচৈ ভাবকী সেবা।
ননাইগী ননাই ওইবা চৌরজিৎনা
পামজৈ থম্মোইনুংদা।
কৈদৌঙে ফংগবা পুক্লিংগী আশা।
তৌজৈ আশা মারজিৎ ননাইগী ননাই ঐনা
কৈদৌঙে থুংগনি আশা অসে।
প্রেম সেবা পিনৌ গম্ভীর সিংহ ননাইবু
ফংজগে অপাম্বা শ্রীচরনবু
তোল্লবা বিশ্বনাথনা খৌরাংজৈ অসিদং
ফংজবদো ননাইগী ননাই ওইজবদো।

৮। রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ থবমক্নি ঐহাক্কীদি
কৎচরিনে থব্বায় মঙা শ্রীচরন্দা অনীমক্কী
মপোক মপোক খুদিংমক্তা

থাদোকপিনু ভাগ্যচন্দ্র ঐবু
থম্বীয়ু চরননাক্তা রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ।

নিংথৌশিংগী রচনা তোঙান তোঙানবা লৈ। থিজিনবদা ফংবা খর হাপচরি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী রচনা

জয় জয় রাধা গোবিন্দ দেব
শ্রীল ভাগ্যচন্দ্র নৃপবর সেবা
জয় রাধে কৃষ্ণ হে
ময়ি করুনা করুহে।
প্রনমামি সেদ তব চরনে।
হাত জুরি জুরি কেয়বা মঞ্জুরী।
রাঙা পদতলে বিনয় করে।
হা রাধা গোবিন্দ
অমরা দাসী কভুনা ছাড়হ।

লাবন্যঁচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা

জয় জয় বৃন্দাবনচন্দ্র
ব্রজেন্দ্র নন্দন কৃষ্ণ
ভক্ত চকর রস তৃষ্ণ
লোকনাথ গোপী প্রেমানন্দ
রাধা প্রিয় ভ্রমর গোপীগন
প্রানেশ্বর হা হা কৃষ্ণ মোর প্রানার্পন।

বৃন্দাবনে বিহরন রাধা সঙ্গে গোপীগন।
রসরাজ মুরুলী বদন।
ব্রজ বিনদ নাগব প্রেমরস সাগর
ব্রজবাসী জনের পরান
প্রান নাথ দয়াবান মোর দেয় সেবাদান
লাবন্যচন্দ্র দাস হৃদি ধ্যান।।

## মধুচন্দ্র মহারাজগী রচনা

বন্দে হুঁ শ্রী গুরুপাদ পদ্মবন্দে।
ভক্তি কল্পতরু মূর্ত্তিধারী ছুঞ্চরু।
বড় মূর্ত্তিধারী প্রেমানন্দ
শ্রীগুরু করুনা সিন্ধু, ভাগ্যচন্দ্র দীনবন্ধু।
মদুর ভাগ্য প্রকৃতনা হইল।।
হৃদয় মণ্ডল থাকি, চর্ম্ম চক্ষু নাহি দেখি
ভাবি ছায়া গপতে রহিল
বৃন্দাবন মধ্যস্থল জটপীঠ রত্নমুল্য।
কুর্ম্ম পৃষঠে সুমনদির রাজ।
প্রেমো মঞ্জরী সঙ্গে সেবা করে
নানা রঙ্গে কিশরা কিশরী পাদাম্বুজে।
হা হা প্রভু করদয়া অনুগত হয়া।
সদায় রাখোহ মোরপ্রান।
বিষয়ে বষম বন্ধু,
মায়ায়ে মোহিত অন্ধ
মধুচন্দ্র করয়ে ভাবনা।।

## চৌরজিৎ মহারাজগী রচনা

হরি হরি হা হা বিধি কেমনে লেখিলো (৩)
নবদ্বীপ মাঝারে ভারিয়াছি
তুমারে কন্দিতে পড়ে ভূমিতলে ।। ধ্রু ।।
ব্যাধের অগ্রেতে, ধরিয়াচে আমারে
কি কহব জবাগ্রস্ত নিতে।
তিলক মাত্র নাহি বিশ্রাম
করহি ভাবিতে দুঃ খের চিত্তে।।
পতিত পাবন নাম
শুনি আইলু তুমাস্থানে,
হা হা প্রভু দেও দরশন

## গম্ভীর সিংহ মহারাজগী রচনা

হা হা প্রান রাধে কৃষ্ণ এইবার করুনা করে।
নিকুঞ্জ মন্দির মাঝে কুসুম শয়ন রাজে।
কবে সে দেখিব দুহাকার
শ্রীরূপ মঞ্জুরী সখি নিজপ্রান প্রিয় সখি
অনুচরী হইরে গনন।
এ দাসীনী মৃদু সম্বাহন।
কৃপা দৃষ্টি করি মোর দুহু শ্রীচরন তলে
নিভৃত নিকুঞ্জ বনে নিত্য বিলাসিনি রাধে।
করুনা করু মুঞি নব হেম গৌরী রাধে।
দুহঁ শ্রীচরনে প্রান সমর্পিলু।
সুগন্ধি চন্দন লয়া দুই অঙ্গে লেপন দিয়া।

যতনে পুস্পেব মালা দুই গলে পড়াইব
দীনহীন গম্ভীর সিংহ এই অভিলাস
নিতি নিতি যুগল সেবা এই অভিলাস।

## সুরচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা

হা গোবিন্দ প্রাননাথ শ্রীমতি রাধিকা নাথ
হা হা প্রভু বজ্রনন্দন হে।
হা হা বিশ্বভানু সুতে কৃষ্ণ প্রেম বিভুষিত
কৃপা করি দেহ প্রেমধন।
ললিতা বিশাখা সখি
হা হা বিধুমখি, হা হা কমলা আঁখি
লতিনির শিরোমনি রাধে।
দুহু নাম মধুর রূপ মোরচিও
ভৃঙ্গ তাপ উদরো ভরিয়া পিয়াইব।
হা হা বৃন্দাবনচন্দ্র মোর প্রভু গোকুলেন্দ্র
কোনদিনে মোর বনছা হব পুর্ন
হা হা প্রানেশ্বরী রাধে সিদ্ধি করে
দাসের অনুদাস সুরচন্দ্র মনে আছা
কবে হব এই আশা মনে।

## কুলচন্দ্র মহারাজগী প্রার্থনা

শ্রীরাধা গোবিন্দ পদে
রাঙা চরন কমল পদ্ম রাধে।
যুগল চরনকে রবিচন্দ্র

রাঙা চরন কমল পদ্ম রাধে।
প্রতি জন্মে জন্মে, রহত
তব পাদাশ্রয় প্রতি জন্মে জন্মে।
পশু জন্ম পাপ করি
নাছাড়িহ শ্রীচরনে।
অথম জানিয়া দয়া কর নাথ আমারে
মামপি কঅপয় নিজদাসী গনয়
দিনহীন কুলচন্দ্র এই্ রস পিয়ে।

## বিশ্বনাথগী প্রার্থনা

প্রান মোর ইষ্টদেব রাসেশ্বরী শ্রীগোবিন্দ
বারে বারে এই্ নিবেদন।
তুয়া অনুচরী সঙ্গে সেন করিব রঙ্গে।
জন্মে জন্মে রাঙা শ্রীচরনে।
মুত্তি দন্তে তৃন ধরি এই্ নিবেদন করি
জন্মে জন্মে দাসের অনুদাস
কহে দিন বিশ্বনাথ।

॥০॥

# রাসেশ্বরী পালা অমসুং জলকেলি পালা

রাসেশ্বরী পালাগী তুংদা নরসিংহ মহারাজনা মণিপুরদা পানবা মতমদা (১৮৪৪-১৮৫০) অতোপ্পা নুপী পালা অমা লিংখৎখি। পালা অদুনা জলকেলি পালা হায়না খঙনৈ। জলকেলি পালা হৌদোকলবা তুংদা শ্রী গোবিন্দগী থৌগল রাসেশ্বরী পালানা তৌবগী মহুত্তা জলকেলি পালানা মহুৎ শিনখি।

কার্ত্তা শাগৈগী নিংথৌ মচা-মশুশিং, নিংঙোলশিংনা রাসেশ্বরী পালা সংকীর্ত্তন শকপা তাজবা অসি পাপ কোকই অরান খুভম ফংই হায়না থাজনৈ। অদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না লৈখিদ্রবদা মশানা পামজরম্বা মতুং ইন্না মখোয়গী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা রাসেশ্বরী পালা শকনৈ। মাগুব ময়াইদা শিজ লাইওইবীগী অয়েকপা চিত্র লেঙশিন্দুনা নৎত্রগা খুভম থল্লগা মদুদা হৈরুক লৈশু, খ্বাংচেৎ ইনফি কৎলগা ঈশৈ হৌই।

ঈশৈ মথং মনাও শকলগা, লৈখিদ্রবা মীওই অদুগী নিংথৌ ধার অদুগী রচনা অদু শকচৈ। শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা পাংথোকপদদি অপূনবা রচনা ওইনা শকই।

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা শিজলাইওইবীনা হৌদোকপিরম্বা রাসেশ্বরী পালা অসিনা মণিপুরগী ইহান হানবা নুপীগী পালানি। মথংদা জলকেলি পালা লাকখ্রে। ঙসিদি মণিপুরদা নুপী পালা মশীং য়াম্না লৈখ্রে। মসিগী মরমদি কলিযুগতদি সংকীর্ত্তননা লান্নফমনি, যজ্ঞগী মহুৎনি হায়না

লৌনদুনা নাহুৎপা, নগুণ থাংবা, লুহোংবা, দেব কর্ম্ম অতে অতৈদা সংকীর্ত্তন শক্করকপা অসিদা নুপীশিংনা থৌদাং লৌরকপদগীনি। নুপী পালানা সংকীর্ত্তন শকপদা নুংঙাইনবা মচাক কয়া হাপচিন্দুনা, ঈশৈ হায়নদুনা অভিনয় ( মোৎ তৌবা) তৌদুনা পাঙথোক্লরিবা অসিগা রাসেশ্বরী পালাগদি য়াম্না খেন্নে। ঈশৈ তৌবী ( প্রোফেসনেল) শিংনা মতমগা চূনবা ঈশৈ শৈশক শকপা অদুগুম্না রাসেশ্বরী পালাদা শকপা নত্তবনিনা মসিদা থোইদোক্না য়েংনিংবা নুংঙাইবা পোকহন্নিংঙাই ওইবা মচাক য়াওদে। অদুম ওইনমক ইতিহাসকা শাগোন্নরবা নুপী পালা পূম্নমক্কী হৌরকফম মরু অসিবুদি য়োকখৎতুনা পরম্পরা অদু কায়দনা থম্বা য়াম্না তঙাইফদবা ওই। অদুনা শ্রীগোবিন্দগী টেম্পল বোর্দনা খন্ন নৈনদুনা খৃ: ১৯৭২ দগী হৌনা অমুক রাসেশ্বরী পালাসু শ্রী গোবিন্দগী থৌগল তৌনবা ৱারেপ লৌখি। অদুগী মতুং ইন্না চহী খুদিংগী পোইনুগী ১২ নি পানবদা শ্রীগোবিন্দনা মাগুবতা লেঙথোকলগা রাসেশ্বরী পালানা থৌগল তৌরি। লোয়ননা কালেন থাগী পূর্ণিমাদনা জলকেলি পালানা শ্রীগোবিন্দগী থৌগল তৌরি।

রাসেশ্বরী পালাগী চত্থরক্লিবা পরম্পরা নৈনবা মতাংসিদা জলকেলি পালাগী মরমদসু খরগা হেন্না নৈনবা চুমগনি। পালা অনী অসিগী খেন্নবা মান্নবা শরুক য়াওরি। পালা অনিসিমক শ্রীগোবিন্দগী সেবাগীনি, হরাও কৃম্মৈগী ওইবা শৈশক শৈদা নত্তে।

## জলকেলি পালা অহানবা হৌদোকপা :

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নোঙ্গাখ্রবদা মনাও ইবুংঙো নরসিংহনা ময়াম্বুং মহারাজগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম নংনবা লিংখৎপনি। জলকেলি পালা অসি অহানবদদি জলকেলি পালা কৌরম্বা নত্তে। নরসিংহ ধারগী লৈমশিজনা পালা ওইবনি। ইহান হানবা ওইনা পালা অসিনা গম্ভীর সিংহ মহারাজগী শ্রাদ্ধ নুমিৎতা সংকীর্ত্তন শকখি। অসিগী তুংদা কালেনগী পূর্ণিমাদা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা

থৌগল তৌবদগী জলকেলি পালা হায়না খঙনখি। [১৭]। জলকেলি হায়বসি রাধা কৃষ্ণনা শান্নবা জলক্রীড়া লীলানি। কালেনগী পূর্ণিমাদা শ্রীগোবিন্দগী অগ্রদা ইবুংঙো ইবেম্মনা মান্দবতা লেথোকলগা জলকেলি শান্নবগী থৌরমসি মণিপুরদা চহী খূদিংগী পাংথোকই। নরসিংহ মহারাজনা লিঙখৎপা নুপী পালা অসি কোনথংদা জলকেলি পালা থোনখিবনি।

## জলকেলি পালাগী শক্তম :

জলকেলি পালাদি ফমশকনি। রাসেশ্বরী পালাগুম্না হৌগৎতুনা রাগ হৌদে। পালানা করতালগী মহুত্তা মন্দিলা পায়। ঈশৈদি গৌর বসন্ত রাগনা হৌই। জলকেলি পালাগীসু নুপা পালানা হান্না শকই। নুপা পালানা নিত্যলীলা স্বাধীন ফাওবা শক্লগা নুপী পালাদা ঈশৈ শিন্নে।

রাসেশ্বরী পালানা কার্ত্তা শাগৈগী পালা ওইনা অদুগা জলকেলি পালানা নরসিংহ শাগৈগী পালা ওইনা লৈরকখি। জলকেলি পালা অসি অহানবদদি নিংঙোলশিংতনা পালা ওইদুনা সংকীর্ত্তন ঈশৈ শক্লরম্বদগী নিংথেম মৌগী পালাসু মহারাজ চুরাচান্দসিংহগী হাকতক্তগী শকপা হৌরকখি।

নুপা পালানা রাগ অচৌবনা হৌগনি। নীতি লীলাগী সম্পুর্ন স্বাধিন ফাওবা নুপা পালানা শক্লগা জলকেলি রসনা নুপীনা শক্কনি। নুপীগী পালাদি রাগ মচানা হৌই।

---

*(১৭) চৈথারোল কুম্বাবগী মতুং ইন্না মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ (চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা) মহারাজনা নোঙ্গাখিবসি নিংথৌজম নবগী কুম শোক ১৭৫৫ পোইনুগী থাশি, শগোলসেল নুমিৎতনি।*

*অদুনদি জলকেলি পালা ইহান হানবা ওইনা শকপা নুমিৎসি শোক ১৭৫৫ (খৃ: ১৮৩৩) গী ৱাকচিংগী ১৩নি পানবা শগোলসেল নুমিৎ ওইবা তাই।*

*খরনদি গম্ভীর সিংহ মহারাজনা লৈখিদবসি খৃ: ১৮৩৪ দনি হায়।*

*- যামিনী*

## জলকেলিগী নিংঙোল পালাগী ঈশৈ :

রাগ বাহন- সু নৃত্য মালতী সুশিল যুক্তা,
মুক্তা লতা কলিপত হার
ষাষ্টি চু তাঙ্করং। পার্নি যুগে বহান্তি যবারুনাঙ্গি
তুরি কে রিতেয়ং।

১। তাল - তিনতাল মচা

জলকেলি গৌরাচান্দে মনেতে পড়িল
সঙ্গে পরিষাদগন জলেতে নামিল।।২
কার অঙ্গে কেহু কেহু জলকেলি (ফেলি) মারে
গৌরাঙ্গ ফেলিয়া জল মারে গদাধরে।
জল ক্রীড়া করে গৌর হরষিত মনে।
হুলা হুলী বোলা বোলী করে জনে জনে
গৌরাঙ্গ চান্দের লীলা কহননা যায়।।
মনের হরিষে গৌর বসুঘোষ গায়।।

২। তাল ভুষনা

দেখ সখি (এ) পুন পুনা নাহ জলকেলি (২)
শিকর নিকর ধুমল মদন পর (২)
সরবরি খয়ে দুহু মোলী । সকল কলারস সায়র
নায়র নায়রী মুখশশী চাছ।
কোলী বিলাস সরস ধরম থিতি
কুণ্ডজল করু অবগাহ।
সুক্ষ্মা বসন তনু নির নিসিক্রনে
বেক হবপ্রতি অঙ্গ।।

তড়ি নলিলী ডলধনী কুচে মণ্ডল।
ধরুকিয়ে কনক আনঙ্গ।
স্ব যব নযর শিখরে হরে ফারল
মনসিজ ভেল উদাস।
তহি পুন ভুজ যুগ পাস পসারল
ভন ধনশ্যামর দাস।।

৩। ভুষনাদা তাল কুপশিল্লকপা

নবরস ভরি রাধামাধব জল পিচকারী।
ধরি পিচকারী প্রিয়ামুখ মারী।
কৃষ্ণ মুখ মারী মনোরথ পুরি।।
প্রিয়া নর্ম্ম সহচরী পক্ষ পক্ষ পতে।।
শ্রী গোবিন্দ জীয়ে তবে জয় জয় শব্দ রুপ।
কোই সখি দুহুজন মনরথ যায়
শ্রী রাধিকা জিয়ে তবে জয় জয় বোলে
দুহুমুখ নিরখিয়া পুস্পাঞ্জরি দেল।
তহা দেয়ি বৃক্ষলতা পরিছে পর অঙ্গ।।

৪। তাল তানচপ

পশ্যাতি কপি রাধামাধব কৃত জলকেলি।
পক্ষিগন জয় ধবনী পক্ষ শুক শারী। (২)
সখীকুল মিং।ন কৃত রভ সাদরী দুবং স্ব
দৃগঞ্চল বারিভি বারিভি শিঞ্চর অঞ্জুলী পুরং
নিজ নিজ পানি রুদ্ধভি নয়নং কভ্ হাস্যং সে
কহিয়েছ ব্রজ মৃগীনয়নং জলর্বষং ।।
ক্ষনে নখ মাধব কুচ্চ পরি মর্দ্দন লোলং
পদ্মনাল ভর্ষন তাবনা পরিভর কাল।

প্রিয়জন সুখ পরিহাস্য কৃত করতাল রসিক (এ)
কবিকর্ন্নপুর ভনিতা জয় জয় ভাল।।

৫। নরসিংহ মহারাজগী রচনা- তাল একতাল

ত্বমভি য়াচে জন্নদাতা স্তমহং প্রাতি জন্ম দাস ।।
চরন রচিত প্রানি পাট্যা গুরুদেব শঅনু মম গদ গদ।
সম্প্রতি তব বিরহে দুখং সন্ততি ভবতি ভদ্র পরং।।
হে কালানিধি বিভুষন দেহি মে তব চরন সরজতল।
পুনরপি মা, কুরুভ কৃপয় ভক্তি সিধন্তেং পরং
প্রাপয় শ্রীগুরুদেব মধুর তরমপি নরসিংহ নাম
নারদ বিধি শঙ্গরয়ে রবিরতা মহানিবং
সদয় গীত মান।।

৬। স্বাধিন

রায় কান্হু জলকেলি কৈল সমাপন
নিজ নিজ আভবন তুরিতে বানাইল ।।
বৃন্দা আনি উপহার করিয়ে ভুজন
ভোজন করতে রঙ্গে।।
সাখিগন মিলন শ্রী রুপমঞ্জরী সখি
চামরে ধুলায়ে।
শ্রীরতি মঞ্জরী সখি তাম্বুল যোগায়ে।।
শ্রী রাধাকৃষ্ণ পাদপদ্ম আভিলাষ।।
এ যদু নন্দন এই আভিলাষ।।

৭। চুড়াচান্দ মহারাজগী রচনা
জয় রাধে জয় কৃষ্ণ করি নিবেদন।
হা গোবিন্দ প্রাননাথ শ্রী রাধিকা জীবন।।
কৃপা ময়ি শ্রী রাধিকে করি অঙ্গি কারন।

জন্মে জন্মে দেহ মোরে ও রাঙা শ্রীচরন
হা হা প্রানেশ্বরী রাধে করি আশ্বাদন।
দিন হীন চুড়াচান্দ এই গুনগান।।

৮। শ্রী বোধচন্দ্র মহারাজগী রচনা

জয়রে শ্রী রাধা কৃষ্ণ করি নিবেদন
তুমাদুহা শ্রী চরনে সমর্পিলু পঞ্চপ্রানে
বহু নিজদাস মধ্যে গানিয়া রাখিয়।।
তাতে এক করি আত্মা সমর্পিল
শ্রীল শ্রীযুক্ত চুড়াচান্দ অনুগত বোধচন্দ্র
নিতি নিতি যোগলচরনা এই আসা মনে হৈল।।
জন্মে জন্মে নিজ দাসী প্রেমসেবা দিবে দান
দীনহীন কৃষ্ণদাস এই গুনগান।।

৯। প্রার্থনা

রতিরন অবসানে, বেঠল দুহুজনে,
বেশ ভুষন করু সাজে।।
সেবা পরা সখিগন
দুহুজন সেবন, বুঝিয়া সময় সব কাজে
কোই সখি চামার ধুলাসে।
গাঠিয়া মালতি তাম্বুল যুগায়ে
রাধা-কৃষ্ণ শ্রীচরনে মৃদু মৃদু সম্বাহল,
জয় সখি মনোরথ পরে।
জয় জয় বোলে দুহু মুখ নিরখিয়া
পুস্পাঞ্জলি দেলে।
কহে করি শেখররায় কাহ্ন
সুপুএ কবে হব নয়ন গোচর।।

## জলকেলি পালাদা মৌ পালানা শকপা ঈশৈ *

১। রাগীনি মৌরী- তাল ভুষনা

আরে মোর গৌর কিশ্বর (২)
পুরুষ প্রেম রসে ভোর
কহে মৃদু গদ গদ ভাষ।
পুরুষ সুঙঙোরি গৌরা পাপে থর থর।
সেজল কিলি সিয়াগন মেলি॥

সভে মেলি কুণ্ডলা মিকরে
জলকেলি করে জলকেলি
বরিবর্ন বরিষন অঞ্জলি ফেলিয়ে
জল ফেলেরে।
সখিগন শ্রাবন মাসে ধারা মত।
বহুগোপী মণ্ডলে জল ফেলে
নাগর পারা ভাব পেলে।
পালাইতে চাইরে॥
শ্যাম নাগর। বরিকিয়ে অদুর্ভুত জলে
চম্পা প্রফুলিত।
শ্যাম ভ্রমর মধু পিয়ে।
দুতি হাত বদন বোপে।

---

* *জলকেলি পালাগী ঈশৈ অসি*

১। *শ্রীমতি রা: কু: কমলাক্ষ্মা দেবী,*
*জলকেলি পালগী শৈশকপী, মোইরাংখোম*

২। *শ্রী কোন্তৌজম সনাতন সিংহ জলকেলি পালাগী ওজা, ক্বাকৈথেলদগী*
*খোমজিনজবনি - অইবী*

নাগর চমকি চমকি দিগ নেহারই।।
কবিনি সমান কিয়ে করিবর রাজখেলে।

২। তাল- চালি
রাই কাহ্নু জলকেলি সখিগন মেলি
জিতি জিতি বোলে রাই জল ফেলে
শ্যাম ললিত ত্রিভঙ্গ বহে।
বদন পানে পানে জল ফেলে শ্যাম
বোইতে নারে রাইকে চাহে।।

২। তাল-মেনকুপ
পিয়াগন মেলি মেলি করে জলকেলি।
জলফেলে ছলে নাগর হাসি হাসি চুম্বই বয়ান।
নবজলদ ববন রাই হেমকমল একি মিলে
কিয়ে অর্দ্দভুত রূপ।
মেঘের কুল বিজলি খেলে।
যেমন উঠ লহি তিরে পরলহি নিরে।।
ফলমুল ভুঞ্জে রহু, আনন্দ বসিরহু।।

৩। প্রার্থনা (তাল- আরা তিনতাল)
জয় রাধাগোবিন্দ হে। দয়া করহে।
জন্মে জন্মে নিজদাসি, আমাই দয়া করহে।
দিবা নিশি মনে জালা, বিষয় দয়া করহে।
দিবা নিশি মনে জালা, বিষয় বিষম কাবা।
শ্রী কুণ্ড সেবা রত ভক্তরাজ অনুগত।
কবে পাব দর্শন গিরিরাজ গোবর্দ্ধন।

কৃপা করি দেহ মোরে।
বসিয়া জমুনা তিরে, নয়ন তরঙ্গ জল।
যুগোল রূপ ধ্যান। সেই করে আশা বোধচন্দ্র দাস।।

৪। যুগোল আরতি

আরতি ব্রজরাজ নন্দ কুমার।
গাওত ব্রজবধু আনন্দ বিথার
মদন কুমুর জিনি বদন উজ্জ্বল
বস রবিখয়ে কত নয়ন যুগল
কুম কুম বিরাজ অঙ্গে সৌদামিনী ছাটী
ভাব ভুষন অঙ্গে রস পরি পাটী
চামরে বাতাস করে শ্রীরূপ মঞ্জরী
দাস বৃন্দাবন আশা দুহার মাধুরী।।

।।০।।

# তরুকশুবা পন্দুপ

## শিজলাইওইবীনা শ্রীঅনুপ্রভূ লোয়ননা নবদ্বীপতা লেঙশিনবা

শিজলাইওইবীনা রাসেশ্বরী পালা লিংখৎতুনা ময়াম পূন্না শ্রীগোবিন্দদা সংকীর্ত্তন কচ্চবা ফংলব্দা মহাক নবদ্বীপধামদা মপুঙ্গি লেল্লগে হায়না খনবা হৌরকখি। মহাক্না অখণ্ড অহে, ওজা গুরুদগী শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী ৱারী, নবদ্বীপ ধামগী ৱারী কয়া তাজব্দগী মফমদুদা লৈজনীংখি।

নবদ্বীপ ধামদি দ্বীপ মাপলনা পূনশিন্দুনা শেম্বা শেংখ্রবা তীর্থ মফম অমনি। গঙ্গা তুরেলগী নোংপোক্তা অন্তদ্বীপ, সীমান্তদ্বীপ, গ্রোদ্রুম দ্বীপ, মধ্য দ্বীপ লৈ। নোংচুপতনা কোলদ্বীপ, ঋতু দ্বীপ, জাহ্নু দ্বীপ, মোদদ্রুম দ্বীপ অমসুং রুদ্র দ্বীপ লৈ। দ্বীপ মাপঙ্গ অসিনা কোয়শিনবা নবদ্বীপকী মায়াপুরদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা অবতার তৌখিবনি। শিজলাইওইবীনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা চৎতুনা তীর্থশিংদুবু খুরুমজনিংই। মরম অদুদগী মপাবুং মহারাজনা তীর্থ লেঙবদা মহাকসু য়াওজগে হায়না হঙ্গৎচৈ।

অমরোমদা, মহাক্না শ্রীগোবিন্দগী সেবাদি কায়নীংখিদে। মানা নীংজবদু মতৌ করম্না ওইথোক্কদগে হায়না শ্রীগোবিন্দগী কৃপা নিজখি। শ্রীগোবিন্দনা থৌঁজানবিদুনা মাগী মঙলান্দা অসুম্না তাকপিরমই হায় - "বিম্বা! নংগী মধুর প্রেমদা ঐ পেল্লে। নংগী নিংবা থুংজরো। শ্রী গৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌদুনা মূর্ত্তি অদু ঐমকনি খন্না নবদ্বীপতা সেবা চৎলুরো। মফমদুদা প্রেম ভক্তিগী প্রচার তৌরুরো।"

বিম্বাবতীনা মঙগী ব্রাদুবু মপাবুং মহারাজদা তমজরে। কাইনাগী থৈবোং মকক্ ৬ শুবদুনা, খুৎহৈবা সাপম লোখোননা গৌরাঙ্গগী মূর্ত্তি নিরূপণ তৌরে। অনুপ্রভূ হায়না মিংথোন্দুনা খৃ: ১৭৯৭ তা অফবা ক্ষেনফম য়েংদুনা অভিষেক তৌরে। শিজ লাইওইবীনা শ্রী অনুপ্রভূ লোয়ননা মপাবুং মহারাজনা তীর্থ লেংবদা তুংইনজরে। অদুবু মত অমদদি শ্রী অনুপ্রভূদি মচাইবেম্মা বিম্বাবতীনা হায়জবদগী শ্রীযুৎচৌরজিৎ মহারাজগা (খৃ: ১৮০৩- ১৮১৩) লোয়নদুনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা লেঙলগা মচাইবেম্মনা সেবা চৎখি।*

লাইবক থীবদি মতম অদুদা বেঙ্গলদা মুসলমানশিংগী অকনবা প্রভাব লৈবনা মরম ওইদুনা নবদ্বীপচন্দ্র প্রভূ ফাওবা ফোংনা লাইশঙদা লাৎপা য়ারমদ্রে। পীতাম্বর গোস্বামীনা লৈনুংদা কোম তৌরগা লোন্না নবদ্বীপচন্দ্রগী সেবা চৎলমই। পীতাম্বর গোস্বামীদা হায়জদুনা অনুপ্রভূসু নবদ্বীপচন্দ্রগা লোয়ননা কোমদা পীতাম্বর গোস্বামীনা পূন্না সেবা মতম খর চৎতুনা লৈরমই।

শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপধামদা মতম খরা লৈদুনা নবদ্বীপকী দ্বীপ মাপল, শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী পোকফমনচিংবা অশেংবা তীর্থ মফমশিংদু দর্শন ফংজরে। শ্রীরাধা রমনগী দর্শনসু ফংজরে । (১৮)

---

** রা: কু: সনাহল সিংহ বি: কম - "মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইহৌ" - মণিপুর রাজ্য হিন্দু সনমেলন স্মরনিকা ইং ১৯৮১ ইম্ফাল ।*

*রাজর্ষি কার্ত্তা মহারাজনা তীর্থ লেঙবসি ১৭৯৮ দনি। মপাবুং লৈখিদ্রবা তুংদা চৌরজিৎ নিংথৌ ওইরবা তুংদা খৃ: ১৮০৩- ১৮১৩ হায়রিবসিদি মপাবুং থুপশ্রবা মতুং চহী মঙাগী তুংদা বিম্বাবতীনা চৌরজিৎ মহারাজগা লোয়ননা শ্রী অনু প্রভূ পুদুনা শ্রীধাম নবদ্বিপতা লেঙশিল্লি হায়বসি খরদং চুনবা ৱাৎলি। খরগা কুপ্না থিজিনবা অমা চংলি - যামিনী*

*(১৮) চৈথারোল কুম্বাবদা হায়রি - নিংথৌনপা খোম্বগী কুমদি শক ১৭১৫ মেরা থা লাংমাইচিংনা হলএ। ১৯নি য়ুমশকৈশাদা ইবেম্মা য়াংঙম্বী লৈমখুবীনা রাধারমন পুদুনা বৃন্দাবন চংখিএ।*

*লামায় ১৬৩ গী ফুট নোটতা কুম্বাবগী সম্পাদকনা অসুম্না ফোংদোকলি - রাধারমন রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা লাৎলম্বনি । মৈদিংগু গৌরশ্যামনা নোংগারবদা*

অদুগী তুংদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা মচাইবুংঙো ইবেম্মশিং, মহারাণী, য়োইবু য়োইহৈ লোয়ননা মুর্শীদাবাদতা লেঙশিনবদা শিজলাইওইবীসু তুংইল্লে। মতম খরগী ওইনা শ্রীঅনুপ্রভূবু পীতাম্বর গোস্বামীদা শিন্নরমলে । রাজর্ষিনা মুর্শীদাবাদকী শ্রীপাত্র ক্ষেত্রদা লেংবসি গুরুগী আখড়াদা মতম খরা লৈগে নীংবদগীনি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা শকাব্দ ১৬৮২ দা নরোওম ঠাকুরগী শিষ্য গঙ্গানারায়ন চক্রবর্তীগী দিক্ষা লৌবনি হায় । ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা দিক্ষা লৌবসি গঙ্গানারায়ন নত্তে। গঙ্গানারায়নগী শিষ্য মথং মথং লৈখ্রে- শ্রীকৃষ্ণচরন মথংদা মাগী শিষ্য নিধিরাম , মাগী শিষ্য পরামান্দগী দিক্ষা ফংবনি হায়বা মত লৈ। মুর্শীদাবাদতা গুরুদগী দীক্ষা লৌরবা তুংদা মফম অদুদা রাধাগোবিন্দগী মন্দির, মাগুব শাদুনা গুরু প্রনামিকা ওইনা কৎলমই। নুংপাকতা ভাগ্যচন্দ্র হায়না মিং হকতুনা শ্রীরাধাগোবিন্দগী চরন্দা কৎলমই। অদুগী তুংদা গুরু গঙ্গানারায়ন চত্রবর্ত্তী, কুঞ্জবিহারী ঠাকুর, পুরোহিত নিধিরাম আচার্য্য, ঈশৈ শকপা রামগোপাল বৈরাগ্যপা লোয়ননা কার্ত্তা জয়সিংহনা মণিপুরদা লেঙথোরকই। ময়ামদুগা লোয়ননা মণিপুরদা নাম প্রচার তৌবা হৌখিবনি।

খৃ: ১৭৯৮ গী তীর্থ চৎপা মতাং অসিদা অমুক হন্না গুরুগী আখড়াদা মতম খরা লৈরগা বৃন্দাবন্দা বাস তৌদুনা লৈগে নীংবনি। মতম খর মুর্শীদাবাদতা লৈরিঙৈদ' মণিপুরগা বেঙ্গলগা ললোন ইতিক তৌবা য়ানবা, যুম অমা শাদুনা লৈবগী অয়াবা লৌনবা কলিকাতাদা লৈরিবা লর্ড মারনিংটন সাহেবতা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা চিঠি ইরমই।

---

*মৈদিংঙু গৌরশ্যামগী মনাও ইবেম্মা লৈমখুবীনা পুশিন্দুনা নবদ্বীপতা সেবা চৎখি। ইং ১৭৯৮ দা তীর্থ লেঙবদা চীংথংখোম্বা মহারাজনা ময়াম্বুংনা লাৎলম্বা শ্রীরাধারমনজি খুরম্বা লেঙঙুই হাইবসি চীংথং খোম্বা গঙ্গা চৎপদা ইরি।*

*শিজ লাইওইবীনা মপাবুং মহারাজগা লোয়ননা শ্রীরাধারমনগী দর্শন ফংবসি ওইথোকই।*
*- যামিনী*

## রাজর্ষি ভাগচন্দ্রনা লর্ড মারনিংটনদা ইরম্বা চিঠি



The Thumb impression of the Maharaj Bhagyachandra

প্রাচীন বাঙ্গালা পত্র সঙ্কলনদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা ইরম্বা চিঠিবু অসুম্না ফোঙদোকলি:

অনুপেক্ষনীয় শ্রীভাগ্যচন্দ্র সিংহ -

বিনয়পূববর্বক নিবেদনঞ্চ। আগে শ্রীযুত লার্ড সাহেবের উমর দৌলত হেদৌ৺ করিতেছেন তাহাতে অত্র মঙ্গল পরং নিজরাজা মণিপুর হইতে আমি মো: মুরসিদাবাদে৺স্নান করিতে আসিয়া অন্তকরনা হইল আমার স্নান

করণ৺তিরে এক বাটী লৈয়ার করাই এবং সওদাগরিকারণ বড় হাতির দাও ও মোম আর আর হরেক জিনিষ নিজ রাজ্যা হইতে মোকাম মুরসিদাবাদে পঠাই কথক জমিননা হইলে বাটী আমার উকিলকে হুকুম হইলে অনেক মেহরবানগী আমার মুক্তিয়ার উকিল শ্রীরাস বিহারি দাসকে নিকঠ পঠাই জে জে বিজয় রোবরো আরজ করিবে তাহাতে গৌর মেহরবানগী ফরমাইলে অমাম প্রীতি অনুগ্রহ প্রকাশ আমার উকিল মজকুরকে সরফরাজ করিয়া দ্বরায় বিদায় হুকুম হইলে বহুত মেহরবানগী লার্ড সাহেবের তৌলত জেলদার খএরাফিয়ত লিখিয়া খুসী করিতে হুকুম হইবেক ইহা নিবেদন করিলাম ইতি মো: মুরসিদাবাদ সন ১২০৫ সাল তারিক ২১

শ্রবন -

মহামহিম শ্রীযুৎ লার্ড মারনিংটন সাহেব
গবনর জেনেরেল বাহাদুর দৌর্দ্দণ্ড প্রতাপেষু
পো: - কলিকাতা

রাজর্ষি ভাগ্যাচন্দ্রনা ইরম্বা চিঠিগী ইংরাজী অনুবাদ:

From Bhagyachandra Sinha, Raja of Manipur. Says that he has come from Manipur to Murshidabad for a holy bath in the Ganges and expresses his desire for a piece of land on the river for building a house which may serve him as a bathing resort and he further wishes to send to Murshidabad, for the purpose of trade, ivory, wax and other products of his country. Requests accordingly that his *vakil,* Rashbehari Das, whom he is deputing to his lordship may if there is no objection, be furnished with a letter to the Collector of Mushidabad in this connection and further that the particulars which will be communicated personally by the *vakil* may

kindly be given favourable consideration. Dated Murshidabad 21 *Shravan,* 1205 B.S. (Received 25 September, 1798 No. 367)

নবদ্বীপতা মচাইবেম্মা অমসুং অতৈ অতৈ লোয়নরকপশিং লৈহৌবশিংদুগী লৈফম অমসুং অনুপ্রভূগী মন্দির শানবগীদমকসু রাজর্ষিনা শীনবিরমই। তুংদা চৌরজিৎ মহারাজনা নবদ্বীপ ধামদা নিংথৌ গীরিশচন্দ্রগা হায়নদুনা লম বিঘা ১৬ ফংই। মফমদু মণিপুর রাজবারী হায়না মিংথোন্দুনা ঙসিসু নবদ্বীপ ধামদা লৈরি।

ঈশ্বরগী নোংদমদগী রাজর্ষিদি মুর্শিদাবাদতা মতম শাংনা লৈরমদ্রে। মফম অদুদা নিংথৌগী সনা হকচাং ইরক্লবদা নিংথৌনা মচাইবুংঙো চৌরজিৎ, তুলজিৎ অনীবু কৌশিল্লদুনা মানা নোঙ্গ্রাখ্রবা তুংদা পাঙথোক্কদবা কর্ম্ম, থবক থৌরম পূন্নমক্কী মরমদা পুকমেন পাউম্নেনরে। খৃ: ১৭৯৯ গী মেরাগী হুমনি পানবদা মুর্শীদাবাদগী শ্রীপাট ক্ষেত্রদা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র নোঙ্গাখি।

রাজর্ষিনা থূপখ্রবদা মফম অদুদগী নিংথৌগা লোয়নরকখিবা পূন্নমক নবদ্বীপ ধামদা অমুক হল্লকলে। হৌনবী মতুং ইন্না মণিপুরদা কীর্ত্তন তৌদুনা রাজর্ষিগী আত্মা শান্তিগীদমক শ্রাদ্ধ কর্ম্ম পাঙথোকখি।

নবদ্বীপ ধামদা পীতাম্বর গোস্বামীনা অনুপ্রভূবু কোমদা লাৎলিবা মতৌদু উবদা মহারাজকুমার চৌরজিৎ য়াম্না নুংঙাইখিদে। শিজ লাইওইবীদি কপচবা নত্তনা উপায় লৈখিদে । মতমকুইনা মন্দির থিংজিন্দুনা লৈখি। প্রভূগী দর্শন ফংজনিংবী মহাক্না অসুম্না শকচরমই -

কেবলে করুনাময় ঐ অবতার
হা হা শ্রীগৌরাঙ্গবিধু রসরাজ
মুই কেন না হইল দয়া।
নন্দ শুত প্রধন্য ছিল
মুখহ্ম মৃদু বংশীধর

জীবনে নিস্তার হেতু নদিয়া বিহরে।
পতিত পাবন নামধর
অঙ্গ্রী শরদ দল
অজি গ্যাতে মধু ভৃঙ্গ চয়।
মুই কেন না হইল দয়া
মুগু ধিনী পামরী, বিছেদ বীরোহিনী
নম নম দেব গৌররায়

ঈশৈ অসিগী মণিপুরীদা অনুবাদ:

শায়োন্নি নুংশিবীহৈবা, গৌরাঙ্গসে
হাহা শ্রীগৌরচন্দ্র, রস ইরেল
করি ইরালনা লৎনবী ঐবুদি।
ওইরম্মীনে নন্দগী মচা
খোংলম্মী বাঁশী, মেঙনা চিন্বান্দা
ঙাল্লরে নদিয়াদা, লানবীনবা জীবশিং
ঐতবুদি লৎনৈ, করিগী।
অতোনবা লানবীবা মিংলেন নংগী
ঙংলি নখোঙ থম্বালদা
মিতাননা লৈহী, ভক্ত খোইমুনা
পঙজবী পাপ চেনবীনি, ঈখৌ লাংবী নোঙ্গৌবীনি।
চঙজৈ খুয়াখাদা গৌররায়॥

ঈশৈ অসি শকপদগী মন্দিরগী লোল্লিবা থোঙ অদু মদোম হাংদোরক্লুনা শিজ লাইওইবীনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী দর্শন ফংজখি হায়নবা লৈ। সন্ধ্যার্তিগী মতমদা নুমিৎ খুদিং শিজ লাইওইবীনা নুংশিরবা খোঞ্জেলনা ঈশৈ অসি শকচবদা অতাবা কয়াসু পিরাং শীষ্টনৈ। ঈশৈ অসি লাইথোং হাংবা ঈশৈ হায়না খঙনদুনা ঙসিসু রাসেশ্বরী পালানা শকলি।

তুংদা মহারাজকুমার চৌরজিৎনা কৃষ্ণনগরগী মহারাজ গিরিশচন্দ্র রায় বহাদুরগা উন্নদুনা ৱারী ৱাতায় শাদোক্লদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূগী মূর্ত্তিবু ফোংনা সেবা চৎপা য়াহনখি। হৌজিক অনুপ্রভূগী মন্দির লৈরিবা মফম অসি খাজনা থীদবা লম ওইহন্দুনা গিরিশচন্দ্র রায় বাহাদুরনা খৃ: ১৮১৫ দা শ্রী অনুপ্রভুদা কৎখিবনি। মফম অসিদা মন্দির শাদুনা শিজ লাইওইবীনা অনুপ্রভূগী সেবা ফংজখি। (১৯) ভক্তগী প্রেমদা বিগ্রহনা জাগৃৎ ওইবগী খুদম ঐখোয় মীওইবনা হেক হেক উদুনা লাক্লি। বিম্বাবতীগী ভক্তি প্রেমনা মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দনা জাগৃৎ ওইবগুম নবদ্বীপ ধামদসু অনুপ্রভূনা জাগৃৎ ওই। মদুগী ৱারীদু নবদ্বীপবাসিশিংনা অসুম্না লীনৈ -

ভক্ত অমগী ইংখোলনুংদা খামেন য়াম্না পাল্লি। নোংমদি অঙাং নুপামচা অমনা ইংখোলদুদা চঙলক্তুনা খামেনদু হেক্লুরে। খামেন মপুদুনা অঙাংদুবু তান্নরক্লে। অঙাংদুনা চেল্লকলগা অনুপ্রভূগী মন্দির মনুংদা চেনশিনখ্রে। অদুদগীদি ময়াম পূম্নমক্না ৱা ৱা তৌদুনা মফমদু ইনিল নিন্নরে। শিজলাইওইবীনা লেংথোরক্তুনা মন্দিরগী থোঙ হাংদুনা য়েংবদদি ভগবানগী লীলা অঙকপনি। অনুগী ফৈজোম গুঞ্জাদগী খামেনশিংদু হৈথরকখি। মপান্দনা ময়াম্না লাউনরকখি অনুপ্রভূনা জয় ওইরে। বেঙ্গন চোর খামেন হুরানবা হায়না শ্রী অনুপ্রভূবু ময়াম্না মিংথোনখি। ঙসিসু অনুপ্রভূগী লুক হৌবদা খামেন মথেল

---

*(১৯) হংয়রিবা ৱাফম অসি শ্রী অশাংবম মীনকেতন সিংহগী মত মতুংইন্ননি। শ্রী লাইরেনলাকপম ইবুংঙোহল সিংহগী মত মতুং ইন্নদি কার্ত্তা মহারাজ মশামক্না মতমদুগী মফমদুগী নিংথৌবু শীংনদুনা অনুপ্রভূবু ফোংনা লাৎলি। হৌজিক অনুপ্রভূগী মন্দির লৈরিবা মফম অসি স্বাধীন মণিপুর কৌদুনা কার্ত্তা মহারাজদা শীন্নবনি। কার্ত্তা মহারাজনা গৌরাঙ্গ ফোংনা লাৎতুনা লম্বীদা নাম সংকীর্ত্তন শক্তুনা নাম প্রচার তৌবা য়াহল্লমই। নবদ্বীপতা মতম খরা লৈদুনা অনুপ্রভূগী সেবা তৌরম্লগা নারোওম ঠাকুরগী আখড়াদা চৎতুনা লৈরুই। মফমদুদা নারক্তুনা অরোইবা য়াহিপ তানখি অসিনি।*

*নবদ্বীপ ধামদা শ্রী অনুপ্রভূ ফোংনা লাৎখিবসি ভাগ্যাচন্দ্র মহারাজনা তৌরম্বরা নৎত্রগা মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা মচাইবুংঙো চৌরজিৎনরা হায়বসিদা খরগা কুপ্পা থিজিন্দুনা পুথোকপা তঙাইফদবা ওইরি। অদুবু অফংবা প্রমান্দগী লাইরিক অসিদদি চৌরজিৎ মহারাজনা গিরিশচন্দ্র রায় উন্নদুনা পাঙথোকপনি হায়না থমজরি। - যামিনী*

অমা শোয়দনা য়াওরিবসিনা খামেন হুরানবগী ব্রারীবু মীয়ামদা নীংশিংহল্লি।

শ্রী অনুপ্রভূনা জাগৃৎ ওইবগী ব্রারীবু চীম্থাংদা মথং মথং লীনখিদুনা মায়কৈ শিন্থুংনা শন্দোকখি। শ্রী অনুপ্রভূ ইবুংঙোবু দর্শন ফংজনিংখি দেশবন্ধু চিত্তরঞ্জনগী মচল ইবেম্মা অমলা দেবীনা। ইবুংঙো মাগী দর্শন ফংজরবদা মপূক্লিং পেঞ্জরে অদুবু ইবুংঙোনা লেংশিনবিরিবা মন্দিরগী ফিভম অদু উবদদি য়াম্না মপূক্লিং নুংশিখি। মহাক্না অচৌবা মন্দির অমা শাদুনা শ্রীঅনুপ্রভূদা কৎচগে হায়না নীংজখি। অদুগী মতুং ইন্না খৃ: ১৯১৭ তা মন্দিরগী যাত্রা হুনদুনা শাবা হৌগৎখি। অদুবু মন্দিরদু শাবা লোয়শিনবা ঙমল্মদনা অমলা দেবী নোঙ্গাখ্রে। মহাক্কী তুংদা ভক্তশিংগী দানগা লোয়ননা মন্দির শাবদু লোইশিনদুনা খৃ: ১৯১৯ দা হৌজিক লৈরিবা মন্দির অসিদা শ্রীঅনুপ্রভূ লেংশিনখিবনি।

হান্নগী অনুপ্রভুগী মন্দির মনাক্তা য়ুম মচা অমদা লৈরগা শিজ লাইওইবীনা অনুপ্রভুগী নীতি সেবা চৎচরমবনি অদুবু ঙসিদি মহাক্কী পুন্সি ব্রারীদু অকাউবগী লৈরোন্নুংদা চনখ্রে।

শিজ লাইওইবীনা নবদ্বীপতা শ্রী অনুপ্রভুগী সেবা তৌদুনা লৈবসি মীওই কয়াসু লোয়নরিবনি। মহারাজনা তীর্থ চৎপদা মনায় মশল, শোংলোই কয়া, মহারাণী, য়োইবু য়োইহেন কয়া, লাইগী পুজারী সেবারী য়াওরিবনি। ত্রিপুরাদা মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীনা রাধামাধব সেবা ফংহৌবা মতমদসু নিংথৌগী অচানবা মনায় অহল খর শ্রীদেব মাল্লিক হিদামচা, নোংসু খুম্বোংচা, তয়ুম হিদং শ্রীদাম, নারায়ন লাইশ্রবা, তুলশীশ্যাম, ফৈদানাই শঙলাকপা, নহারুপ হাজারি, চুরামনি থিয়ামচা নুংসুং সুর্য্য, নোংপোক চৈথেংগী নহা চৈতন্য, সঞ্চনি থিঙ্গুজাম্বা মখোয়বু তখেল নিংথৌদা শিন্নরমই। মখোয়দুবু কোনুং মনাক্তা লম পীদুনা লৈহনখি। মফমদুবু মেখলীপাড়া (মৈতৈ লৈকাই) হায়না খঙনদুনা ঙসিসু ত্রিপুরাদা লৈরি। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীগা লোয়নরকখিবা মৈতৈশিংদুগী চাদা নাওদাশিংনি ঙসি ত্রিপুরাদা লৈরিবসি।

মতৌ অসুম্না শ্রীধাম নবদ্বীপতা মচাইবেম্মা শিজ লাইওইবীনা অনুপভূগী সেবা চৎপদা লাইগী সেবারী পুজারী অমসুং নিংথৌকোলগী লৈম শিজ কয়াসু য়াওরিবনি। অতৈ অতৈ মচাইবেম্মা বিম্বাবতী পোকপী পলেম দেবহুতিসু করিগী মচাইবেম্মগা লোয়ননা শ্রীধাম নবদ্বীপতা লৈরমলোইদগে ? মরমদি রাজর্ষিনা তীর্থ লেঙবদা মমাইবেম্মসু য়াওই রাজর্ষি চীংথংখোম্বা মহারাজ গঙ্গা চৎপা লাইরিক্তা (লা: ১০) অসুম্না হায় " লাইরেন মৈতিংঙুদি য়োইবু মশানৌ খয়োইরোন শ্রীভানুমতি নোংয়াই চিংজরোইবীনা চিংনা চিনফুরোন তানথোং অহোংবা চনু শ্রী দেবহুতিগা ইৱাকমা শৈহনবিগা শ্রীভাগ্যবতী য়োইহে তালোই অপানবিগা খোইবু মঙাইরোই শনগন মফেৎলোই অয়াম্বা লাইরেন হৈনা মতুংইন্না য়োইনা থৌগনচগে।" অসিদগী খঙবদি অপোকপী দেবহুতিসু তীর্থ চৎপদা লোয়নৈ অসিনি। শিজ লাইওইবীগা লোয়নখিবা কার্ত্তা বংশগী চাদা নাওদাশিংনা ঙসিসু শ্রী অনুপ্রভূগী সেবা চৎলি।

শিজ লাইওইবীনা শ্রী অনুপ্রভু সেবা চৎলম্বা মফম শ্রীধাম নবদ্বীপ অসি মণিপুরগী বৈষ্ণব সম্প্রদায়গীদি অশেংবা তীর্থ মফম ওইহৌরে। মণিপুরদগী ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা শ্রীধাম নবদ্বীপতা চৎতুনা শ্রীঅনুপ্রভূ বু অমুক্তং দর্শন তৌজবা হায়বসি মখোয়গী অপাম্বা ওইজরি। মণিপুরদগী মীওই কয়ানা শ্রীধাম নবদ্বীপতা শ্রীঅনুপ্রভূ দর্শন তৌবগী চহী খুদিংগী তীর্থ যাত্রা তৌনরি। মণিপুরদগী সংকীর্ত্তন পালা, হোলি পালা কয়া মফমদুদা চৎতুনা অনুপ্রভূদা সংকীর্ত্তন কৎলি, জগোই রাস কৎলি। লৈখিদ্রবা কনাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মসু অনুপ্রভূ ইবুংঙোগী নাক্তা পাঙথোকপা চৎনরি। মফম অদু য়ৌরবদা অনুপ্রভু ইবুংঙোগী দর্শন ফংবগী নুংঙাইজবগা লোয়ননা পিকতকপা মণিপুর অমদা লৈবগুম ভক্ত বৈষ্ণব যাত্রীকশিংনা পুক্নিংগী অপেনবা ফংনরি। শিজ লাইওবীনা ঈশ্বরগী মফমদা লৈবা ভক্তিনা অতৈ মীওই লিশিং কয়াসু ঈশ্বরগী ভক্তিগী লম্বীদা চীংশিনবীরি।

# তরেৎশুবা পন্দুপ

## ৱারোইশিল্লকপা

রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মচাইবেম্মা শিজ লাইওইবীদি মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিদা চাউনা খুদোল তমলম্বীনি। ঙসি মালেম শীন্নুংনা মণিপুরবু শকতাক্লিবা মহারাস জগোই অসিবু মণ্ডলান্দগী তাইবঙ ফাওহনবদা রাধাগী শক্তম লাংদুনা অচৌবা থৌদাং লৌখিবীনি। মণিপুরদা নুপীগী অহানবা সংকীর্ত্তন পালা রাসেশ্বরী পালা লিংখৎতুনা, মশামক্না কলাকার অমা ওইনা শরুক য়াখিবা মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লময়ানবী অমনি। নবদ্বীপ ধামদা অনুপ্রভূগী সেবা চৎতুনা, মীওই কয়াবু ভক্তিগী লম্বীদা চিংশিনবীরম্বনি।

রাসেশ্বরী পালাগী তুংদা লিংখৎলকপা নুপী পালা কয়ানা ঙসিদি পবর্বদিন কয়াদা- খুদম ওইনা রথ যাত্রা, ঝুলোন যাত্রা, দেবী পূজানচিংবদা সংকীর্ত্তন শক্লরি। অসিদসু নত্তনা মণিপুরগী বৈষ্ণব সমাজগী থৌরমশিং নাহুৎপা, লুগুণথাংবা, লুহোংবা, শ্রাদ্ধ কর্ম্মদসু নুপীশিংনা সংকীর্ত্তন শক্তুনা থৌরম পাঙথোক্লরি। ঈশৈ, জগোইদা নুপীশিংনা শরুক চাউনা অমসুং লেমজন থৌদাং লৌবা ঙম্লিবা অসি শিজ লাইওইবীনা হিরম অসিদা লুচিংবীরম্বননি। নিংথৌগী মচানুপী মশামক্না সংকীর্ত্তন ময়ায়দা লেপ্তুনা ঈশৈ হল্লম্বা, জগোই শারম্বা  অসিমক্না ঙসি মণিপুরগী নুপীশিংনা হিরম অসিদা য়াম্না লেমজনা শরুক য়াবা ঙম্লিবনি। কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎপা পাম্বা মীওই খুদিংনা

শিজ লাইওইবীনা থাজরম্বা চার জগোই রাস অমসুং রাসেশ্বরী পালাবু পূক্লিং থৌগৎফম থোকই। মাম্নকে অসোমদা শ্রীশ্রী গোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরুপনা লৌখৎলিবা থৌরমশিং খর শিংথাবা য়াই। সংস্থান অসিনা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিগী পরমপরাবু ঙাক্তুনা থম্নবা অমসুং পাক শন্না শন্দোক্লবগী মায়কৈদা খরদং চঙশিল্লিবা অসিসু শিজ লাইওইবীনা লমজিং লমতাকপিরম্বদগীনি। অসি হায়রিবগী মরমদি শিজলাইওইবীগী তুংদা নিংথৌকোলগী মচাইবেম্মশিংনা রাসেশ্বরী পালাগী থৌশিল পুবদু শ্রীশ্রীগোবিন্দ রাসেশ্বরী পালা মরুপনা শিলহৌবনি। সংস্থান অসিনা শিজ লাইওইবীনা অমসুং রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা থম্বীরম্বা কলা সংস্কৃতিগী তাঙলবা লল কয়াবু মাঙখিগদবদগী শেন্নদুনা লাক্লি অমসুং সংস্থান অসিনা মণিপুরগী ব্রাংমদা চৎতুনা কলচরেল ইন্টিগ্রেসনগী থৌদাংসু লৌরি।

নবদ্বীপ, মুর্শীদাবাদ, ত্রিপুরা রাধাকুণ্ডনচিংবা মফমদা শিজ লাইওইবীনা য়ৌরম্বা মফমদুদা মহাক্না অমসুং মপাবুং মহারাজ রাজর্ষিনা থমলম্বা কলচরগী মচাক মরলশিংদুবু মাঙহনদনা থম্নবগী মায়কৈদসু সংস্থান অসিনা থবক থৌরম কয়া লৌখৎলি। মতমগী খোঙচৎতা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মুর্শীদাবাদতা লৈরিবা সমাধি মফম, মহাক্না কৎলম্বা রাধা কৃষ্ণগী মন্দির, মাণ্ডব, নাট্যমন্দির লোইনা নিংখাইরে। মণিপুরগী মীয়ামদা মখোয়না পাউজেল্লি - নখোয়গী পারী পুরীনা থনম্বা সংস্কৃতিগী নরলশিং অসি মাঙখিগদৌরে। শেমজিলহৌরো লাও।

ত্রিপুরাদসু মণিপুরগী ইতিহাসকা শাগোন্নবা পোৎশক কয়া অমসু লৈরি। ইতিহাসকী থেংখাং কয়াদা ত্রিপুরাগা মণিপুরগা লান তৌন্দুনা মুক্লদুনা লাক্লবসু ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদদি চারৌ মৌরৌনদুনা নুংশি চান্ননা ঙাইশেল ওইবগী মরী থমলম্বনি। রাজর্ষিনা তীর্থ লেঙবদা ত্রিপুরাদা মতম খর লৈদুনা মচাইবেম্মা হরিসেশ্বরীবু ত্রিপুরাগী নিংথৌ রাজধর মানিক্যদা লুহোংবিরম্বনি। রাজর্ষিনা খোঙচৎ অদুদা বৃন্দাবনদা লৈদুনা সেবা চৎকে নিংবদগী শ্রী রাধা মাধবকী মূর্ত্তিদু লোয়নদুনা লেঙশিললি। মচাইবেম্মা



ত্রিপুরাদা হরিসেশ্বরীনা সেবা চৎলম্বা রাধা মাধব

হরিসেশ্বরীনা মপাবুং মহারাজদা হঙ্গৎচৈ- "পাবুং মহারাজ ইচেমসি শিজলাইওইবীনা নবদ্বীপতা অনুপ্রভূগী সেবা ফংজবগুম ঐসু মফম অসিদা রাধা মাধবকী সেবা ফংজহৌরগে।" মপাবুং ইবুংঙোনা য়াবিদুনা মন্দির শাদুনা রাধা মাধবকী সেবা হরিসেশ্বরীনা ত্রিপুরাদা ফংজহৌই।

ত্রিপুরাগী মহারানী ওইনা হরিসেশ্বরীনা মফম অদুদা রাধা মাধবকী সেবা ত্রিপুরাদা তৌবসি মণিপুরদা মপাবুং মহারাজনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা পূজা তৌবা অদুগা মান্ননা পাঙথোকই। চহি খূদিংগী কার্ত্তিক পূর্ণিমাদা রাধা মাধবতা জগোই রাস কৎলি। লাইগী সেবীগীদমক ব্রাহ্মন পুজারী, সেবারীদা থাগী তলব পীরমই। হৌজিক্তি রাধা মাধবগী মন্দিরদু আগরতলাদা লৈরে। রাধা মাধবগী মিংদগী লৌদুনা মফম অদুবু রাধানগর হায়না খঙনরে। চহি ২০০ হেল্লবা মণিপুরদগী লেংখিবা রাধা মাধবনা আগরতলাদা ঙসিসু ঙাহ্নোইরি। মসি মণিপুরগী সংস্কৃতিগী মরলনি। মারজিৎ মহারাজগী মচাইবেম্মা খিলেস্বরী, বামন লৈমসু ত্রিপুরাদা থাজরমই। ত্রিপুরাগী নিংথৌ মহারাজ কৃষ্ণকিশ্বর, বীর কিশ্বর, রাধাকিশ্বর মখোয় পূম্নমক্না মৈতৈনুপী লৌই। মৈতৈ চনুরাশিংদুনা ত্রিপুরাদা মণিপুবগী চৎন- লোনচৎ, ব্যবহার, লাইগী পূজা, নিতী নিয়ম, জগোই রাস কৎপা অসিনচিংবসি ঙসিসু কায়দনা মথং মথং চত্থরক্লি। [২০]

ভাগ্যচন্দ্রগী চহী ২০০ শুবা তিরোভাব উৎসবকা মরী লৈননা রাসেশ্বরী পালা মরুপনা আগবতলাদা রাধা মাধবকী মান্দবতা সংস্কৃতিগী থৌরম অমা পাঙথোকলুবা অদুদা মফম অদুগী মীযামনা হায়নহৌই -

---

*(২০) ত্রিপুবাদা জগোইবাস কৎপগী মতাংদা বাসেশ্ববী পালাগী মরু ওইবা থৌদাং লৌবম্বী বাজকুমাবী আনন্দময়ী ময়াম্ন' নিত্যাইবাৎ সনাজাওবী হায়না খঙনবী অসিনা অইবী অসিদা অসুম্না লিবীবমই-*

*"ত্রিপুরাদা মহাবাজ রাধাকিশ্বব মানিক্য বহাদুব অমসুং মহারানী তরিতমঞ্জুবী (ধাকা বানী হাযনা খংনখিবা) অনীনা জগোই বাস কৎলি। মতম অদু ঐগী চহি ১২ শুবা মতাংনি। ঐনা রাস অদুগী রাধা ওইনা জগোইদু য়াওই। ঐগী পাবুং ইবুংঙো বাজকুমাব নিত্যাইবাৎ সনাজাওবনা ওজা ওইদুনা জগোইদু তম্বী। ঐনা বাধা শাবদা য়াম্না নীংথিনা চঙখোন্না শাই হায়না পেনবীদুনা ত্রিপুরাগী মহারাজনা ঐঙোন্দা সনাগী তকমান অমা পীবকখি"।*

"রাসেশ্বরী পালানা তখেলগা মণিপুরগা অনীগী তৎলুরবা সংস্কৃতিগী লংলা অদু অমুক নৌনা শমজিনহল্লে"। রাধাকুণ্ডদসু মণিপুরগী নীংতম লাল (১৮৯১) গা মরী লৈনবা ইতিহাসকী পোৎলম কয়া লৈবা মণিপুরগী ইতিহাসকী, পারী পূরীগী খোঙগুল লীবা খোঙচৎ অমা খৃ: কুম ২০০৫ দা রাধাকুণ্ডদা রাসেশ্বরী পালানা পাঙথোকলুই। মদু মণিপুরগী কলা অমসুং সংস্কৃতিবু য়োকখৎলম্বা মণিপুরগী নিংথৌরেল রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা লৈখিদবগী চহী ২০৭ শুবা নীংশিং পালনগা মরী লৈননি। খোঙচৎ অদুদা মণিপুরগী কলা সংস্কৃতিবু মণিপুরগী রাংমদা শকতাকলুবগা লোয়ননা কলচরেল ইন্টিগ্রেসন পুরকপগী থৌদাং অমসু শিজ লাইওইবীনা হৌদোকপীরম্বা পালা অসিনা পাঙথোকলুই।

শিজ লাইওইবীদি কলা অমসুং সংস্কৃতিগী লমদা খুদোল তমলম্বদা নত্তে। অধ্যাত্মিকী লমদসু য়ৌশিননা চংশীনবা মীশকনি। মণিপুরগী নুপীশিংবু ঈশ্বরগী প্রেম ভক্তিগী লমদা চিংশীনবীরম্বা মণিপুরগী শক্লাইরবী লুচিংবীনি।

নুমিৎ থানা লৈরিমখৈ মণিপুরগী মহারাস জগোইবু, রাসেশ্বরী পালাবু, শিজ লাইওইবীবু মীয়াম্না নীংশিংদুনা লৈহৌরগনি।

॥০॥

## নৈনখিবা অমসুং মতেং লৌখিবা লাইরিক খর

| | | |
|---|---|---|
| ১। | চৈথারোল কুম্বাবা | সম্পাদকশিং :- লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল ১৯৮৯। |
| ২। | সঙ্গাই ফম্মাং (শাগৈ সলাইরোল) | সম্পাদকশিং :- ইরোম অমুবি, নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র, ওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ, নামৈরাকপম ইবোচৌবা, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল, ১৯৯৪। |
| ৩। | চীংথংখোম্বা গঙ্গা চৎপা - | সম্পাদক :- রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি. কম. অনীশুবা ফোংবা, ১৯৬৪ । |
| ৪। | মণিপুর গোবিন্দ নির্পন- | শ্রীরাজকুমার সনাহল গুনেশ্বর, শিংজমৈ ময়েংবম লৈকাই, ইম্ফাল ১৯৮০। |
| ৫। | শ্রীশ্রীগোবিন্দাশ্রম | মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত, সেবাইট শ্রীশ্রী গোবিন্দাশ্রম, চুরাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল ১৯৪২। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬। | শামু ফাবা অমসুং শ্রীগোবিন্দ নিরুপণ | - | রাজকুমার স্নাহল সিংহ বি. কম, মিনর্ভা প্রেস থাংমৈবন্দ খোয়াথোং, ইম্ফাল ১৯৯০। |
| ৭। | রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র | - | মণিপুর নট এণ্ড রেদিও আর্টিষ্ট এসোসিএসন, খোয়াথোং বজার ইম্ফাল ১৯৬১। |
| ৮। | রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র | - | শ্রী সিতারাম মুখোপাধ্যায়, মুখর্জি বুক সপ্লাই, আবিনাশপুর, বীরভুম ১৯৯৫। |
| ৯। | চাদ লাইহুই | - | সম্পাদক :- শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক নিংথৌখোংজম লৈকাই, ইম্ফাল ১৯৯৬। |
| ১০। | শিজ লাইওইবী | - | লৈমরোল, সম্পাদক - প্রমোদিনী দেবী, ক্বাকৈথেল, ইম্ফাল ১৯৬৩। |
| ১১। | মীরাবাই | - | থোইবী দেবী, ইম্ফাল বুক হাওস, ১৯৭০। |
| ১২। | কার্ত্তা মহারাজগী মজাইবুংঙো মরি | - | শ্রী গৌরচন্দ্র সিংহ, বিএ, শগোলবন্দ, ইম্ফাল ১৯৭৭। |
| ১৩। | শ্রী মূর্ত্তি (রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগী মঙদা) | - | রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র সেবা সঙ্ঘ ব্রাংখৈ, ইম্ফাল, ১৯৯৯ |

| | | |
|---|---|---|
| ১৪। | শ্রীহরি সংকীর্ত্তন শৈরেং - | য়ুম্নাম ধনঞ্জয় সিংহ, ১৯৯৬ পরেং (মরিশুবা শরুক) |
| ১৫। | মৈতৈ বামোন - | সম্পাদকশিং - নামৈরাকপম ইবোচৌবা সিংহ, অরিবা চিত্রেশ্বর শর্ম্মা, ব্রহ্মচারিময়ুম কুল্লচন্দ্র শর্ম্মা ১৯৯৫। |
| ১৬। | মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন - | ৰাইখোম দামুদোর সিংহ, মোইরাংখোম, লোকলাওবুং, ইম্ফাল ২০০০। |
| ১৭। | মণিপুর নিংথৌশিংগী রচনা - | রাজকুমার সনাহল সিংহ, থাংমৈবন্দ, খোয়াথোং, ইম্ফাল ১৯৮৪। |
| ১৮। | শ্রীগোবিন্দজী অমসুং মণিপুর- | লাইশ্রম জয়চন্দ্র সিংহ, রামকৃষ্ণ সোসাইটি প্রজাতন্ত্র বিলদিং, ইম্ফাল ১৯৯৩। |
| ১৯। | মৈতৈ জগোই (অনীশুবা - অমসুং মরিশুবা | সুরচান্দ শর্ম্মা, শ্রীশ্রী গোবিন্দ নর্ত্তনালয়, ইম্ফাল ১৯৬৫। |
| ২০। | ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই - | মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা রোদ, ইম্ফাল ১৯৮৩। |
| ২১। | মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন - | কুমারী রঞ্জনা দেবী, য়াইস্কুল পুলিস লেন, ইম্ফাল ১৯৮৩। |
| ২২। | হৌজিক্কী সাহিত্য অমসুং সংস্কৃতি - | শ্রীনীলকান্ত সিংহ, রাইটরর্স ফোরম, ইম্ফাল ১৯৯৮। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ২৩। | মণিপুর ইতিবৃত্ত (১বা অমসুং অনীশুবা) | - | শ্রী খুমন্থেম কাওমচা সিংহ, শগোলবন্দ, মৈনো লৈরক, ইম্ফাল ১৯৮০। |
| ২৪। | মণিপুরী জগোই | - | সেমিনারগী নৈনখিবা মশক, সম্পাদক - শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ১৯৮১, ইম্ফাল ১৯৭৫। |
| ২৫। | শ্রী শ্রী রাস পঞ্চাধ্যায় | - | পণ্ডিতরাজ শ্রী অতোম্বাপু বিদ্যারত্ন, ভাগ্যবতী কার্ষালয়, চুরাচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস, শক ১৮৮৩ (খৃ: ১৯৬১) |
| ২৬। | বিজয় পঞ্চালি | - | মুতুৱা ঝুলোন, অহুমশুবা ইদিসন, ইম্ফাল ১৯৩৬। |
| ২৭। | সৎজাল | - | রাজকুমার সনাহল, শিংজমৈ ময়েংবম ১৯৭০। |
| ২৮। | অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস | - | শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ দিভাইন বুক মার্ট পাওনা বাজার (অনীশুবা ফোংবা) ইম্ফাল, ১৯৬৯। |
| ২৯। | মণিপুরী দেবালয় গ্রন্থ | - | সম্পাদক :- লাইশ্রম মঙ্গি সিংহ, ভক্তিরস চুরামনি - ব্রহ্মপুর থাঙ্গপাৎ মপাল ১৯৭৬। |

| | | |
|---|---|---|
| ৩০। | মৈতৈ পুংলোন রাগ অহৌবা - | শ্রী থিংবাইজম বাবু সিংহ, নাওরেমথোং, তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল ১৯৬৬। |
| ৩১। | মৈতৈ হরাউ কুম্মৈগী সেমিনার পেপর - | অফোংবা: ইউনিভরসেল লিটরেরি এসোসিএশন, খুরাই লমলোং ১৯৮০। |
| ৩২। | শ্রী ধাম নবদ্বীপস্থ - | নন্দকুমার সিংহ, মণিপুরী পাড়া নবদ্বীপ, নদিয়া সন ১৫ ঝুলন পূর্ণিমা। |
| ৩৩। | Influence of Vaisnavism - on the literature of Eastern India | Editor H. Ranbir Singh Manipuri Sahitya Parishad, Imphal |
| ৩৪। | Kirata-Janakrti - (Indo-Mongoloids: The contribution to the history and cultural) -PP 154 for Maharaja Bhagyachandra Singh & princess Bimbabati)- | The Asiatic Society of Calcutta, IInd Ed. 1975 |
| ৩৫। | A short history of - Manipur | RK Jhalajit Singh, OK STORE PAONA BAZAR, Imphal 1965. |
| ৩৬। | চোলোম - | শ্রী এলাংবম চাউভল সিংহ, কৈশামথোং ইরোম পুখ্রি মপাল, ইম্ফাল মার্চ ২০০২। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩৭। | নট সংকীর্ত্তন | | |
| | রাগ পুংলোন | - | শৌগাইজম থানিল সিংহ, প্রধান গুরু জে. এন মণিপুর দান্স একাদেমী, ইম্ফাল ১৯৯৯। |
| ৩৮। | ভারত কোষ | - | দ্বীতীয় খণ্ড বঙ্গীয় সাহিত্য পরিষৎ, কলিকাতা - খৃ: ১৯৬৬। |
| ৩৯। | লাই কৈথেল কাবা | - | রা. কু. হিরন্যম্না সিংহ, বিজয় গোবিন্দ সেবাইট কমিতি, ইম্ফাল। |
| ৪০। | মণিপুরী নট সংকীর্ত্তন | | |
| | বিচার (অনীশুবা শরুক) | - | অরিবম চিত্রেস্বর শর্ম্মা, পদ্মা প্রিন্টর্স পাওনা বাজার, ইম্ফাল -২০০১। |
| ৪১। | মণিপুর শ্রী গোবিন্দ নির্পণ | | |
| | (মৈতৈ পুরানগী ব্রা) | - | রা. কু. সনাহল গুনেশ্বর বিদ্যাপতি প্রিনটিং ব্রার্কস, লিব্রা নাওরেম লৈকাই ১৯৮০। |
| ৪২। | নট সংকীর্ত্তন চোলোম | - | কোম্থৌজম সনাতন সিংহ দি সরস্বতি প্রিন্টিং ব্রার্কস, ইম্ফাল - ১৯৮১। |
| ৪৩। | মণিপুরী দান্স সেমিনারগী | | |
| | নৈনখিবা মশক | - | ইদিত্র - শ্রী এলাংবম নীলকান্ত সিংহ মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল- ১৯৭৫। |

৪৪। শ্রীশ্রী কৃষ্ণ প্রেম

ভক্তি রসামৃত মার্গ বিন্দু:- শ্রী কোইজম ব্রজবিহারী সিংহ গীতা প্রিন্টর্স, কাংঙবম লৈকাই ইম্ফাল - ১৯৯০।

৪৫। 'শ্রীশ্রী রাধা গোবিন্দ জয়তি

(রাগগী পরেং) - শ্রী লাইশ্রম ইবোহলমচা সিংহ, ক্বাকৈথেল, লাইশ্রম লৈকাই ইম্ফাল - ২০০২।

৪৬। অরিবা মণিপুবী লোনগৈ - নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী- ১৯৭৮

সেমিনারগী চে, নীংশিং চেফোঙ অমসুং জরনেলশিং

১। ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই (নীংশিং চেফোঙ)

- মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাউনা রোদ, ইম্ফাল ১৯৮২।

২। ভাগ্যচন্দ্র দান্স ফেষ্টিভেল (১-৫ নোভেম্বর, ১৯৮০) নীংশিং চেফোঙ

- ডিপার্টমেন্ট ওফ সোসিয়েল ৱেলফ্যার, আর্ট এণ্ড কলচর, ইম্ফাল ১৯৮৯।

৩। মণিপুরী জগোইরাস অমসুং নট সংকীর্ত্তন (সেমিনার চে)

- ইদিতর এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল।

৪। মপালগী রাস পরমপরা অমসুং মণিপুর রাস (সেমিনারগী চে)

- শ্রী লাইশ্রম বীরেন্দ্র কুমার সিংহ, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।

৫। শ্রীমদ ভাগবত অমসুং মণিপুরী রাস (সোমিনারগী চে)

- কৃষ্ণচন্দ্র শর্ম্মা, উরিপোক, ইম্ফাল।

৬। Rasleela of Manipur (Seminar Paper)

- R.K. Singhajit Singh, Vikas Mang, New Delhi.

৭। জগোই রাস মখলশিংগী ওইরক্লিবা মশক (সেমিনারগী চে)

গুরু অরিবম সুরচন্দ্র শর্ম্মা, খাগেমপল্লি, ইম্ফাল।

৮। মণিপুরদা লাই শাবা অমসুং হকপা খোংপগী কলা (সোমিনারগী চে)

- এ চিত্রেস্বর শর্ম্মা- ১৯৯৪ মণিপুর ইউনিভরসিটিদা পাথোকখিবা।

৯। SOUVENIR

- 45 DAYS WORKSHOP OF TRADITIONAL MANIPURI SCULPTORS - 8 FEB. 2001 ORGANISED BY MANIPUR STATE MUSEUM, IMPHAL.

১০। SOUVENIR

- 200TH DEATH ANNIVERSARY OF RAJARSHI BHAGYACHANDRA SEPT. 23, 1998, IMPHAL ORGANISED BY DEPT OF ARTS & CULTURE, GOVT OF MANIPUR 1998 AUGUST.

১১। SOUVENIR

- WORKSHOP ON APPLIQUE ART OF MANIPUR, MARCH, 1-31, 1995, ORGANISED BY MANIPUR STATE MUSEUM, IMPHAL

জরনেলস অমসুং মেগাজিনসশিং :

১২। শ্রীশ্রী গোবিন্দ, রাসেশ্বরী পালা এনুয়েল

- PUBLISHED BY SRI SRI GOVINDA RASESWARI PALA MARUP, SPECIAL ISSUE, 1984, SPE VOL-III, NO1 - 1986, VOL. 5, 1993, MURSHIDABAD COM MEMORATIVE ISSUE 1990.

১৩। সনথোঙ

- ইদিতর : মনিন্দ্র কোনসম, প্রিয়াদর্শীনি বুক ট্রষ্ট, ইম্ফাল VOL.5 NO. 7 - SEPT 1998.

১৪। মরুপ - শবৎকী ঈচেল ১৯৭৮, ১৯৮১।

ইদিতর : রাজকুমার কমলজিৎ সিংহ, ফোঙবা মরুপ কার্য্যলয় বনমালীপুর, এএ রোদ, অগরতালা, ত্রিপুরা।

## লাইরিক অসি ইবগী মতাংদা উনজহৌদুনা খঙনিংবা হংজহৌবা শকনাইবা মীওইশিং:

১। পদ্মশ্রী - কোংব্রাইলাৎপম ইবোমচা শর্ম্মা (অভিরাম শাবা) (রাসেশ্বরী পালাগী ঈশৈ তম্নীখিবা ওজা) ক্বাকেথেল ময়াই কোইবী।

২। পদ্মশ্রী - গুরুঅরিবম সুরচান্দ শর্ম্মা, খাগেমপল্লি।

৩। পদ্মশ্রী - পণ্ডিত নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, উরিপোক।

৪। পদ্মশ্রী - রাজকুমার ঝলাজিৎ সিংহ (ইতিহাস কার) = য়াইস্কুল।

৫। শ্রী রাজকুমার প্রিয়োগোপালস্না সিংহ
- কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র পারিষদকী মেম্বর থাংমৈবন্দ, ইম্ফাল।

৬। শ্রী রাজকুমার মাধুয্যজিৎ সিংহ
হান্নগী প্রেসিদেন্ট, - কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র পরিষদ মোইরাংখোম।

৭। শ্রী রাজকুমার চন্দ্রজিৎ সিংহ (আর কে সি এচ্) চিত্রকার, কৈশামথোং, ইম্ফাল।

৮। শ্রীমতি রাজকুমারী বামাবলী (সনাহনবী) দেবী, মহারাজ চৌরজিৎ সিংহগী মচাইবুংঙো নরেন্দ্র সিংহ (সনা চহী অহুমগী) গী মশু ইবেম্মা রাসেশ্বরী পালাগী থৌশিল পুরন্বী, শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ইম্ফাল।

৯। শ্রীমতি রাজকুমারী আনন্দময়ী (নিত্যাইবাৎ সনাজাওবী) নবদ্বীপতা চাউরকপী, রাসেশ্বরী পালাগী শৈশকপী অমসুং থৌশিল পুরন্মী), শিংজমৈ, চোংথাম লৈকাই, ইম্ফাল।

১০। শ্রীমতি রাজকুমারী কমলাম্না দেবী
- জলকেলি পালাগী শৈশকপী - লোকলাওবুং, মোইরাংখোম।

১৫। শ্রীমতি রাজকুমারী বারুনীম্না দেবী
- জলকেলি পালাগী শৈশকপী, য়াইস্কুল।

১৬। শ্রীমতি রাজকুমারী গম্ভিনী (কদম্বীনি) দেবী জলকেলি পালাগী থৌপুবী)

১৭। শ্রী কোষ্টৌজম সনাতন সিংহ
- অখনবা পালাগী মকোক - জলকেলি পালাগী ঈশৈ তম্বীবা ওজা, ক্বাকৈথেল।

১৮। শ্রীব্রাহেংবম গৌরচন্দ্র সিংহ
মোইরাংময়ুম লৈরক, ইম্ফাল।

১৯। শ্রী রাজকুমার শিতলজিৎ সিংহ
- কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র পরিষদকী প্রেসিডেন্ট ওইরিবা, কৈশামথোঙ তোপ লৈরক, ইম্ফাল।

২০। শ্রী থিংবাইজম বাবু সিংহ
পূঙগী ওজা - উরিপোক তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল।

২১। শ্রী লাইশ্রম ইবোহলমচা সিংহ, ক্বাকৈথেল লাইশ্রম লৈকাই, ইম্ফাল জে. এন. দান্স একাদেমীগী নট সংকীর্ত্তনগী ওজা।

২২। শ্রী হাওবম শ্যাম সুন্দর সিংহ, লাইয়েকপা কলাকার, য়াইস্কুল, ইম্ফাল।




*****

## অইবীগী ফোঙলবা লাইরিকশিং ঃ

**(ক) তম্নবা লাইরিকশিং - টেক্সবুক ওইনা ঃ**

(১) ফিজিকেল এডুকেশনঃ ক্লাস ৱানগী - ১৯৬১ , ক্লাস থ্রীগী - ১৯৮১, ক্লাস ফোরগী - ১৯৮২, ক্লাস ফাইবকী - ১৯৮৩, ক্লাস আইটকী - ১৯৮৩, ক্লাস আইটকী (ইংলিস) - ১৯৮৪, ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী - ১৯৯১।

২) অঙাংগী বিজ্ঞান - ভুগোল অনৌবা - ১৯৬৮

**(খ) রিশার্শ পব্লিকেশন ওইনা ঃ**

এডুকেশন ইন মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১

ফিজিকেল এডুকেশন ইন দি স্কুলস অফ মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড এডজসমেন্ট (ইংলিস) - ১৯৯১

ফিজিকেল এডুকেশন এণ্ড স্পোর্টস (ইংলিস) - ১৯৯২

**(গ) সাহিত্যগী ওইনা ঃ**

খোমজিনবা ৱারেং (রেডিওদা ঙাঙখিবশিং) - ১৯৭৩, ফিজিকেল এডুকেশন (নুপীশিংগী ৱারেং) - ১৯৭৫, ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (ৱারেং) -১৯৭৮, অঙাংগী লৈকোল - ১৯৮৩, স্বর্গগী লৈবাক্তুদা (লমকোয় ৱারী) - ১৯৯৪, কোম্বীং ওপরেসন (ৱারী মচা) - ১৯৯৬, নুপীগী য়াকায়রোল (ৱারেং) - ১৯৯৭, কোরৌহনবনা ইরোম্নুংদগী খোঙদোয়রকপা লমদমদুদা (লমকোয় ৱারী) - ১৯৯৮, লোইনাইদ্রবা ৱারী (ৱারী মচা) - ১৯৯৯, কোহিনুরগী মশাইগোন্দা (লমকোয় ৱারী) - ২০০০, আমেরিকাগী খোঙচৎতা - (লমকোয় ৱারী) - ২০০১, খুরোই হাওরা লমলাংতোং (লমাংদোং ঃ বিষ্ণুপুর) - ২০০৪, চীংলোন্দুগী ৱাংমদা (পর্ব্বত কে পার) হিন্দিদা ২০০৫- গঙ্গাগী মতম্বাক্তা (মেমোইরস) ২০০৫ - শিজ লাইওইবী অমসুং মহারাস - ২০০৫